**Publisher** : **Mr. Ajit C. Patel**

Dada Bhagwan Vignan Foundation,
1, Varun Apartment, 37 ,Shrimali Society,
Opp. Navrangpura Police station,
Navrangpura Ahmedabad: 380009
Gujarat,India.
Tel: +91 79 3500 2100, +91 9328661166/77



**First Edition** : 500 copies, December, 2023

**ভাৱ মমল** : ‘পরম বিনয়’ অমসুং
‘ঐ করিগুম্বা অমত্তা খঙজদে’, হায়বা ভাৱ !

**Price** : ₹50

**Printer** : Amba Multiprint, in front of H.B Kapadiya New High School, Chhatral-Pratapura Road, Chhatral, Ta.Kalol, Dist.Gandhinagar-382729, Gujarat.
Phone : +91 7935002142

**ISBN/eISBN** : 978-93-91375-80-5

**Printed in India**

# ত্রি-মন্ত্র








**নমো অরিহন্তানম**

**নমো সিদ্ধানম**

**নমো আয়রিয়ানম**

**নমো উবজজায়ানম**

**নমো লোয়ে সব্বসাহুনম**

**এ্যায়সো পনচা নমুক্কারো**

**সব্ব পাবপ্পনাশনো**

**মঙ্গলাণম চ সব্বেসিম**

**পঢমম হৱই মঙ্গলম ॥১॥**

**ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায় ॥২॥**

**ওঁ নমঃ শিবায় ॥৩॥**

**জয় সচ্চিদানন্দ**



## দাদা ভগৱান কনানো?

ইং1958গী ইঙা থাগী নুমিদাং ৱাইরমগী পুং৬ মতম্বি, মীয়াম্না, পীক-থল্লবা সুরত শহরগী রেলৱে স্তেশনদা ফমলিবা শ্রী এ.এম পাতেল মওং ওইবা হকচাং-মন্দির 'দাদা ভগৱান'বু মপুংফানা ফাওগৎথিরম্মী অমসুং মহৌশানা শেল্লকপা অধ্যাত্মাগী খ্বাইদগী অচৌবা অঙকপা। পুং১গী মনুংদা ব্রমহানবু উথিরম্মী। 'ঐ কনানো? ভগৱান কনানো? জগত কনানা শিল্লীবনো? কর্ম করিনো? মুক্তি করিনো? 'অসিদসু নত্তনা জগতকী অধ্যাত্মাগী ৱাহং কয়াগী মপুং ফারবা থোংফম লম্বী প্রগত ওইখি।

মহাক্না ফংখিবগুম্না, মদুগুম্না শুপ্নতগী পুং২গী মনুংদা অতোপ্পবুসু ফংহল্লমই, মহাক্কী অঙকপা সিদ্ধ তৌরবা জ্ঞান প্রয়োক্তগী। মদুবু 'অক্রম লম্বী' কৌই। ক্রম হায়বদি সিরীগী মথক্তা সিরী, মথং-মনাও নায়না মথক্তা কাবা! অক্রম হায়বদি ক্রম নত্তবা, লিফ্টকী লম্বী, শোর্ট-কট।

মহাক মশামক্না মীওই খুদিংমকপু 'দাদা ভগৱান কনানো'? মদুগী মরি-মথোং ফোংদোক্তুনা হায়রম্মী মদুদি, ''মসি অদোম্না উরিবসি মহাক দাদা ভগৱান নত্তে, ঐহাক্তি জ্ঞানী পুরুষনি অমসুং মনুংদা প্রগত ওইরিবা, মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। লোক ১৪গী মপুনি। মহাক অদোমদসু লৈ, পুম্নমক্তসু লৈ। অদোমদা ফোংদোক্তবা মওংদা লৈ অমসুং 'মসিদা' ঐহাক্কী মনুংদা মপুংফাবা মওংদা ফোংদোক্লি। ঐহাক ইশামক ভগৱান নত্তে। ঐহাক্কী মনুংদা প্রগত ওইরিবা দাদা ভগৱানবু ঐহাক্সু খুরুমজৈ।''

## আত্মাজ্ঞান ফংন্নবগী প্রত্যক্ষ লিঙ্ক

পরম খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱান(দাদাশ্রী)না 1958তা আত্মাজ্ঞান প্রগত ওইখি। মদুগী মতুংদা 1962দগী 1988ফাও দেশ-বিদেশ কোইদুনা মুমুক্ষুশিং(মুক্তিবু ফংনিংলিবা)বু সতসঙ্গ অমদি আত্মাজ্ঞানবু ফংহল্লম্মী।

দাদাশ্রীনা লৈরিঙৈদা খুরুমজনিংঙাই ওইরবা ডা. নীরু বহেন অমীন(নীরু ইমা)বু আত্মাজ্ঞান ফংহন্নবগী জ্ঞানসিদ্ধি খুৎশিন্নখি। দাদাশ্রীনা হকচাং থাদোক্লবা মতুংদা নীরু ইমানা মদুগুম্না মুমুক্ষুশিংবু সতসঙ্গ অমসুং আত্মাজ্ঞানবু ফংহন্নবা, নিমিত্ত ভাৱদগী তৌরম্মী।

আত্মাজ্ঞানী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেসাইবু দাদাশ্রীনা সতসঙ্গ তৌন্নবগী সিদ্ধি খুৎশিন্নখি। হৌজিক খুরুমজনিংঙাই ওইরবা নীরু ইমাগী অশীর্বাত্তগী খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দীপক ভাই দেশ-বিদেশতা নিমিত্ত ভাৱদগী আত্মাজ্ঞান ফংহল্লি।

মসি আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংদা, মুমুক্ষু লিশিং কয়ানা সংসারদা লৈরসু, মথৌ পুম্নমক পাংথোক্তুনা মুক্তা লৈদুনা আত্মাদা লৈবগী নুংঙাইববু অনুভব তৌরি।

# থঙহনজবা

জ্ঞানী পুরুষ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদা ভগৱানগী শ্রীমুখদগী অধ্যাত্ম অমসুং ব্যবহারজ্ঞানগা মরিলৈন্না ঙাংথোকরকপা ৱাহৈ, মদুবু রেকোর্ট তৌদুনা খোমজিন্বা অমসুং নমথোক্তুনা লাইরিক্কী মওংদা পুথোকচরি। ওরিজিনেল মওং ওইনা গুজরত্তি লোনদা পুথোকপা ওই। মসি মদুগী ওরিজিনেল লাইরিক্তুদগী হন্দোকপনি। তোঙান-তোঙান্বা সবজেক্টশিংগী মথক্তা থোল্লকপা সরস্বতীগী অঙকপা অদুগী খোমজিন্বা মসি লাইরিক অসিদা তৌরি, অনৌবা পাবিরিবশিংগীদমক বর্দান মওং ওইনা খুদম ওইগনি।

পুথোকচারিবা লোন-হন্থোচবা অসিদা ঐহাক্না মরুওইবা চেকশিন্বা অসি থমজে মদুদি পাবিরিবনা দাদাজীগী ৱাহৈবু তবিরিবগুম, অসিগুম্না ইশাদা ফাওবা অসি ওইশনু হায়না, মসিনা মরম ওইদুনা করিগুম্বা মফমশিংদা লোন হন্দোক্লিবগী ৱাহৈপরেং মনিপুরি ব্যাকরনগী মতুং ইন্না অশোয়-অঙামশিং য়াওবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিদা নুংগী ওইবা ৱাখল্লোন অদুবু থঙবিদুনা পাবিরবদি হেন্না কান্নাবা ওইগনি।

পুথোক্লিবা লৈরিক অসিদা মফম খুদিংদা ব্রেকেটকী মনুংদা উৎলিবা ৱাফম নত্রগা ৱাহৈ মতোনলোম্না খুরুমজনিংঙাই ওইরবা দাদাশ্রীনা ঙাংথোক্লকপা ৱাহৈশিংবু থোইদোক হেন্থোক্না ময়েক শেংনা থঙনবগীদমক ইজবনি। হায়বদি মফম থরাদা অংগ্রেজি ৱাফমশিংগী মনিপুরি অর্থগী মওংদা থমজরি। দাদাশ্রী শ্রীমুখদগী থোল্লকপা গুজরত্তি ৱাহৈ মদুগা চপ মান্না ইটালিক্সতা থমজরি, মরমদি মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মনিপুরিদা অসিগুম্বা ৱাহৈ লৈতে, মদুগী মপুংফাবা অর্থ পীবা ঙম্বা। মসি নত্তবদা মদুগী ৱাহৈশিং অদুগী মান্নবা ৱাহৈ, অর্থগী মওংদা ব্রেকেটত পিজরি।

জ্ঞানীগী ৱাহৈবু মনিপুরি লোন্দা চপ-মান্না হন্দোকপা ঙম্নবা হোৎনজে তৌইগুম্বসুং দাদাশ্রীগী আত্মাজ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাখললোন, চপ-চানা চপ-মান্না মদুদি, অদোম্না গুজরত্তি লোনদা ওইনা হেন্না মমুত্তগনি। কনাগুম্বনা জ্ঞানবু থমথেংনা থঙগে হায়রবদি, জ্ঞানগী অশেংবা নুংগী ৱাফমবু থঙগে হায়রবদি, মহাক্না মসিগীদমক গুজরত্তি লোনবু তম্বিয়ু, অসুম্না ঐহাক্না নোল্লুক্না থঙহনজরি।

লোন হন্দোকপগা মরিলৈনবা অৱাৎপাশিংগীদমক অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি।

We will appreciate your suggestion & grammatical mistake correction. You can give your valuable feedback at nlt.m@dadabhagwan.org

# কৎথোকচবা

অতীক্রমণশিংগী মশীং-থীঙমদ্রবা অপীকপা মশা-মরেং কয়া;
কর্মশিংগী শেল্লি মীৎকুপখুদিং লৈ-পরেং!
মোক্ষতী কদায়দগী, তৌইগুম্বসুং ধর্মসু মতেং-লৈতে;
করম্বা লুচিংবনা পুবিগনি মদুগী লম্বীদুদা?

অক্রম বিজ্ঞান্নী দাদা মোক্ষ পীবা ঙম্বা;
প্রতিক্রমণগী পীরি খুৎলাই!
মোক্ষ লম্বীগী অশেংবা মরুপ;
লুহুপ ওইনা ফজগনি দাদা দরবার!

‘প্রতিক্রমণ’ শল্লপ্পনি মহৈ পীবা ঙম্বা;
থুগায়রি ফাজিন্বা মরু ওইবা অহংকার!
প্রতিক্রমণ বিজ্ঞান ওইরে মসিদা কান্নবা;
‘কৎথোক্লি’ মালেমবু, লাওমিন্নসি জয় জয়কার!

**- ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# Editorial

থম্মোয়-শেংনা মোক্ষকী লম্বীদা চৎলিবশিংবু, মীকুপ খুদিং ৱাহল্লিবা কষায়শিংবু মাংহন্নবগীদমক, লম্বীদা মাঙজিন থান্বগীদমক, করিগুম্বা লেংদবা সাধন (খুৎলাই) দি দরকার ওই নত্রগা দরকার ওইদব্রা? *স্থুলতম* (মাপান থমথেংবা) দগী *সুক্ষ্মতম* (মনুং থমথেংবা) গী থেংগায়ন্বা করম্না লেপহনগনি? ঐখোয়বু নত্রগা ঐখোয়দগী অতোপ্পশিংবু অৱাবা ওইরগদি মদুগী থীংন্বা করি লৈবগে? কষায়শিংগী বোম্বার্ডীগবু থীংন্নবগীদমক নত্রগা মদুবু অমুক হন্না থোক্তন্বা, মদুগী উপায় করিনো? ধর্ম অসুক য়াম্না তৌরি, জপ, তপ, ব্রত, ধ্যান, য়োগ অসিনচীংবা তৌই, মদু ওইরবসু পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংদগী থোকপা দোষ করিগী থিংদ্রিবনো? মনুংগী শান্তি করিগী ওইদ্রিবনো? করিগুম্বদা ইশাগী দোষ উব্রা, মদুগী মতুংদা মদুগীদমক করি তৌগনি? মদুবু মতৌ করম্না মাংহনগনি? মোক্ষ লম্বীদা মমাং কাখৎন্বা, অমসুং সংসার লম্বীদসু নুংঙাইবা-শান্তি, কষায় লৈতবা অমসুং নুংশিবা ভাৱদগী হিংন্নবগীদমক করিগুম্বা মতীক-চাবা খুৎলাইদি লৈগদবনিদনা? বীতরাগশিংনা ধর্মগী এক্সট্রেক্টতা মালেমবু করি তাকপগে? তশেংবদা ধর্মধ্যান করম্ববুনো? পাপতগী হল্লক্কে হায়রগদি মদুগী করিগুম্বা হিক্তোক্লরোইদবা লম্বী লৈব্রা? করিগুম্বা লৈরগদি মীৎমাঙদা করিগী উদ্রিবনো?

ধর্মশাস্ত্রশিংদগী য়াম্না পাবা য়াবদি ওই, মদু ওইজরবসু মদু পুন্সিদা আচরণ (শাজৎলোন) দা করিগী লাক্ত্রিবনো? সাধু, সন্ত, আচার্য, ৱারী লীবনা অদুক্কী-মতীক উপদেশ পীবা ওই মদু ওইজরবসু কদায়দা ৱাৎপগে, মদুবু পরিনামদা পূরকপদা? ধর্ম খুদিংমক্তা, সাধু-সন্ত খুদিংমক্কী পুন্বদা থবক থৌরম কয়া অমা ওইবা ওই? ব্রত কয়া, জপ, তপ, নিয়ম তৌরি, মদু ওইজরবসু করিগী মহৈ য়ানদ্রিবনো? কষায় করিগী হন্থবা ওইদ্রিবনো? দোষশিংগী *নিৱারণ* (মাংবা) করিগী ওইদ্রিবনো? মসিগী দাইত্য মথক্তা ফল্লিবা উপদেশশিংগী নত্তব্রা? অসিগুম্না ইবা ওইরগদি, মদু য়েংথিন্বা নত্রগা লমন-খুম্নবা ভাৱদগী নত্তে তৌইগুম্বসুং *করুণা* (থৌজাল) গী ভাৱদগীনি, মদু ওইজরবসু মদুবু চামথোক্লবগী করিগুম্বা উপায় লৈব্রা নত্রগা লৈতব্রা? অজ্ঞান দশাদগী জ্ঞান দশা অমসুং অরোইবদা *কেবলজ্ঞান* শক্তম ওইবা

দশাফাও য়ৌন্নবগীদমক জ্ঞানীশিংনা, তীর্থঙ্করশিংনা করিবু *নির্দেশ* (ইন্সত্রকশন) পীবগে? *রুগনুবনধ* (হিসাবকী লিপুন ওইখ্রবা) মীওইশিংগা লোয়ন্না নুংশিন্বা নত্রগা য়েংথিন্বগী লিপুনদগী নান্থোক্তুনা বীতরাগ করম্না ফংবা ঙমগনি?

'মোক্ষকী লম্বীদি অথৌবশিংগীনি, ওইদে পাংদবশিংগী থবক' তৌইগুম্বসুং অথৌবা ওইবা কদায়দা শিজিন্নগনি মদুদগী থুনা মোক্ষ ফাওবা য়ৌন্নবা? পাংদবা কনাবু কৌগনি? পাপ তৌবনা পূন্যলৈবা ওইবা য়াব্রা? মদু করম্না?

পুন্সি চুপ্পা চাকপা ওইখ্রে মসি আর.ডী.এক্সকী মৈচাক্তা, মদুবু করম্না মুথৎকনি? নুংদাং–নুংথীল লোয়ন্বীগী মৈশা, মচানুপা-মচানুপীশিংগী মৈচাক অমসুং পৈশা তান্নবগী থওং চুমদবা মসি মৈশা পুন্নমক্তগী মতৌ করম্না ঈংথদুনা তোর্বান ৱাংমা লান্থোক্কনি?

গুরু-শিষয়শিংগী মরক্তা, গুরু-মমাশিং অমসুং শিষয়শিংগী মরক্তা, লেপ্প-লৈতনা কষায়শিংগী লৈ-কোয়বদুদা তাদুনা লৈরিবা উপদেশক্কা করম্না হল্লকপা ঙমগনি? *অণহক্ক* (হক্কী নত্তবা) লক্ষ্মী অমসুং *অণহক্ক* (হক্কী নত্তবা) নুপীশিংগী মতুংদা পূক্নীং-ৱাঙাং-শাজৎ নত্রগা দ্রষ্টিগা লোয়ন্না দোষ থোক্লগদি মহাক্কী শা-ঙাগী নত্রগা নর্ক গতি (মপোক) নত্তনা কদায়দা মফম লৈবগে? অসিগুম্না চমমন্বা কয়ানা পীকথল্লবা *সনাতন* (মতম চুপ্পগী ওইবা) ৱাহংশিংগী পাউখুম করি ওইবা য়াবগে?

মীওইবা খুদিংমক্কা মশাগী হিংলিঙৈ মতমদা করিগুম্বদা সঙয়োগশিংগী প্রেশরদা (মৈশাদা) অসিগুম্বা পরিস্থিতি (ফিবম) ফাজিন্বা ওইরি মদুদি অরান্বা তৌনিংদ্রগসু, মদু ওইজরবসু সংসার ব্যাবহারদা অরানবশিংদগী নান্থোকপা ঙমদে, অসিগুম্বা ফীভমদা থম্মোয়গী অশেংবা পুরুষ লেপ্প-লৈতনা চমমন্বদা লৈবা ওই মদুদি অরান্বশিংদগী নান্থোক্লবা অমসুং পুন্সি হিংন্নবগী অচুম্বা লম্বী ফংলগদি, মরমদি মহাক্লা মশাগী মনুংগী নুংঙাইবা–শান্তিদা লৈদুনা মমাংদা কাখৎন্বা। মদুগীদমক কৈদৌনুংদা ফংদ্রিবা অধ্যাত্মবিজ্ঞানগী অমত্তা ঙাইরবা আলোচনা-প্রতিক্রমণ-প্রত্যাখ্যান মওং ওইবা খুৎলাই তীর্থঙ্করশিংনা, জ্ঞানীশিংনা মালেমবু কৎথোক্লি। মসিগী খুৎলাইগী মতেংনা শন্দোক্লিবা দোষ-মওং ওইবা চাউরবা ঊপাম্বী মরু ওইবা মরুগা লোয়ন্না মাংহন্দুনা মশীং-থিঙমদ্রবা জীব কয়া মোক্ষ লাক্ষ্মীবু ফংহন্বা

ওইরি। অসিগুম্বা মুক্তি পীরিবা মসি প্রতিক্রমণ মওং ওইরিবা বিজ্ঞানগী চপ-চাবা মওংদা চপ-মান্ননা প্রগত জ্ঞানীপুরুষ শ্রীদাদা ভগৱান্না *কেবলজ্ঞান* (শুপ্পতগী জ্ঞান) শক্তমদা য়েংদুনা হায়খিবা ৱাফমগী মতেংনা থুৎশিন্নরি, মদুবু পুথোক্লিবা গ্রন্থ অসিদা খোমজিল্লি, মসি ৱাফম পুন্নমক খঙনীংনা পানীংলিবনা হেন্না য়াইফন্বগীদমক কান্নবা ওইনা সিদ্ধ তৌগনি।

জ্ঞানীপুরুষগী ৱাহৈ *দ্রব্য-ক্ষেত্র-কাল-ভাৱ* মসিদা নত্তনা তোঙান-তোঙান্বা *নিমিত্ত*শিংগী মথা-পোন্না থোক্লকপা ওইরি, মদুগী ৱাহৈদুগী খোমজিন্বদা অশোয়বা অঙাম অৱাৎপশিংদুবু ঙাকপীদুনা জ্ঞানীপুরুষকী ৱাহৈগী নুংগী ওইবা *আশয়* (ভাৱ) ফংবা ওইবা মদুনি প্রর্থনা!

জ্ঞানীপুরুষকী থোক্লকলি ৱাহৈ, মদু নিমিত্তকী মওং ওইনা মুমুক্ষু-মহাত্মা মমাংদা লাক্লিবা, মথোয়গী সমাধানগীদমক থোক্লকপা ওইরি অমসুং মদুগী ৱাহৈদু গ্রন্থমওং ওইনা খোমজিন্বদা, মতমদুদা করিগুম্বদা ওন্না-তৈন্বা মান্বা য়াউগনি। হায়বদি ৱাহং-হংলিবা অমগী মনুংগী-ওইবা দশাগী সমাধানগীদমক জ্ঞানী পুরুষকী মতুং ইন্না ‘প্রতিক্রমণ জাগ্রুতিনি অমসুং অতিক্রমণ ডিসচার্জ’নি অসিগুম্বা পাওথুম ফংবা ওইবা অমসুং অনীসুবদা মনুংগী জাগ্রুতিগী দশা ফাওবা য়াউন্নবা মহাত্মাবু *সুক্ষ্ম* (মনুং হুৎনা) খঙন্নবগীদমক জ্ঞানীপুরুষনা অসিগুম্বা ফোংদোকপা ওইরি মদুদি ‘অতিক্রমণ ডিসচার্জনি অমসুং প্রতিক্রমনসু ডিসচার্জনি, ডিসচার্জপু ডিসচার্জতগী ডিবাইড তৌবনি।’ মদু ওইরগদি ফোংদোক্লিবা অনীমক নিমিত্তকী মতুং ইন্নদি অচুম্বনি। তৌইগুম্বসুং য়েংবা ওইরগদি ওন্ন-তৈন্বা মান্বা ওই। মতৌ অসুম্না ৱাহং-হংলিবগী দশাদা খেৎন্বগী মরম্না পাউখুমদা ওন্ন-তৈন্বা মান্বা ওইরি, মদু ওইজরবসু সিদ্ধান্ত ওইনা য়েংলগদি ওন্না-তৈন্বা ওইবা লৈতে। খঙনীংনা পারিবশিংবু জ্ঞান ৱাহৈগী *সুক্ষ্মতা* (মনুং হুৎপা) বু ফংদুনা ৱাফমবু খঙন্নবগীদমক *সহজ* (অচম্বা; অরাইবা মওংদা) মসি ফোংদোকপা ওইরি।

**– ডাঃ নীরুবেন অমিন**

# Contents

# প্রতিক্রমণ

## 1. প্রতীক্রমণগী একজেক্ট শক্তম

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবনা মসি পুন্সিসিদা মরুওইবা ওইনা করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** পূন্নীংদা লৈবা অদুগুম্না, ৱাঙাংদসু মদুগুম্না ঙাংগদবনি অমসুং মদুগুম্না শাজৎলোন্দসু তৌগদবনি। ঐখোয়না ৱাঙাংদা করিগুম্বা থরা ঙাংগদবা ওইরগদি তৌইগুম্বসুং পূন্নীং শোয়বা ওইরগদি মদুগীদমক প্রতীক্রমণ তৌগদবনি অমসুং প্রতীক্রমণ কনাগী তৌগদবনো? কনাগী সাক্ষীদা তৌগদবা? মদুদা হায়, 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা প্রতীক্রমণ তৌ। মসি উরিবা অসি, মহাক 'দাদা ভগৱান' নত্তে। মসিদি ভাদরণগী পটেলনি, এ.এম.পটেলনি। 'দাদা ভগৱান' মনুংদা লোক ১৪গী মপু (ঈশ্বোর) শাফোংবা ওইরি, মরমদুনা মহাক্কী মমীংদা প্রতীক্রমণ তৌ মদুদি 'হে দাদা ভগৱান! ঐহাক্কী পূন্নীং শোয়খ্রে, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।' ঐহাকসু মহাক্কী মমীং লৌদুনা প্রতীক্রমণ তৌই।

অফবা কর্ম তৌরগদি ধর্ম কৌই অমসুং ফত্তবা কর্ম তৌরগদি অধর্ম কৌই অমসুং ধর্ম-অধর্মদগী মপান লান্থোক্লগদি, মদু আত্মাধর্ম কৌই। অফবা কর্ম তৌরগদি ক্রেডিট শেম্বা ওই অমসুং মদুগী ক্রেডিট অদুবু নুংঙাইথোক্লবগীদমক চৎপা মথৌ-তাই। অমসুং একাউনদা ক্রেডিট-ডেবিট লৈত্রবা, মদুদা আত্মা ফংবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি সংসারসিদা লাক্লি, মরমদুনা কর্মদি তৌবা দরকার ওইদনা? করিগুম্বা খঙনা নত্রগা খঙদনা ফত্তবা কর্ম তৌখিবা ওইরগদি, মদুদা করি তৌবা মথৌ তাবগে?

**দাদাশ্রী :** থোকখিবা ওইরগদি মদুগী উপায় লৈদনা! করিগুম্বদা অরান্বা কর্ম থোকপা ওইরগদি খুদক্তা মদুগী মতুংদা *পছতাবা* (পেন্দজদবা) ফাওবা ওই, অমসুং অশেংবা থম্মোয়দগী, সিন্সিয়ারিটীগা লোয়ন্না *পছতাবা* তৌগদবনি। *পছতাবা* তৌবগী মথক্তা অমুক হন্না মদুগুম্না তৌরগদি মদুগী

চীন্তা তৌগদবা নত্তে। অমুক-হন্না *পছতাবা* তৌগদবনি। মদুগী মতুংদা করি বিজ্ঞাননো, মদু অদোম্না খঙবা ঙমদে মরমদুনা অদোম্না অসিগুম্বা মানগনি মদুদি মসি *পছতাবা* তৌবদগী লেপ্পা ওইদ্রি। করিগী লেপ্পা ওইদ্রিবনো, মদু বিজ্ঞান্নি। মরমদুনা অদোম্না *পছতাবা* তৌদুনা লৈগদবনি। কনাগুম্বনা থম্মোয় শেংনা *পছতাবা* তৌবদুদি, মহাক্কী কর্ম পুম্নমক চামথোকপা ওই। কনাগুম্বনা নুংঙাইতবা ফাওরগদি অদোম্না পছতাবা তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হকচাংগী ধর্ম পাংথোকপা ওইরগদি মদুগী প্রায়শ্চিত তৌবা মথৌ তাগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** শুংশোয়-শোয়দনা! মদু ফাও ‘ঐ আত্মানি’ অসিগুম্বা ভান ওইদ্রিফাও, মতমদুফাও করিগুম্বা প্রায়শ্চিত তৌদ্রগদি কর্ম হেন্না নপশিনগনি। প্রায়শ্চিত তৌবদগী কর্মগী কীশি-চবুন্দু য়াংবা ওই। নত্রগদি পাপ অদুগী মহৈ য়াম্না ফত্তবা লাকই মীওই মপোকসু মাংবা ওই, অমসুং করিগুম্বা মীওই মপোক ফংলগদি মহাক্না মখল-মখা কয়াগী অৱাবা লাকপা ওই। চান্নবগী, থকন্নবগী, ইকায়খুম্নবদি করিগুম্বফাও উবা ফংদে, মতমচুপ্পদা ইকায়-মীনোক ফংবা। মরমদুনা মসি প্রায়শ্চিত নত্রগা অতোপ্পা থবক পুম্নমক তৌবা দরকার ওই। মসিবু পরোক্ষ ভক্তি কৌই। আত্মাজ্ঞান ফংদ্রি ফাওবা, মতমদুফাওবা পরোক্ষ ভক্তি তৌবগী দরকার ওই।

হৌজিক পশ্চাতাপ কনাগী মমাংদা তৌগদগে? কনাগী সাক্ষীদা তৌগদগে মদুদি অদোম্না নীংবা ওইবা। কৃষ্ণ ভগৱানবু নীংব্রা নত্রগা দাদা ভগৱানবু নীংব্রা, নীংজবা অদুদা, মহাক্কী সাক্ষীদা তৌগদবনি। নত্রগদি ঊপায় লৈতবা, অসিগুম্বদি মসি মালেমসিদা লৈবা ওইদে। অহান্বদা উপায় পোকপা ওই, মদুগী মতুংদা লৈনা লাকপা ওই।

মসি জগত করম্না হৌরকপগে? অতিক্রমণদগী। ক্রমণদগী কনাগুম্ববু অৱাবা ওইবা ওইদে। অদোম্না হোটেলদা করিগুম্বা পোৎ ওদর তৌদুনা চাবা অমসুং প্লেট অনী অদোমগী খুত্তগী কায়রগদি, মতুংদা মদুগী পৈশা পীদুনা মপান থোক্লকই, মদু ওইরগদি অদোম্না অতিক্রমণ তৌদে। মদু ওইরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা দরকার ওইদে। তৌইগুম্বসুং প্লেট কায়বা অমসুং অদোম্না হায়রগদি, নহাক্কী মীওইনা থুগায়বনি, মদু ওইরগদি মতুংদা ৱা-মখা চৎথগনি। অতিক্রমণ তৌবা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অমসুং অতিক্রমণ থোক্তনদি লৈতেদনা, মরমদুনা প্রতিক্রমণ তৌ। অতোপ্পা ক্রমণ পুম্নমক্তি লৈরি। ইচম-চম্বা মওংদা ৱারি-শান্নে, মদু ক্রমণনি। মদুদা কায়বা লৈতে, তৌইগুম্বসুং অতিক্রমণ থোক্তনদি লৈবা ঙমদে। মরমদুনা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা অতিক্রমণ থোক্লি, মসিগী মশানা করম্না খঙগনি?

**দাদাশ্রী :** মদু মশামক্কসু খঙবা ওই অমসুং মাংদা লৈরিবদুনসু খঙবা ওই। অদোম্না খঙবা ওইগনি মদুদি মহাক্কী মায়থোঙদা ইফেক্ট ফাওরি অমসুং অদোমদসু ফাওবা ওই। অনীমক্তা ফাওবা ওই। মরমদুনা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

অতিক্রমণদি, অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা, মসি পুম্নমক অতিক্রমণ কৌবা ওই। মসিগী প্রতিক্রমণ তৌবগা মদুদি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা চৎখ্রে। অতিক্রমণ থোকপগা অমসুং প্রতিক্রমণ তৌবা, মদু ওইরগদি অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা চৎখ্রে। মসি সংসার অতিক্রমণদগী শেম্বা ওইরি অমসুং প্রতিক্রমণদগী মাংগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ হায়বদি করিনো?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ হায়বদি মাংদা লৈরিবনা অদোমবু ইকায়বা পীবা, মতমদুদা অদোম্না খঙগদবনি মদুদি মসিগী ইকায়বা অসিগী মরাল কনানো? মদু পীরিবদু মরাল লৈৱ্রা নত্রগা অৱাবা ময়োক্নরিবা মীওইগী অরানৱ্রা, অহান্বদা অদোম্না মসি ডিসীজন লৌগদবনি। মদু ওইরগদি, মসিনি ইকায়বা পীরিবদুনা খজিক্তংফাও অরান্বা ওইবা ওইদে। ১% ফাও অরান্বা ওইদে। মহাক্তি *নিমিত্ত*নি অমসুং ইশাগী কর্মগী উদায়গী মরম্না মদুগী *নিমিত্ত* ফংলি। হায়বদি মসি ইশাগী ইরালনি। হৌজিক প্রতিক্রমণ মদুগীদমক তৌগদবনি মদুদি মাংদা লৈরিবদুদা ফত্তবা ৱাখল ওইখ্রগদি প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মহাক্কীদমক পূক্নীংদা অসিগুম্বা ৱাখল লাকখ্রবদি মদুদি চন্নদবনি, হুরান-চীনথীবনি, মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অমসুং অসিগুম্বা ৱাখল লাক্তুগদি অমসুং ঐখোয়না মহাক্কী উপকার লৌরগদি প্রতিক্রমণ তৌবগী মথৌ তাদে। মসি নত্তনা কনাগুম্বনা তাথীনা চৈরগদি মদু ঐখোয়গী হিসাবনি, মদুগী মীওইদুদি *নিমিত্ত*নি। ফুরিৎখাও হুরগদি হুরিবদু *নিমিত্ত* (মাধ্যাম)নি অমসুং হিসাব ইশাগীনি। মসিদি *নিমিত্ত* থকপু চিক্লি অমসুং মদুগী খৎনবনি মসি পুম্নমক।

ওন্না-তৈন্না চৎপা, মদু অতিক্রমণ কৌই অমসুং অমুক-হন্না হল্লকপা, মদু প্রতিক্রমণ কৌই।

খৎনবা-চৈন্বা লৈরিবদুদা, মফমদুদা প্রতিক্রমণ লৈতে অমসুং প্রতিক্রমণ লৈরিবদুদা মদুদা খৎনবা-চৈন্বা লৈতে।

মচানুপাবু য়েন্নবগী করিসু অধিকার লৈতে, ভাপ তাহন্বগী অধিকার লৈ। মদু ওইজরবসু করিগুম্বা মচানুপাবু য়েরগদি অমসুং প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি কর্ম পুন্নমক নপশিদুনা লৈগনিদনা? প্রতিক্রমণদি তৌগদবনিনে?

'ঐ চন্দুভাইনি', মসি অতিক্রমণনি। মদু ওইজরবসু ব্যাবহারদা মসিবু লেট গো তৌ। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্ববু অদোমদগী নুংঙাইতবা ওইব্রা? ওইদ্রগদি, অতিক্রমণ ওইবা ওইদে। নুমিৎ চুপ্পদা অদোমদগী কনাগুম্ববু অৱাবা ওইরবদি মদু অতিক্রমণনি। মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ। মসি বীতারাগশিংগী সাইন্সনি। অতিক্রমণ অনেম্বা মপোক্তা পূথবা ওইগনি অমসুং প্রতিক্রমণ অৱাংবা মপোক্তা পূথৎকনি অমসুং মোক্ষ চৎপফাও প্রতিক্রমণ থক্তনা হেল্প তৌগনি।

প্রতিক্রমণ কনানা তৌগদবা ওইদে? অতিক্রমণ তৌদবা, মহাক্না।

**ৱাহং-হংলিবা :** ব্যাবহার, ব্যাপার মদুগী অতোপ্পা থবক-থৌরমশিংদা অনয়ায় থোকপা ওইরি অসিগুম্না মান্বগী মরম্না পূক্নীংদা *পছতাবা* ওই, মদুদগী করিগুম্বা ব্যাবহার শোয়বা ওইরগদি মদুগীদমক করি তৌগনি? ঐখোয়দগী করিগুম্বা অসিগুম্না অনয়ায় থোকপা ওইরগদি মদুগী করি প্রায়শ্চিত লৈবগে?

**দাদাশ্রী :** প্রায়শ্চিত্তা *আলোচনা* (মশাগী অরান্ববু লৌদুনা) -*প্রতিক্রমণ* (থম্মোয়-শোক্না ঙাকপীয়ু হায়জবা) -*প্রত্যাখ্যান* (অমুক হন্না তৌররোই হায়বগী ৱাশকপা) ওইগদবনি। মফম-মফমদা কনাগুম্বগা লোয়ন্না অনয়ায় তৌখিবদুদা, মদুদা আলোচনা-প্রতিক্রমণ তৌগদবনি অমসুং অমুক-হন্না অনয়ায় তৌররোই অসিগুম্না খোংফম লেপকদবনি। নীংজবা ভগৱানবু, করম্বা ভগৱানবু নীংবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** শিবজীবু।

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু ওইরগদি মদুগী মহাদেবকী মনাক্তা, মদুদা *পশ্চাতাপ* (পেনদবগী মৈচাক-চাকপা মনুংদা) তৌগদবনি। অলোচনা তৌগদবনি মদুদি ঐহাক্না মখোয়গা লোয়ন্না অসিগুম্বা অরান্বা দোষ থোকখ্রে, অসিগুম্না হৌজিক অমুক হন্না তৌররোই। অদোম্না হঞ্জিন-হঞ্জিন *পশ্চাতাপ* তৌগদবনি। অমসুং অমুক হন্না অসিগুম্বা দোষ থোক্লগদি অমুক হন্না *পশ্চাতাপ* তৌগদবনি। অসিগুম্না তৌ-তৌদুনা দোষ হন্থবা ওইগনি। অদোম্না তৌনিংদবা মদু ওইরগসু অনয়ায় থোক্কনি। থোক্লিবদু, মদু হৌজিক ফাওবা প্রক্রুতিদোষনি। মসিগী প্রক্রুতিদোষ মদু অদোমগী মমাং-মপোক্কী দোষনি, মসি ঙসিগী দোষ নত্তে। ঙসি অদোম্না চুমথোক্লীংই, তৌইগুম্বসুং মসি থোক্লিবসি মদু অদোমগী মমাংগী দোষনি। মদু অদোমবু ৱাহন্দনদি থারোই। মরমদুনা হঞ্জিন-হঞ্জিন

আলোচনা-প্রতিক্রমণ-প্রত্যাখ্যান তৌবা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না থাংগদবা ওইরি, মদু ওইরগদি মদুগী লম্বী করিনো?

**দাদাশ্রী :** অদোমদি থাংবা ওইগদবনি, কান্নবা ওইদবা-লাউথোংবা তৌরোইদবনি। অমসুং মতুংদা থাংবসু *সমতা* (নুংশিন্বা-য়েংথীন্বা থোক্তবা)গা লোয়ন্না তৌগদবনি। মাংদা লৈরিবদুবু পূক্নীংদা তাথীনা চৈদুনা নত্তে, তৌইগুম্বসুং *সমতা*গা লোয়ন্না মদুদি ইবুংঙো, নহাক্না ঐহাকপু কর্মদগী নান্থোকহল্লি। ঐহাক্কী কর্ম লৈবদু, মদুগী চৈথেংদু ঐহাকপু চৈথেং-ফংহন্দুনা অমসুং ঐহাকপু নান্থোকহল্লি। মরমদুনা মদুগী উপকার লৌগদৌবনি। ফ্রিদা করিসু থাংগদবা ওইদে। মদু ঐখোয়গী দোষকী পরিণামনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমসুং প্রতিক্রমণদি, অতোপ্পশিংগী দোষ উরগদি, মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি?

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পশিংগী দোষ থক্তা নত্তনা, ৱাফম খুদিংমক্তা, চীন্থীবা ঙাংলগদি, ওন্না-তৈন্না থোক্লগদি, করিগুম্বা মথলগী হিংসা থোক্লগদি, মহাব্রত ৫শিংগী মনুংদা করিগুম্বা মহাব্রত কায়রগদি মদু পুম্নমক্কী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

## 2. ধর্ম খুদিংমক্না প্ররুপিত তৌখি প্রতিক্রমণ

ভগৱান্না হায় মদুদি, আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা ব্যাবহার ধর্ম ওইবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মদু কেস লৈরগদি, শোৎপা য়ারোই। কনাগুম্ববু তাথীনা চৈবা, হৌজিক থোক্লিবদু মদু লক্ষ্যদা থম্মু, কনাগুম্বগা লোয়ন্না করি থোকপগে মদু, অমসুং মতুংদা অলোচনা তৌদুনা, কেস প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান তৌ। মদুবু ভগৱান্না ব্যাবহার-*নিশ্চয়* (আত্মা) অনীমক হায়রি। তৌইগুম্বসুং মদু কনাদগী পাংথোকপা ঙমগনি? *সমকিত* (আত্মাবু ফংবা) ওইরবা মতুংদা থক তৌবা ঙমগনি। মতমদুফাও করিগুম্বা তৌগে হায়রগদি মদু ওইরগসু তৌবা ঙল্লোই। *সমকিত* ওইদবা অমসুং মদু ওইরবসু কনাগুম্বনা ঐখোয়গী মসিদগী আলোচনা-প্রতিক্রমণ-প্রত্যাখ্যান তমদুনা চৎথ্রগসু থবক লৌথোকহৌগনি। ফনমক তেন্তকনা তম্বা ওইরগসু কায়বা ওইদে। *সমকিত* মহাক্কী মমাংদা লাক্তুনা লেপতুনা লৈগনি!!!

কনাগুম্বগী আলোচনা-প্রতিক্রমণ থম্মোয় শেংবা ওইরগদি, মহাকপু আত্মা ফংদনদি লৈরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** *পশ্চাতাপ* তৌরি, মদু প্রতিক্রমণনি অমসুং অসিগুম্না

হায়বা মদুদি অসিগুম্না তৌররোই, মদু প্রত্যাখ্যান?

**দাদাশ্রী :** হোয়। *পশ্চাতাপ* মদু প্রতিক্রমণ কৌবা ওই। হৌজিক প্রতিক্রমণ তৌবা তৌইগুম্বসুং হৌজিক অমুক-হন্না অসিগুম্বা অতিক্রমণ থোক্তন্বা, মদুগীদমক অসিগুম্না হায়য়ু মদুদি 'অমুক হন্না অসিগুম্না তৌজররোই' মদুবু প্রত্যাখ্যান কৌই। অমুক হন্না অসিগুম্না তৌজররোই, অসিগুম্না প্রোমিস তৌরি, পূক্নীংদা অসিগুম্না লেপকদবনি অমসুং মদুগী মতুংদা করিগুম্বা অমুক-হন্না অসিগুম্না থোক্লগদি মরোল অমদি চৎখ্রে। তৌইগুম্বসুং মতুংদা অনীসুবা মরোল লাকই, মদু ওইরগদি মদুদা কীগদবা নত্তে, হঞ্জিন-হঞ্জিন্না অসিগুম্না তৌদুনা লৈগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অলোচনা হায়বদি করিনো?

**দাদাশ্রী :** হোয়, অলোচনা হায়বদি ঐখোয়না করিগুম্বা ফত্তবা থবক তৌরগদি, মদু ওইরগদি অদোমগী গুরু অমবু ওইরবসু, নত্রগা জ্ঞানী ওইরবসু, মহাক্কী মমাংদা মরালবু একসেপ্ট তৌবা। থোক্লিবদুগুম্না মদুগী শক্তমদা একসেপ্ট তৌবা।

হায়বদি অদোম্না প্রতিক্রমণ কনাগী তৌগনি? মদুদা হায়, 'অতিক্রমণ তৌবখৈদু, মীয়াম্না একসেপ্ট তৌদবখৈদু, মীয়াম্না তাথীনা ঙাংন্বা মদুগুম্বা কর্ম অতিক্রমণ কৌই। মদুগুম্না থোক্লগদি প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই।'

কর্ম কনানা পুনশিন্বগে? মদুবু অদোম্না খঙগদবনি, অদোমগী মমীং করি কৌবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** চন্দুভাই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি 'ঐ চন্দুভাই' মদুনা কর্মনা ফাজিন্বা ওইহল্লি। মতুংদা করিগুম্বা নুংদাংদা তুমলগদি, মদু ওইজরবসু নুংদাংচুপ্পা কর্ম পুনশিল্লি। 'ঐ চন্দুভাই', অসিগুম্না লৈরগদি তুম্বা ওইরগসু কর্মনা পুনশিল্লি। মদুগী করি মরমনো? মরমদি মদু *অরোপিত* (অরোপ তৌবা) ভাৱনি। মরমদুনা মরাল মনুংচল্লি। অশেংবদা 'ইশামক' চন্দুভাই নত্তে অমসুং অদোম্না নত্তবা মফমদুদা, মদুদা 'ঐনি' অসিগুম্না অরোপ তৌরি। কলপ্নাগী (মাঙলান শাবগী) ভাৱনি মদু, অমসুং লেপ্পা-নাইদনা মদুগী মরালগী মনুংচন্বা ওইরিদনা!! অদোমগী খঙবদা লাকপ্রা?! মতুংদা ঐ চন্দুভাই, মহাক্কী মকুবোক থোকই, মহাক্কী মাম্মা থোকই, মহাক্কী মথুরা থোকই, মসি পুম্নমক অরোপ তৌবা ভাৱ ঙাক্তনি, মসিনা লেপ্পা নাইদনা কর্ম পুনশিল্লি। নুংদাংদা মাংদসু কর্ম পুনশিল্লি। নুংদাংদা কর্ম পুনশিল্লি, মদুদদি করিগুম্বা উপায় অমত্তা লৈতে তৌইগুম্বসুং 'ঐ চন্দুভাইনি'

মদুগী অহংকারবু করিগুম্বা অদোম্না *নির্মল* (শেংদোক্লগদি), মদু ওইরগদি অদোম য়ামদনা কর্মনা পুনশিন্বা ওইগনি।

অহংকার *নির্মল* তৌরবা মতুংদা হান্নগীগুম থবক তৌবা মথৌ তাই। করম্বা থবকপু তৌবা মথৌ তাবগে? মদুদি অয়ুক্তা অদোমগী নুপামচাগী লোয়ন্বীদগী কপ-প্লেট কায়রগদি, মতমদুদা অদোম্না হায়খ্রগদি, নঙোন্দা কোক য়াউদরব্রা। মসিনা মহাকপু নুংঙাইতাবা ফাওবা, মদুগী মতমদুদা অদোম্না পূক্নীংদা অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি 'মসি ঐহাক্না মঙোন্দা নুংঙাইতবা পীরি।' মদুদা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অৱাবা পীবা হায়বদি অতিক্রমণ কৌগনি। অমসুং অতিক্রমণ থোকপগা প্রতিক্রমণ তৌবদা মদু মাংবা ওই। মদুগী কর্ম অদু য়াংবা ওই।

কনাগুম্ববু করিগুম্বা অৱাবা ওইরগদি, করিগুম্বা অসিগুম্বা *আচারণ* (শাজৎলোন) তৌরগদি মদু অতিক্রমণ কৌই অমসুং অতিক্রমণ থোকপগা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অমসুং মদু থা ১২দা অমুক্তং তৌবা, মদুগুম্বা নত্তে। শুট ওন সাইট (দোষ উবগা কাপথৎপা)ওইগদবনি, মদু ওইরগদি মসি অৱাবা থরা হন্থগনি। বীতরাগনা হায়খিবা মোৎকী মতুং ইন্না চৎলগদি অৱাবা মাংগনি নত্রগদি অৱাবা মাংলোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্বা প্রতিক্রমণ করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না করিগুম্বা জ্ঞান ফংবা ওইরগদি অদোম্না মহাক্কী আত্মাবু খঙবা ওইগনি। হায়বদি আত্মাবু মমীং পন্দুনা তৌগদবা ওই, নত্রগা ভগৱানবু মমীং লৌদুনা তৌ, 'হে ভগৱান! *পশ্চতাপ* তৌরি, লাল্লে হায়জরি অমসুং হৌজিক অমুক হন্না তৌজররোই।' বস মসিনি প্রতিক্রমণ!

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদগী চামথোকপা ওইগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, হোয়, শূংশোয়-শোয়দনা!! প্রতিক্রমণ তৌই মরমদুনা মতুংদা লৈররোইদনা?! য়াম্না লুম্বা কর্ম ওইরগদি চাকশ্রবা থৌরিগুম্না উগনি তৌইগুম্বসুং থুৎনা শোকপগা ঊৎ-ওন্বা।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী *পছতাবা* করম্না তৌগনি? ময়াম্না উবা ওইবা মদুগুম্না তৌগদ্রা নত্রগা পূক্নীংদা তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** পূক্নীংদা। পূকীংদা দাদাজীবু নীংশিংদুনা মদুদি 'মসিদা ঐহাক্না অরান্বা থোক্লি, হৌজিক মতুংদা অমুক হন্না তৌররোই' পূক্নীংদা অসিগুম্না নীংশিংদুনা তৌ, মদু ওইরগদি অসিগুম্না তৌ–তৌদুনা মদুগী অৱাবা পুন্নমক মাংবা ওইগনি। মদুগী অরান্বদু মাংগনি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্না তৌদ্রগদি

অরান্বাশিংদু হেঙ্গৎকনি।

মসিগী লম্বীসি থক অসিগুম্বনি মদুদি মশাগী মরাল উবা ওই অমসুং শুট তৌদুনা লৈবা ওই, অসিগুম্না তৌদুনা দোষ লোইবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** নাকন অমরোমদা পাপ তৌদুনা লৈবা অমসুং অশোম লোমদা *পছতাবা* তৌদুনা লৈবা, অসিগুম্নদি চৎথদুনা লৈগনি।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না তৌগদবা নত্তে। পাপ তৌবা মীওইদুনা, মহাক্না করিগুম্বা পছতাবা তৌরগদি মহাক্না তৌশিন্নবা পছতাবা তৌবা ঙমদে। মহাক্কী পছতাবা অশেংবা ওই, মরমদুনা তিলহৌগী মরোলগুম্না মরোল অমা হাইদোকই। মদুগী মতুংদসু তিলহৌদি মদু ওইজরবসু মপুম ওইনা উগনি। মতুংদা অনীসুবা মরোল হাইদোক্কনি। *পছতাবা* কৈদৌনুংদসু মাংবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অশেংবা পূক্নীংদগী লাল্লে হায়জগদবরা?

**দাদাশ্রী :** লাল্লে হায়রিবদুনা অশেংবা পূক্নীংদগী লাল্লে হায়রি অমসুং অরান্বা-পূক্নীংদগী হায়রগসু য়াগনি। মদু ওইরগসু লাল্লে হায়জৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মতুংদা মহাক্না হৈন্বী ওইরগনি?

**দাদাশ্রী :** হৈন্বী ওইরগসু ফনমক ওইজসনু। তৌইগুম্বসুং লাল্লে হায়জৌ। লাল্লে হায়দনদি পুংলোই-লোইরে, খঙজরো!!!লাল্লে হায়বগী করি অর্থনো? মদুবু প্রতিক্রমণ কৌই অমসুং দোষবু করি কৌবগে? অতিক্রমণ।

কনাগুম্বনা ব্রান্ডী থকপা অমসুং হায়বা মদুদি ঐ লাল্লে হায়জরি, মদু ওইরগদি ঐহাক্না হায়গে মদুদি লাল্লে হায়জৌ। লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু অমসুং থক্কুনা লৈয়ু। তৌইগুম্বসুং পূক্নীংদা লেপ্পু মদুদি 'হৌজিক ঐহাক্না থাদোক্কনি'। পুকচেল শেংনা পূক্নীংদা লেপ্পু মদুদি ঐহাক্না থাদোক্কনি মদু ওইরগদি নোংমা নুমিৎ অমা মদুগী অরোইবা লাক্কনি। ঐহাক্কী মসি বিজ্ঞান ১০০%নি।

মসিদি বিজ্ঞান্নি!! হৌদনদি তোক্লোই। খুদক্তা মহৈ পীগদবনি। 'দিস ইজ দ কেস বেঙ্ক ওফ ডিবাইন সোল্যুশন'। মসিদি 'কেস বেঙ্ক'নি। চহী লাক্ষ তরাগী মমাংদা লৈরমদে! পূং ২দা মোক্ষপু পূজখো!! মসিদা নঙনা নীবখৈদু, মদু পীন্বগী লৈরি। নহাক্না নীবদা চোকথবা ওইগনি।

কনাগুম্বা মীওই অমবু হুরাল্লবা মতুং *পছতাবা* তৌবা ওইবা, মদু ওইরগদি মহৌশানা মহাকপু থাদোকপা ওই। পশ্চতাপ তৌই, মরমদুনা ভগৱানগী মদুদা মসি মরালনি হায়রোই। তৌইগুম্বসুং মালেমগী মীয়াম্না করিগুম্বা দন্ড পীরগসু, মদুবু মসি মপোক্তা ফুগৎকদবা মথৌ তাই।

'মসি পুন্নমক অরান্বনি, অসিগুম্না তৌরোইদবনি', অসিগুম্না পুন্নমক্লা ঙাংলি। মথোয়না মথক–মথক্তগী ঙাংলি। 'সুপরফ্লুঅস' ঙাংবনি, 'হার্টিলী' ঙাংদে। মসি নত্তনদি করিগুম্বা 'হার্টিলী' ঙাংলগদি মদুগী দোষ অদু মতম থরগী মনুংদা মাংদনদি লৈরোই! অদোমগী ফত্তবদগী ফত্তবা দোষ ওইরগসু তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মদুগীদমক অদোম্না 'হার্টিলী' য়াম্না *পছতাবা* তৌরগদি অমুক হন্না মদুগী দোষ অদু থোক্লরোই। অমসুং অমুক হন্না থোকচরগসু মদুদা অকায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং য়াম্না পছতাবা তৌদুনা লৈয়ু।

**ৱাহং–হংলিবা :** প্রতিক্রমণ অমসুং *পশ্চতাপ* অসিদা করি খেৎন্বগে?

**দাদাশ্রী :** পশ্চতাবা ময়েক–শেংদবা মওংদনি, ক্রিশ্চিয়ন মীয়াম্না নোংমাইজিংদা চর্চতা পশ্চতাপ তৌই। পাপ তৌখিবদু মদুগী ময়েক–শেংদবা মওংদা পশ্চতাপ তৌবা ওই। অমসুং প্রতিক্রমণদি করম তৌবগে মদুদি কনাগুম্বনা নোংমৈ কাপলগদি, কনাগুম্বনা অতিক্রমণ তৌরগদি, মহাক্না প্রতিক্রমণ তৌই, খুদক্তা! শুট ওন সাইট মদুবু শুদোকপা ওই!!

আলোচনা–প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান মহাবীর ভগৱানগী সিদ্ধান্তগী এক্সট্রেক্টনি অমসুং অক্রম লম্বীদা 'জ্ঞানীপুরুষ' থক্তা এক্সট্রেক্টনি, মসিথক খঙগদবনি। আজ্ঞা থক ধর্মনি অমসুং আজ্ঞা থক *তপ* (penance)নি। তৌইগুম্বসুং মহাক্না খুৎ–থীংজিন্দনদি লেম্না লৈতেদনা! হৌখ্রবা মতম কয়াদগী ফত্তবা হৈন্বী লৈরিদনা।

## 3. নত্তে, মদু প্রতিক্রমণ মহাবীরগী

**ৱাহং–হংলিবা :** হৌখ্রবা মতম কয়াদগী প্রতিক্রমণদি তৌদুনা লাক্লি, মদু ওইজরবসু নাম্থোকপদি ওইদে।

**দাদাশ্রী :** অশেংবা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইদে। অশেংবা প্রত্যাখ্যান অমসুং অশেংবা প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদুগী সোল্যুশন লাক্কনি। প্রতিক্রমণ শুট ওন সাইট ওইগদবনি। হৌজিক করিগুম্বা ঐহাক্কী ৱাহৈ অমা থজিক্তং খোয়বা ঙাংলগদি, মদু ওইরগদি ঐহাক্না মনুংদা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। খুদক্তা, ওন দ মোমেন্ট। মসিদা শোৎপা য়াদে। মসিদি মনম চেন্দুনা থম্বা য়াবা ওইদে।

প্রতিক্রমণ হায়বদি পছতাবা তৌবা, মদু ওইরগদি পছতাবা কনাগী তৌবগে?

**ৱাহং–হংলিবা :** *পছতাবা* তৌবা ঙমদে। ধর্মগী থবক–থৌরমশিং পাংথোক্কুনা লৈ।

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ হায়বদি অমুক হন্না হল্লকপা। পাপ তৌখিবদু, অশাউবা তৌখিবা, মদুদা পছতাবা তৌ, মদুবু প্রতিক্রমণ কৌই।

প্রতিক্রমণ করম্ববু কৌগনি মদুদি মদুবু তৌবদগী দোষ হন্দবা ওইবা। মদুবু তৌবদগী দোষ হেঙ্গৎপা ওইরগদি, মদুবু প্রতিক্রমণ করন্না হায়গনি? ভগৱান্না অসিগুম্না হায়খিবা ওইদে। ভগৱান্না হায়রি, লোন খঙবা ওইরিবা অদুদা, মদুগী লোনদুদা প্রতিক্রমণ তৌ। ইশা-ইশা লোন্দা প্রতিক্রমণ তৌ। নত্রগদি মীয়াম্না প্রতিক্রমণ খঙবা ঙম্লোই। মসি মাগধী লোন্দা থম্বা ওইরি। হৌজিক মসি মীয়াম্না গুজরাতী ফাও খঙবা ওইদে, মখোয়না মাগধীদা প্রতিক্রমণ তৌবদা করি কান্নগনি? অমসুং সাধু-আচার্য়সু খঙবা ওইদে, মখোয়দসু দোষ করিগুম্বা হন্দবা ওইদে। হায়বদি মসিদা অসিগুম্বা ফিবম ওইরি।

ভগৱান্না মাগধী লোন্দা থালি নৱকার মন্ত্রবু ঙাংন্বগী থক হায়রম্মী অমসুং মদুসু খঙদুনা ঙাংবা। হায়বদি মাগধীদা থম্বা য়াবা মসি নৱকার মন্ত্র থক্লি, মরমদি ভগৱানগী লোন্নি। মসি নত্তনা প্রতিক্রমণদা হান্না মদুগী অর্থ খঙবা মথৌ তাই মদুদি মসি ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌরিব্রা! কনাগী? কনাগুম্বনা ঐহাকপু ইকায়বা পীরগদি নত্রগা ঐহাক্না কনাগুম্ববু ইকায়বা পীরগদি, মদুগী ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌরি।

প্রতিক্রমণ হায়বদি কষায়শিংবু মাংহন্বা।

মসি মীয়াম্না চহী অমদা অমুক্তং প্রতিক্রমণ তৌই, মতমদুদা অনৌবা ফী-শেত্তুনা চৎলি। প্রতিক্রমণ মদু লুহোংবরা নত্রগা করিনো? প্রতিক্রমণ তৌবা হায়বদি য়াম্না মনুং হুৎনা *পছতাবা* তৌবা! মদুদা অনৌবা ফিজোলগী করি থবক্কীনো?! মদুদা লুহোংবা লৈব্রনে? মদুগী মথক্তা *রায়শী* অমসুং *দেবশী* (নুংদাংদা থোকপশিংদুগী প্রতিক্রমণ অয়ুক্তা অমসুং নুংথিলদা থোকপা দোষশিংগী প্রতিক্রমণ নুংদাংদা তৌবা)। অয়ুক্তা চাবা নুংদাং-ৱাইরমদা নিংশিংবা ওইদে, মদুদা প্রতিক্রমণ করম তৌনা তৌগনি?!

বীতরাগ ধর্ম করম্ববু কৌবগে মদুদি নুংতিগী ৫০০-৫০০ প্রতিক্রমণ তৌবা। জৈন ধর্মদি মফম খুদিংমক্তা লৈ তৌইগুম্বসুং বীতরাগ ধর্ম নত্তে। থা ১২দা অমুক্তং প্রতিক্রমণ তৌরগদি, মহাকপু জৈন করম্না কৌগনি? মদু ওইজরবসু *স্মবতসরী* প্রতিক্রমণ(চহী অমদা অমুক্তং)তৌই, মদুদা কায়বা ওইদে।

ঐহাক্না অসিগুম্না ঙাংলি, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্নদি ঙাংদ্রিঙৈ মমাংদা

প্রতিক্রমণ তৌখ্রবা ওই। অদোম্না অসিগুম্না ঙাংগনু। ঐহাক্না য়াম্না অকন্বা ঙাংলি, মরাল পুথোক্লি, মদু ওইজরবসু ঐহাক্না নির্দোষ ওইনা উই। তৌইগুম্বসুং মালেমবু জ্ঞানদি তাহনগনিদনা? চপ-চাবা, অশেংবা ৱাফমদি খঙবা মথৌ তাইদনা?!

আত্মাজ্ঞান, মদু মোক্ষলম্বীনি। আত্মাজ্ঞান ফংলবা মতুংগী প্রতিক্রমণ মোক্ষলম্বী পীগনি, মতুংদা সাধনা পুন্নমক মোক্ষ লম্বী পীগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ মহাক্কী আত্মাজ্ঞান ওইবগী মরম ওইবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে। মসি হান্নগী অরিবশিংদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা ওই অমসুং অমুক হন্না মোহদগী অনৌবা অতিক্রমণ শেম্বা ওই। মোহ লেপ্লা ওইদেদনা? মোহ লৈদনা? দর্শন মোহ, হায়বদি অরিবা প্রতিক্রমণ পুন্নমক তৌবদগী মদু কেন্বা ওইগনি তৌইগুম্বসুং অনৌবা শেম্বা ওইগনি। প্রতিক্রমণ তৌবা মতমদা, মদুগী পুংফমদুদা পূন্য শেম্মী।

সংসারগী মীয়াম প্রতিক্রমণ তৌই। জাগ্রুত ওইবশিংদুনা মথোয় *রায়শী -দেবশী* অনীমক তৌই, মদু ওইরগদি দোষ অদুখৈ হন্থরে। তৌইগুম্বসুং দর্শন মোহনীয় লৈরিবমগৈ, মদুফাও মোক্ষ ওইরোই, দোষ শেমদুনত্তা লৈগনি। প্রতিক্রমণ তৌরিবমখৈ মদুমখৈ দোষ পুন্নমক চৎখিগনি।

হায়বদি মসিগী মতমসিদা হৌজিক শুট ওন সাইটগী ৱাফমদি কদায়দা লৈবগে তৌইগুম্বসুং হায়বা ওইরি মদুদি, নুংদাং-ৱাইরমদা নুমিৎ চুপ্পগী প্রতিক্রমণ তৌবা। মদুগী ৱাফমদু কদায়দা চৎখ্রে। হপ্তা অমদা অমুক্তং তৌ মদুগী ৱাফমদুসু কদায়দা চৎখ্রে অমসুং পাক্ষিক (নুমিৎ ১৫)সু কদায়দা চৎখ্রে, অমসুং থা ১২ অমুক্তং তৌই। মদুসু খঙবা ওইদে অমসুং অফবা ফীজোল শেৎতুনা চৎতুনা লৈরি। হায়বদি রিয়ল প্রতিক্রমণ কনামত্তনা তৌদে। মরমদুনা দোষ হেঙ্গৎলি। প্রতিক্রমণদি মদুবু কৌই মদুদি দোষ হন্থবা ওইবা।

মসি নীরু বহেনবু করিগুম্বা অদোমগীদমক খজিক্তংফাও ওন্না-তৈন্বা ৱাখল লাক্লগদি মদুদি 'মহাক্না লাকপগা অমসুং মীনা পীকথন্বা ওইরি।' মদুগী ৱাখলদু থক মনুংদা লাকপগা অদোমবু খঙবা ওইহল্লোই। মায়থোং-নোক্তুনা লৈগনি। মদুগী মতমদুদা প্রতিক্রমণ তৌগনি। ওন্নবা ৱাখল লাকপগা, মদু অতিক্রমণ তৌবা কৌগনি। মহাক্না নুমিৎ চুপ্পা ৫০০-৫০০ প্রতিক্রমণ তৌই।

দোষ খক্তা থোকপা ওইরি। জ্ঞানদি লৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি ভাৱ প্রতিক্রমণনি। *ক্রিয়া* (ধর্মগী থৌরমশিং

পাংথোকপা) প্রতিক্রমণদুদি তৌবা ঙমদেদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, ক্রিয়াদা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইদে, প্রতিক্রমণদি, ভাৱ প্রতিক্রমণ থক্কী দরকার ওই, মদু পাংথোকপগা মহৈ পী। ক্রিয়া প্রতিক্রমণ লৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** দ্রব্য প্রতিক্রমণ অমসুং ভাৱ প্রতিক্রমণ হায়বদি করিনো? মসিবু খরা থঙহনবিয়ু।

**দাদাশ্রী :** ভাৱ অসিগুম্না থম্মু মদুদি 'অসিগুম্না তৌরোইদবনি', মসি ভাৱ প্রতিক্রমণ কৌই। অমসুং দ্রব্য প্রতিক্রমণদগী লোইবফাও পুম্নমক, ৱাহৈ অমমম ঙাংগদবা ওই। ইরিবা ৱাহৈশিংদু, মদু পুম্নমক অদোম্না ঙাংগদবা ওই। মদু দ্রব্য প্রতিক্রমণ কৌবা ওই।

মদু ওইরগদি মসি প্রতিক্রমণদি, ঙসি করিগুম্বা ভগৱান মসিদা লৈরম্লগদি, মদু ওইরগদি মথোয় পুম্নমকপু জেলদা থমগনি। অরে ইবুংঙো অসিগুম্না পাংথোকপা? প্রতিক্রমণ হায়বদি মরাল অমগী লাল্লে ফোংদোকপা, চামথোকপা। দাগ অমা চুবা ওইরগদি, মদুগী দাগতুবু শুদোক্তুনা চামথোকপা। হান্না লৈরম্বা মফমদুগুম্না, মদুগুম্না থম্বা, মদুবু প্রতিক্রমণ কৌবা ওই। হৌজিক কালদি দাগ মফম খুদিংমক্তা চুবা ফী থক্তবু উবা ওইরি।

মসিদি, দোষ অমত্তগী ফাও প্রতিক্রমণ তৌবা ওইদে অমসুং মফম খুদিংমক্তা দোষশিংনা পীকথন্বা ওইবা ওইরি।

মসি নীরু বহেননি, মহাক্কী শাজৎলোন-ৱাখল করিগীদমক ৱাংবা ওইরিবনো? নুংতিগী ৫০০-৫০০ প্রতিক্রমণ তৌই অমসুং হৌজিক মহাক্না হায়রি মদুদি নুংদদি ১২০০-১২০০ প্রতিক্রমণ তৌই। অমসুং মথোয়শিংনা অমত্তফাও তৌবা ওইদে!

অনম্বা মতমদা, তৌবদগী *আবরণ* (অজ্ঞানগী মরোল মথং–মথং) লাকপা ওই। আবরণ লাকপদগী অরান্বদু কুপশিন্বা ওই, মরমদুনা অরান্বদু উবা ওইদে। অরান্বশিংদি আবরণ কায়রবা মতমদুদা মদুদা উগনি অমসুং মদুগী আবরণ অদু জ্ঞানীপুরুষতগী কায়বা ঙমগনি, নত্রগদি ইশাদগী *আবরণ* কায়বা ঙল্লোই। জ্ঞানীপুরুষতি *আবরণ* পুম্নমক ফ্রেকচর তৌদুনা থুগায়বা ওইরি!!

**ৱাহং-হংলিবা :** করম্বা মওংদা তৌবা প্রতিক্রমণ *শুদ্ধ* (অশেংবা) ওইনা লৌবগে? অচুম্বা প্রতিক্রমণ করম্না তৌগদবা ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** *সমকিত* (আত্মাবু শাফাওনরবা) ওইরবা মতুংদা অচুম্বা প্রতিক্রমণ ওইবা য়াই। *সম্যকত্ব* (ঐ অশেংবা আত্মনি) ওইরবা মতুংদা, দ্রষ্টি চুম্বা ওইরবা মতুংদা, আত্মাদ্রষ্টি ওইরবা মতুংদা অচুম্বা প্রতিক্রমণ ওইবা য়াই। তৌইগুম্বসুং মতমদু ফাও করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌরগদি অমসুং পছতাবা তৌরগদি মদুনা হন্থবা ওইরগনি পুন্নমক। আত্মাদ্রষ্টি ওইদ্রিবা ওইরগদি অমসুং সংসারগী মীয়াম্না শোয়রবা মতুংদা পছতাবা তৌরগদি অমসুং প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদুদগী পাপ য়ামদনা পূনশিনগনি! ভাপ তারব্রা? প্রতিক্রমণ–পছতাবা তৌবদগী কর্ম লোইবা ওইগনি!

ফীদা চাগী দাগ চুবগা খুদক্তা মদুবু চামথোকই। করি অসিগুম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাগ কোক্লবা, মরমদুনা।

**দাদাশ্রী :** মদুগুম্না মনুংদা দাগ চুবগা খুদক্তা চামথোক্কদবনি। মথোয় ময়াম্না খুদক্তা চামথোকই। করিগুম্বা কষায় থোকপগা, করিগুম্বা অমা থোকপগা খুদক্তা চামথোকপা ওই মদু ওইরগদি শেংবগী শেংবা, ফজবগী ফজবা! অদোমদি থা ১২দা নোংমা তৌই, মদুগী নুমিৎ অদুসু ফী তীংদুনা থম্মী?!

ঐহাক্কী প্রতিক্রমণ শুট ওন সাইট কৌবা ওই। হায়বদি অদোম্না তৌবদু মদু প্রতিক্রমণ কৌদে। মরমদি অদোম ফী অমফাও শুদোক্তে অমসুং ঐহাক্কীদি পুন্নমক চামথোক্তুনা শেংবা ওইখ্রে।

নুংতীগী অমমমতা তৌদুনা ফীসুবা মথৌ তাই। মসি নত্তবদা জৈন অমনা করি তৌবগে? থা ১২ ফাবগা, মতমদুদা থা ১২গী ফী পুন্নমক অমুক্তংদা শুই! ভগৱানগী মদুদগী অসিগুম্না তৌদে। মসি মীয়াম্না থা ১২দা ফী অমুক্তং ফুৎলিদনা নত্রগা ফুত্তব্রনে? মসিদি অমমম তৌদুনা শুবা মথৌ তাই। নুংতীগী ৫০০–৫০০ফী (দোষ) নুমিৎ চুপ্পা শুগনি মতমদুদা থবক ওইগনি।

দোষ উরিবমখৈ, মদুখৈ হন্থবা ওইগনি। মহাক্না নুংতিগী ৫০০ দোষ উবা ওই। হৌজিক অতোপ্পশিংবু উবা ওইদে, মদুগী করি মরম্লো? হৌজিক শংলি মদুখৈ, দোষ লৈতবা ওইরব্রা, নত্রগা উবা ওইদব্রা?

ভগৱান্না নুংতীগী (ইশাগী দোষশিংগী) একাউন বোইদা ইনবা হায়রি, হৌজিক থা ১২দা অমুক্তং একাউন বোইদা ইবা ওই। *পর্যুষণ* (জৈনগী উৎসব) লাকপা মতমদুদা। ভগৱান্না হায় মদুদি অশেংবা ব্যাপারীদি নুংতিগী ইবা অমসুং নুংদাং-ৱাইরমদা হিসাব পুথোকপা। থা ১২দা অমুক্তং একাউন বুক ইবা ওই, মদুগী মতমদুদা করিবু নীংশিংগনি? মদুগী মতমদুদা করম্বা

পৈশা নীংশিংগনি? ভগৱান হায় মদুদি অশেংবা ব্যাপারী ওইয়ু অমসুং নুংতিগী একাউন বুক ইয়ু অমসুং একাউন্দা করিগুম্বা লান্বা ওইরগদি, *অবিনয়* (নোল্লুকপা লৈতবা) ওইরগদি খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌ, মদুবু মুৎথৎলু।

## 4. অহো! অহো! মসি জাগ্রত দাদা

মসি মালেম অসিদা পুম্নমক *নির্দোষ* (মরাল লৈতবা) নি। তৌইগুম্বসুং য়েংউ অসিগুম্বা অকন্বা ৱাঙাং থোক্লক্লিদনা?! ঐহাক্না মথোয় পুম্নমকপু *নির্দোষ* য়েংলি, কনামত্তা *দোষিত* (দোষ লৈবা) ওইদে। ঐহাক্না *দোষিত* ওইনা উবা ওইদে, *দোষিত* ঙাংবা থক্তনি। অসিগুম্না করিগুম্বদা ঙাংবা য়াব্রা? ঙাংবা দরকার ওইব্রা? কনাগুম্বা অমগী মতাংদা ঙাংলোইদবনি। মদুগী মতুংদা খুদক্তা মহাক্কী প্রতিক্রমণ চৎথদুনা লৈ। মসি ঐহাক্কী ডিগ্রী ৪ ৱাৎলি, মদুগী মসি পরিণাম্নি। তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণ তৌদবদি য়ারোই।

ঐহাক্না করিগুম্বা ঙাংথোকখিবদা, অকন্বা ৱাহৈ ঙাংবা ওই, মদু খঙনা-খঙনা ঙাংবা ওই তৌইগুম্বসুং মহৌশাগী মথক্তা ঐহাক্কী মরালদি ওইরিদনা! মরমদুনা ঐহাক্না মদুগী প্রতিক্রমণ (এ.এম.পটেলদগী) তৌহল্লি। মরাল খুদিংমক্কী প্রতিক্রমণ তৌই। মাংদা লৈরিবদুগী পূক্নীং কায়দন্বা, ঐহাক্কী অসিগুম্না লৈবা ওই।

ঐঙোন্দা 'লৈবা' মদুবু 'লৈতে' অসিগুম্না হায়বা য়াদে অমসুং 'লৈতবা' মদুবু 'লৈ' অসিগুম্না হায়বা য়াদে। মরমদুনা ঐঙোন্দগী মীওই খরদি নুংঙাইতবা ওই। করিগুম্বা 'লৈতবা' মদুদা 'লৈ' হায়রগদি অদোমগী পূক্নীংদা চমমন্বা পোকপা ওইগনি। অমসুং অসিগুম্না ঙাংবদা মথোয়শিংগী (ময়োক্তা লৈবা) পূক্নীংদা ওন্নবা ইফেক্ট ওইগনি মদুদি 'অসিগুম্না করিগী ঙাংলিবা?' মরমদুনা অসিগুম্না করিগুম্বা ঙাংবা ওইরগদি মদু ওইরগদি ঐহাক্না মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই! মরমদি মহাকপু নুংঙাইতবা ওইহল্লোইদবনি। কনাগুম্বনা থাজবা মদুদি মসিগী সনা খোঙনাংদা ভুত লৈ অমসুং ঐহাক্না হায়রগদি ভুতকুম্বা করিগুম্বা পোৎ লৈতে মসি উদদি মদু ওইরগদি মসিনা মহাকপু নুংঙাইতবদি ফাওগনি। মরমদুনা মতুংদা ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। মদুদি মতম চুপ্পদা তৌবা মথৌ তাইদনা!

**ৱাহং-হংলিবা :** অতোপ্পশিংগী জ্ঞানদা লান্বা মাল্লগদি মদুগীদমক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মসিদা লৈরিবা অচুম্বা পুম্নমক, মখোয় পুম্নমক ব্যাবহার অচুম্বনি। মদু পুম্নমক অরান্বনি। ব্যাবহারগী মওংদগী অচুম্বনি। মোক্ষতা

চৎকদৌবা ওইরগদি পুন্নমক অরান্বনি। পুন্নমক্কী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাগনি। 'ঐ আচার্য়নি' মদুগীসু প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। 'ঐহাক্না ইশামকপু আচার্য়নি হায়না লৌরি' মদুগীসু প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। মরমদি 'ঐ শুদ্ধাত্মানি', মদু ওইরগদি মসি পুন্নমক অরান্বনি। মসি নহাক্না খঙবদা লাকপ্রা নত্রগা লাক্তব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** খঙবদা লাক্লি।

**দাদাশ্রী :** পুন্নমক অরান্বা। মীয়াম্নদি খঙদবগী মরম্না হায়রি মদুদি 'ঐনা অচুম্বা ঙাংলি'। অরে, অচুম্বা হায়রগদি কনাগুম্বনা থম্মোয়দা পান্বা ওইরোইদনা!

অসিগুম্বনি, ঐহাক্না ঙাংবা মতমদা, মদুগী মতমদুদা ঐহাক্কী প্রতিক্রমণসু য়াম্না কন্না চৎথদুনা লৈ। ঙাংবা মতমদা লোয়ন্না।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ৱাফম অচুম্বদু, মদুবু ফোংদোকপনি, মদুগীদমক করিগী প্রতিক্রমণ তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরগসু প্রতিক্রমণদি তৌবা মথৌ তাইদনা। নংনা কনাগুম্বগী মরাল করিগী য়েংলিবা? নির্দোষনি মদু ওইজরবসু দোষ করিগী য়েংলিবা? *নির্দোষনি* মদু ওইরগসু মহাক্কী *নিন্দা* (মীগী মরমদা ফত্তবা ঙাংবা) তৌইদনা? করিগুম্বা ৱাফমদগী কনাগুম্বগী *নিন্দা* তৌইরগদি, অসিগুম্বা অচুম্বা ৱাফমসু ঙাংলোইদবনি। অসিগুম্বা অচুম্বা ৱাফম ঙাংবসু মরালনি। অচুম্বা ৱাফম *হিংসক* (হাৎন-শুন্বা) ওইবা ওইরোইদবনি। মসিবু হিংসক ওইবা ৱাফম্নি হায়গনি।

আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান, মদু মোক্ষলম্বীনি। ঐখোয়গী মহাত্মা করি তৌবগে? নুমিৎ চুপ্পা আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান তৌদুনা লৈ। হৌজিক মখোয়দা হায়রগদি মদুদি 'অদোম মশোমদা চৎলু। ব্রত, নিয়ম তৌ।' মদুদা হায়গনি, 'ঐখোয়না ব্রত, নিয়মবু করি তৌগনি? ঐখোয়গী মনুংদা ঈংলি(শন্তি ওই), ঐখোয়দা চীন্তা লৈতে। উপাধি লৈতে। লেপ্পা-নায়দনা স্মাধিদা লৈবা ঙম্মী। মদু ওইরগদি করিগীদমক?' মদুদি খৎনা-চৈন্বা কৌগনি। *উপদান তপ* অমসুং মদুনচিংবা *তপ* (তপশ্যা)। মখোয় পুন্নমক্তি চমম্নবদা তাদুনা লৈবা মীওইশিংনা তৌই। কনাগুম্বনা দরকার ওইবা, পামজবা ওইবা। মরমদুনা ঐহাক্না হায়রি মদুদি মসি *তপ*তি পামজবা ওইবশিংগী থবক্নি। সংসারগী অপাম্বা ওইরগদি, মখোয়না *তপ* তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা থাজবনি মদুদি তপ তৌবদগী

কর্মশিংগী *নির্জরা* (মাংহন্বা) ওই।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বা কৈদৌনুংদা থোকপা ওইদে। করম্বা *তপ*তগী নির্জরা তৌবা ওইবগে? *আন্তরিক* (মনুংগী ওইবা) *তপ* দারকার ওই। *অদীঠ* তপ। ঐখোয়না হায়দনা মদুদি মসি ঐখোয়গী মহাত্মা পুম্নমক *অদীঠ* তৌই। মীৎতগী উদবা তপ। অমসুং মীৎতগী উবা তপ অমসুং থঙবা ঙম্বা মদুগুম্বা তপ, মদু পুম্বগী মহৈ পুন্যনি। অমসুং অদীঠ তপ হায়বদি মনুংগী তপ, *আন্তরিক* তপ, মপান্দা উবা ওইদবা, মদু পুম্নমক্কী মহৈ মোক্ষনি।

সাধ্বীজিশিংনা করিবু তৌগনি? সাধ্বীজিশিংনা থঙই মদুদি ঐখোয়না *কষায়* (অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা) থোকই, নুমিৎ চুপ্পা কষায় তৌদুনা লৈ, মদু ওইরগদি মখোয়না করি তৌগনি? নুংদাং-ৱাইরমদা ফমদুনা মপুংফানা *গুণস্থানক* অমা(৪৮মিনিত) মসি কষায় ভাৱ ওইরে, মহাক্কী মথক্তা মসি কষায় ভাৱ ওইরে, মসিগী মথক্তা মসি কষায় ভাৱ ওইরে, ফমদুনা মখোয়গীদমক মতৌ অসুম্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি অমসুং *প্রত্যাখ্যান* তৌগদবনি মদুদি 'অসিগুম্না তৌজররোই, অসিগুম্না তৌররোই', মদু ওইরগদি মখোয় মোক্ষ লম্বীদা চৎলি।

অসিগুম্নদি করিসু তৌদে মখোয় তোল্লবশিং, মতুংদা করি ওইগনি? মসিগুম্না মোক্ষ লম্বীবু থঙলগদি মদুদা চৎপা ঙমগনিদনা, থঙবগী দরকার ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মঙোন্দগী প্রত্যক্ষ ঙাকপীয়ু হায়দ্রিবফাও, মতমদুফাও মঙোন্দা নুংদা চীক্তুনদি লৈগনিদনা! হায়বদি প্রত্যক্ষ ঙাকপীয়ু হায়বদি মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** প্রত্যক্ষ ঙাকপীয়ু হায়বগী মথৌ তাদে। ভগৱান্না থিংবা ওইরি। করিগুম্বা অফবা মীওই ওইরগদি, মঙোনদগী ক্ষমা নীয়ু, প্রত্যক্ষ ক্ষমা নীয়ু অমসুং করিগুম্বা মহাক্না অশোন্বা মীওই ওইরগদি ক্ষমা নীবা মতমদা নোক্লদুনা ইকায়বা পীগনি। অমসুং শোন্বা মীওইদু হেন্না শোন্বা ওইবা ওইগনি। মরমদুনা প্রত্যক্ষ তৌগনু অমসুং প্রত্যক্ষ তৌগে হায়রগদি করিগুম্বা য়াম্না ফবা মীওই ওইরগদি, মতমদুদা তৌ। শোন্বদি মদুগী মথক্তা ফুগনি। অমসুং জগত পুম্নমক অশোন্বনি। মহৎ ওইনা করেম্নদুনা ঙাংগনি, 'হোয়নে, ঐনা হায়বা ওইরম্মীদনা, নংনা থঙবা ওইখিদে, য়াবসু ওইখিদে, হৌজিক্তি লাক্লেদনা মফমদা।' অরে ইবুংঙো, মহাক মফমদা লৈরি, মহাক শোয়বা ওইদে। নংনা শোয়বা ওইরি, মহাক্তি চুমথোকপা ওইরি, চুমথোক্লি।

মোক্ষলম্বীদা তৌগদবা নত্রগা অসিগুম্বা করিসু লৈবা ওইদে। থালি সংসার লম্বীদা তৌগদবা ওইবা ওই। সংসারলম্বী হায়বদি কনাগুম্বনা সংসারগী নুংঙাইবা পাল্লগদি, অতোপ্পা করিগুম্বা পাল্লগদি, মদুগীদমক *ক্রিয়াকান্ড* (ধর্মগী ওইবা থবকশিং পাংথোকপা)নি। মোক্ষলম্বীদা অসিগুম্বা করিসু লৈতে। মোক্ষ লম্বী হায়বদি করিনো? আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান। থৌদুনা লৈয়ু ইশাগী গাড়ী। ঐখোয়গী মসি মোক্ষ লম্বীনি। মদুদা *ক্রিয়াকান্ড* অমসুং অসিগুম্বা করিসু লৈবা ওইদেদনা!

আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান, মসিনি মোক্ষ লম্বী। মপোক কয়াদগী ঐহাক্কী মসি লাইন(লম্বী)নি, মপোক কয়াদগী আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান তৌ–তৌদুনা মসি ফাওবা য়ৌরি।

*কষায়* (অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা) তৌদবা অমসুং প্রতিক্রমণ তৌবা, মসি ধর্ম অনী থক্লি। কষায় তৌদবা, মদু ধর্মনি। অমসুং মমাংগী মপোক্কী মতুং ইন্না থোক্লগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ, মসি ধর্মনি। মসি নত্তনা অতোপ্পা করিগুম্বা ধর্মগুম্বা পোৎ ওইবা লৈতে। অমসুং মসি আইটম অনী মীয়াম পুম্নমক্না লৌথোকখ্রবা ওইরি!

করিগুম্বা অদোম্না কনাগুম্বদা ওন্না-তৈন্না ঙাংলগদি অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌবা দরকার ওই, তৌইগুম্বসুং মহাক্লসু অদোমগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। মহাক্না করম্বা প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাবগে মদুদি 'ঐহাক্না করম্বা কান্দা অরান্বা তৌথিবগে মদুদি মহাক্না ঐবু তাথিনা চৈবগী মতম লাক্লি?' হায়বদি মহাক্না মশাগী মরালগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। মহাক্না মহাক্কী মমাংগী মপোক্কী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই অমসুং অদোম্না অদোমগী মসি মপোক্কী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই! অসিগুম্না নুংতিগী প্রতিক্রমণ ৫০০–৫০০ তৌরগদি মোক্ষতা চৎপা ঙমগনি!

করিগুম্বা মসিখক তৌরগদি, মদু ওইরগদি অতোপ্পা করিগুম্বা ধর্ম থীদ্রগসু কায়বা ওইদে। মসিখক য়াথং ইল্লবদি মদু ওইরগদি বস, অমসুং ঐহাক্না নহাকপু গেরেন্টি পীগে, নহাক্কী কোকথক্তা খুৎথম্বীগে। মোক্ষকীদমক, খম-খেংবফাও ঐহাক্না নংবু মতেং-পাংগনি! নহাক্কী হোৎন্বা দরকার ওই। ৱাহৈ অমখক্কী য়াথং ইল্লগদি য়াম্না ঙমলে হায়গনি!

## 5. অক্রম বিজ্ঞানগী মওং-মতৌ

অক্রমনা ঐখোয়বু করি হায়বগে? করিগুম্বা কনাগুম্বদা হংলবদি, 'নংনা মতম কয়া অমদগী হুরান্বা তৌব্রা?' মদুদা মহাক্না হায়গনি, 'হোয়'। নুংশিনা

হংলগদি পুন্নমক্কা হায়গনি। ‘চহী কয়াদগী তৌরিবনো?’ মদুদা মহাক্কা হায়গনি, ‘চহী ১–২দগী তৌরি।’ মতুংদা ঐহাক্কা হায়রগদি, ‘হুরান্বা তৌবা, মদুদা কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণ তৌ মসিখক।’ মহাক্কী মকোক্তা খুৎনা নান্থৈ।

প্রতিক্রমণ তৌবদুনা, মঙোন্দগী হুরান্বা তৌগদবা পুন্নমক মাংলে। ওপীনিয়ন শেমদোক্লে। মহাক্কা মসি তৌরিবসিদা, মদুদা মশাগী ওপীনিয়ন এক্সেপ্ট তৌবা ওইদে। নোট হিজ ওপীনিয়ন!

দাদাগী মীং লৌদুনা মতুংদা পছতাবা তৌ, ‘হৌজিক অমুক–হন্না তৌররোই, হুরান্বগী, মদু অরান্বা তৌবা ওইরি অমসুং হৌজিক অমুক হন্না অসিগুম্না তৌররোই’, অসিগুম্না মহাকপু তাকপীবা ওই!

অসিগুম্না মহাকপু তাকপীরবগী তুংদা, মতুংদা মহাক্কী মমা–মপা করি হায়বগে, ‘অমুক হন্না হুরানলব্রা?’ অমুক হন্না হুরান্বা মতমদসু অসিগুম্না হায়য়ু। অসিগুম্না ঙাংবদগী করি তৌবা ওইবগে, মসি ঐহাক্কা খঙই। অমসুং করিসু উপায় লৈতে।

হায়বদি মসি অক্রম বিজ্ঞান অসিগুম্না তাকপীবা ওই মদুদি মসি শোয়খ্রবা ওইরিবসি, মদু হোংদোক্কদবা ওইদে, তৌইগুম্বসুং মসি মওংদগী মদুবু শেমদোকউ।

ধর্ম পুন্নমক্কা হায় মদুদি, ‘অদোম *তপ*কী তৌবা ওই, ত্যাগকী তৌবা ওই। অদোম্না ত্যাগ তৌরি। অদোম্না ত্যাগ তৌদব্রা।’ ‘তৌদে’ হায়বা মদুসু ‘তৌই’ হায়বগা, চপ–মান্নে। মতৌ অসুম্না তৌবা ওইববু য়ানিংলি। অমসুং হায়গনি, ‘ঐঙোন্দগী ত্যাগ তৌবা ঙমদে’ মসিসু তৌবা ওইবনি। অহোয়! অমসুং তৌবা ওইববু এক্সসেপ্ট তৌই, মদু পুম্বা *দেহাধ্যাসী* (হকচাংগী ধর্মবু আত্মা ওইনা থন্বগী চমমন্বা)লম্বীনি। ঐহাক্কা তৌবা ওইববু এক্সসেপ্ট তৌদে। ঐহাক্কী লাইরিকশিংদা করিগুম্বা মফমদা ‘অসিগুম্না তৌ’ অসিগুম্না ইবা ওইদে।

হায়বদি তৌগদবা লৈহৌরে অমসুং ‘তৌরোইদবা’ তৌহল্লি। অমসুং মতুংদা ‘তৌরোইদবা’ তৌবা ঙমদে। পাংথোকপসু ঙম্লোই অমসুং মরম লৈতনা মদুদা ৱেস্ট ওফ টাইম এন্ড এনর্জী (মতম অমসুং শক্তিবু মাংহনদুনা) করিবু তৌগনি? তোঙান্বা পোৎ তৌগদবনি। তৌগদবা অদু, মদুদি অদোম্না শক্তি নীগদবনি। অমসুং অহান্বদা শক্তি নীখিবদু, মদু হৌজিক চৎথরি।

**ৱাহং–হংলিবা :** মমাংগীদু থক ইফেক্টতা লাক্লি।

**দাদাশ্রী :** হোয়। ইফেক্টতা লাক্লি। হায়বদি কোজেজ মওংদা অদোম্না

শক্তি নীগদবনি। ঐহাক্না কলম ৯ শিংদা শক্তী নীনবা হায়রি, অসিগুম্বা ১০০– ২০০ কলম (কোলোম শেম্বা; চার–শেল্লগদি) শিং ইরগদি শাস্ত্রা পুন্নমক লাক্লগনি মদুদা। মসিখক তৌগদবনি। মালেমসিদা কয়াম্না তৌগনি? মসিখক। *কর্তাভাৱ* (তৌবা–ওইবা) ভাৱদগী করিগুম্বা থরা তৌগদবা ওইরগদি মদুদি শক্তি নীবা থক্নি।

**ৱাহং–হংলিবা :** মদু শক্তি নীবগী ৱাফমদুরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়। মরমদি পুন্নমক মোক্ষতা থক্তা চৎপ্রনে?! তৌইগুম্বসুং তৌবা–ওইবা ভাৱদগী তৌগে হায়রগদি, মসিখক তৌ, শক্তি নীয়ু। তৌবা ভাৱদগী শক্তি নীয়ু, অসিগুম্না হায়বা ওইরি।

**ৱাহং–হংলিবা :** হায়বদি কনাগুম্বনা জ্ঞান লৌদ্রিবা ওইবা, মহাক্কীদমক মসি ৱাফমরা?

**দাদাশ্রী :** হোয়। জ্ঞান লৌদ্রিবা অদুগী। জগতকী মীয়ামগীনি। নত্রগদি হৌজিক মীয়াম্না চৎলিবা লম্বীদুদি, মদুদি ১০০% ওন্নবা লম্বীনি। মদুদগী কনাগুম্বা মীওইনা মশাগী কান্নবা থজিক্তংফাও ফংবা ঙম্লোই।

‘তৌগনি তৌইগুম্বসুং তৌবা ঙমদে’, অথোয়বা উদয়কর্ম লাক্লগদি করি তৌগনি? ভগৱান্নদি অসিগুম্না হায়খি মদুদি, ‘শক্তমদা লৈদুনা উদায়বু খঙউ। তৌন্নবা হায়বা নত্তে। ‘মসিবু খঙউ’ মসিখক হায়বনি। মদুগী মহুত্তা ‘মসি তৌই তৌইগুম্বসুং তৌবা ঙমদ্রি। তৌই তৌইগুম্বসুং পাংথোকপা ঙমদে। য়াম্না অপাম্বা লৈ তৌইগুম্বসুং তৌবা ঙমদে’ হায়রি। অরে, তৌইগুম্বসুং মরম লৈতনা মদুবু শক্তুনা করিগী লৈরিবনো। ‘ঐঙোন্দগী তৌবা ঙমদ্রে, তৌবা ঙমদ্রে।’ অসিগুম্না চিন্তন তৌবদগী আত্মা করম্না ওইগনি? নুং ওইগনি। অমসুং মসিদি ক্রিয়া থক্তা তৌবা ওইরি অমসুং লোয়ন্না ‘তৌবা ঙমদ্রে, তৌবা ঙমদ্রে, তৌবা ঙমদ্রে’ ঙাংলি।

ঐহাক্না থিংলি মদুদি অসিগুম্না তৌরোইদবনি। ‘তৌবা ঙমদে’ অসিগুম্বদি হায়রোইদবনি। নংদি মশিং–থিঙমদ্রবা শক্তি লৈবনি, ঐহাক্না জ্ঞান তাহল্লবগী মতুংদা থক ‘ঐ মশিং–থিঙমদ্রবা শক্তি লৈবনি’, হায়বা ওই। নত্রগদি হৌজিক ফাও ‘তৌবা ঙমদ্রে’ অসিগুম্না হায়রম্মী! মশিং–থীঙমদ্রবা শক্তি মাংখ্রবরা!

মরমদি মীওইবনা করিগুম্বা তৌবা ঙমবা মদুগুম্বা নত্তে। মীওইবগী স্বভাব করিসু তৌবা ঙমদে। তৌবা ওইরিবদি মপানগী সত্তানি। মসি জীবদি খঙবা ওইবা থক্তনি। মরমদুনা অদোম্না খঙদুনা লৈগদবনি অমসুং অদোম

মসি খঙদুনা লৈরগদি অরান্নবদা থাজবা ফল্লমবদু, মদু লৈবা ওইরোই। অমসুং অদোমগী ওপীনিয়নদা অহোংবা ওইগনি। করি অহোংবা ওইগনি? অরান্নবা ঙাংবা অফবনি, মসি ওপীনিয়ন লৈররোই। মসি ওপীনিয়ন লৈত্রে, মদুগুম্না ওইরবা পুরুষার্থ অমত্তা লৈত্রে, মসি মালেমদা। মসি ৱাফম অসি সুক্ষ্মনি, তৌইগুম্বসুং লুথনা থন্বা মথৌ তারি।

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং ৱাফম লোজিকলনি পুন্নমক।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা খোং-হাম্বা চৎপসু মপানগী সত্তাগী খুত্তা লৈরি মদু ওইরগদি তৌবা অদোমগী খুত্তা করম্না ওইথোকপা য়াবগে? অসিগুম্বা কনাগুম্বা মীওইবা লৈতে মদুদি মহাক্কী মখুত্তা করিগুম্বা তৌবগী সত্তা (পাৱর) লৈবা। অদোম্না খঙগদবা অমসুং *নিশ্চয়* (খোংফম হোংদনা লেপ্পা) তৌগদবা, মসিখক অদোম্না তৌগদবা। করিগুম্বা মসিগী ৱাফমসি খঙলগদি থবক লোইশিন্বা ওইরগনি। খঙবদা লাকপা ঙমবা, মদুগুম্না য়াম্না অরাইবা ওইদে। অদোমগী খঙবদা লাক্লব্রা? করিগুম্বা অমা তৌবগী মহুত্তা খঙবা ফৈ। তৌবা খুদক্তা ওইবা য়াব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়রিবদু, মদু জ্ঞান তারে। ৱাফম অচুম্বনি তৌইগুম্বসুং মসি খঙলবগী মতুংদসু তৌন্নবগীদি লৈদুনা লৈদনা? তৌনবগী সত্তা লৈতবগুম্না, মদুগুম্না খঙনবগীসু সত্তাদি লৈতেদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে। খঙন্নবগী সত্তা লৈ। তৌন্নবগী সত্তা লৈতে। মসি য়াম্না সুক্ষ্ম(কুপ্পা) ৱাফম্নি। করিগুম্বা মসি ৱাফমথক খঙবা ওইরগদি য়াম্না খঙবা ওইরে।

কনাগুম্বা নুপামচানা হুরান্বা ওইখ্রে। মহাক্না হুরাল্লি। মতাং চাবগা মীয়ামগী পৈশা হুরান্বা ওই। য়ুমদা গেস্ট লাকপা ওইরগদি মখোয়বুসু থাদোক্তে।

হৌজিক মদুগী নুপামচাদুবু করি তম্বিগে ঐহাক্না? মদুদি নংনা দাদা ভগৱানদা হুরান্দন্বা শক্তি নীয়ু, মসিগী মপোকসিদা।

হৌজিক, মসিদগী করি কান্নবা ফংবগে মহাক্না? কনাগুম্বনা হায়, মসিদা করিবু তম্বিবগে? মহাক্তি শক্তি নীদুনা লৈ তৌইগুম্বসুং অমুক হন্না হুরান্বদি ওই। 'অরে, ফনমক হুরানজরগসু। তৌইগুম্বসুং মহাক্না শক্তি নীদুনা লৈদনা নত্রগা লৈত্রব্রা?' হোয়, শক্তিদি নীদুনা লৈ। মদু ওইরগদি ঐহাক্না খঙই মদুদি মসি হিদাক অসিনা করি থবক তৌরি। অদোম্না করি খঙবগে মদুদি হিদাক্না করি থবক তৌরিবগে!

**ৱাহং-হংলিবা :** অচুম্বা ৱাফম্নি। মসি থঙবা ওইদে মদুদি হিদাক করি থবক তৌরি। অমসুং নীবদগী কান্নব্রা নত্রগা কান্নদব্রা, মসিসু থঙবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মসিগী নুংগী ওইবা অর্থ করিনো হায়বদা মদুদি অহান্বদা মদুগী নুপামচাদুনা নীরি মদুদি 'ঐবু হুরান্দনবগী শক্তি পীবিয়ু।' হায়বদি অহান্বদা মহাক্না ওপীনিয়ন হোংদোক্লে। 'হুরান্বসি অরানবনি অমসুং হুরান্দবসি ফবনি।' অসিগুম্না শক্তিশিং নীরি। হায়বদি হুরান্বা তৌরোইদবনি অসিগুম্বা ওপীনিয়নদা লাক্লে। খ্বাইদগী অচাউবা মসিনি মদুদি ওপীনিয়ন হোংদোক্লে!

অমসুং ওপীনিয়ন হোংদোকপদগী, মতমদুদগী মহাক্না মরাল লৈবা ওইবদগী নাম্হোকলে।

অমসুং অনীসুবদা করি তৌবগে? ভগৱানদগী শক্তি নীরি, হায়বদি মহাক্কী *পরম বিনয়* প্রগত ওইরে। 'হে ভগৱান! শক্তি পীবিয়ু'। হায়বগা মহাক্না খুদক্তা শক্তি পীগনি। অতোপ্পা উপায়দি লৈতেদনা! পুন্নমকপু পীরি। নীবা ওইবা দরকার ওই। মরমদুনা হায়রি মদুদি নীদুনা লৈয়ু। অদোমদি করিসু নীবা ওইদে। করিগুম্বা নুমিত্তা করিসু নীবা ওইদে।

শক্তি নীয়ু, মসি ৱাফমসি অদোম্না থঙলব্রা?

দাদাজিদা লাল্লে হায়জৌ, লোয়না-লোয়ন্না লাল্লে হায়রিবা মদুগী পোত্তুগী, মদুগীদমক ঐহাকপু শক্তি পীবিয়ু, দাদা শক্তি পীবিয়ু। নীদুনা শক্তি লৌ, অদোম্না ইশাগী শক্তি খর্চ তৌগনু। নত্রগদি অদোমগী মফমদা লোইবা ওইগনি। অমসুং নীদুনা খর্চ তৌরগদি লোইবা ওইরোই অমসুং হেঙ্গৎকনি। অদোমগী দুকানদা পোৎ কয়াম্না লৈবা ওইরমগনি?

ৱাফম খুদিংদা, 'দাদা, ঐহাকপু শক্তি পীবিয়ু'। ৱাফম খুদিংমক্তা শক্তি নীদুনা লৌবা তৌ। প্রতিক্রমণ তৌবা কাওবা ওইরগদি, 'ঐবু ফজনা প্রতিক্রমণ তৌন্বা শক্তি পীবিয়ু।' শক্তি পুন্নমক নীদুনা লৌউ। ঐহাক্কী নাক্তদি অদোম্না নীবা ঙম্লোইদবা অদুক্কী মতীক শক্তি লৈ।

## 6. লৈহৌই লৈ, চৎথি তিংখং...

প্রক্রুতি ক্রমণদগী শেম্বা ওইরি, তৌইগুম্বসুং অতিক্রমণদগী শন্দোকপা ওইরি, মশা-মরেং পুন্নমক! অমসুং প্রতিক্রমণদগী শন্দোক্লিবা পুন্নমক হন্থবা ওইবা ওইরি, মতুংদা মহাক্না ভাপ তাবা ওই।

হায়বদি ঐহাক্না করি হায়বা পাম্বগে মদুদি করিগুম্বা অদোম করিগুম্বা মফমদা দর্শন তৌন্নবা চৎপা ওইরগদি, অমসুং মদুদা অসিগুম্না মাল্লগদি ঐনা থনখি ওইরমগনি জ্ঞানী অমসুং মসিদি ওইরি তৌশিন্নবা! হৌজিক অদোম মফমদুদা চৎপা মদুদি প্রারবধকী লীলানি, অমসুং মফমদুদা মহাক্কীদমক পূক্কীংদা ফত্তবা ভাৱ তৌথিবা মদুদি ‘অরে, অসিগুম্বা মতীক চাদবা মসিদা করিগী লাক্লিবা?’ মদুগী নেগেটিব পুরুষার্থ অদোমগী মনুংদা ওইরি, মদুগী মহৈ অদোম্না ফুগৎকদবনি। মহাকপু মতীক চাদবনি হায়বগী মহৈ অদোম্না ফুগৎপা মথৌ তাই, পাপ ফুগৎপা মথৌ তাই। অমসুং ৱাখল লাকপা স্বভাবিকনি, তৌইগুম্বসুং খুদক্তা মনুংদা করি তৌবা দরকার ওইবগে মতুংদা? মদুদি ‘অরেরে, ঐহাক্না করিগীদমক অসিগুম্না পাপ তৌগদৌরিবা?’ অসিগুম্না খুদক্তা, অফবা ৱাখল তৌদুনা, অদোম্না শেংদোক্কদবনি।

হোয়, মহাবীর ভগৱানবু নীংশিংদুনা নভ্রগা কনাগুম্ববু নীংশিংদুনা, দাদা ভগৱানবু নীংদুনা, প্রতিক্রমণ তৌগদবনি মদুদি, ‘অরে! মহাক্না করিগুম্বা অমবু ওইজরবসু, ঐহাক্কী খুত্তগী করিগী শোয়বা ওইরি?’ অফববু অফবা হায়বদা দোষ লৈতে, তৌইগুম্বসুং অফববু ফত্তবা হায়বদা দোষ লৈ, অমসুং ফত্তববু ফত্তবা হায়বদসু য়াম্না চাউবা দোষনি। য়াম্না চাউবা দোষ! মরমদি মহাক মশামক ফত্তবা নত্তে, মহাক্কী প্রারবধনা মহাকপু ফত্তবা শেম্মী। প্রারবধ হায়বদি করিনো? মহাক্কী সঙয়োগশিংনা মহাকপু ফত্তবা শেম্মী, মদুদা মহাক্কী করি মরাল?

মসিদগী নুপীশিং পুন্নমক চৎপা ওইবা, কনাগুম্বনা অদোমদা হায়রগদি, ‘য়েংউ মদুগী বৈশ্য়া (বেশ্যা), মসিদা লাক্লি, কদাইদগী চঙলক্লিবনো?’ মহাক্না অসিগুম্না হায়গনি, মসিগী মরম্না অদোম্নসু মহাকপু বেশ্য়া হায়রি, মদুগী অদোমবু য়াম্না শাথীবা মরাল লৈবা ওইগনি। মহাক্না হায়রি মদুদি ‘সঙয়োগ মরম ওইদুনা’ ঐহাক্কী মসি ফীবম ওইরি, মদুদা অদোম করিগী মসি মরাল কোকথক্তা লৌরিবনো? অদোম করিগী পাপ তৌরিবা?’ ঐহাক্তি ইশাগী মহৈ ফুগৎপা ওইরি, তৌইগুম্বসুং মতুংদা অদোম পাপ তৌরি? মহাক মশামক্না মশা-মতোম্তা বেশ্য়া ওইব্রা? সঙয়োগশিংনা শেম্বা ওইরি। কনাগুম্বা জীববু ফত্তবা ওইন্বগী অপাম্বা কৈদৌনুংদা লৈবা ওইদে। পুন্নমক সঙয়োগনা তৌহল্লি, অমসুং মতুংদা মদুগী প্রেক্টিস ওইবা ওই। অহৌবদদি মহাকপু সঙয়োগনা তৌহল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** জ্ঞান লৈত্রিবনা, মখোয়না করিগুম্বা দোষ মথল থরা

থক উবা ঙমৱ্রা?

**দাদাশ্রী :** য়ারে মদুখক। দোষকী ঙাকপীয়ু হায়জবা তম্মু, তেন্তক্সা অসিগুম্না হায়য়ু। অদোম্না উবা দোষ মদুখৈ, মদুগী দোষশিংদুগী ঙাকপীয়ু হায়জবা অমসুং মদুগী দোষ চুম্মে, অসিগুম্না কৈদৌনুংদা ঙাংগনু নত্রগদি ডবল ওইগনি। অরান্বা তৌবা মতমদা ঙাকপীয়ু হায়জগদবা।

**ৱাহং-হংলিবা :** জ্ঞান লৌদ্রিবশিংনা, করিগুম্বা মখোয়না মশাগী মরান উরগদি মখোয়না করম তৌনা প্রতিক্রমণ তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** জ্ঞান লৌদ্রিবা ওইরগসু, মদু ওইজরবসু অসিগুম্বা জাগ্রুত মীওইশিং থরাদি লৈদনা মদুদি প্রতিক্রমণবু থঙবা, মখোয়না মসি তৌগনি। অতোপ্পশিংগী থবক নত্তে মসি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়না প্রতিক্রমণ ৱাহৈগী অর্থ মহাকপু পশ্চতাপ তৌন্নবগী হায়বা ওইগদবনি।

প্রতিক্রমণ তৌবদগী করি ওইবগে মদুদি আত্মানা মহাক্কী 'রিলেটিব'কী মথক্তা মশাগী প্রেশর পীবা ওই। মরমদি, অতিক্রমণ হায়বদি করি ওইবগে মদুদি রিয়লগী মথক্তা প্রেশর পীবা ওই। অতিক্রমণ ওইবা কর্ম লৈদনা, অমসুং হৌজিক মদুদা ইন্টরেস্ট লাক্লগদি মতুংদা মদুগী মমি তাহৌদুনা লৈ। মরমদুনা মতমদুফাও অদোম্না অরান্ববু অরান্বনি খঙদ্রিঙৈফাও, মতমদুফাও মরালনি। মরমদুনা প্রতিক্রমণ তৌহন্বগী মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐঙোন্দগী অতিক্রমন তৌখ্রবা অমসুং ঐহাক্লা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌরগদি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মমাংদা লৈরিবদুনা ঙাকপীদ্রবদি?

**দাদাশ্রী :** 'মাংদা লৈরিবদুগী য়েংগদবা নত্তে। অদোমবু কনাগুম্বনা ঙাকপীরবসু নত্রগা ঙাকপীদ্রবসু, মদু য়েংবগী মথৌ তাদে। অদোমদগী মসি অতিক্রমণ স্বভাব অসি লৈহল্লোইদবনি। অদোম অতিক্রমণগী য়েকন্বনি, অসিগুম্বা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমসুং মাংদা লৈরিবদুনা অৱাবা ওইদুনা লৈরগদি?

**দাদাশ্রী :** মাংদা লৈরিবদুগী অসিগুম্বা করিসু য়েংগবা নত্তে। অদোম অতিক্রমণগী য়েকন্বনি, অসিগুম্না ফীরেপ লেপকদবনি। অতিক্রমণ তৌন্বগী অদোমগী অপাম্বা লৈতেদনা। হৌজিক থোকখ্রবা মদুগীদমক পছতাবা ফাওবা ওই। অমসুং হৌজিক অদোম্না অমুক হন্না তৌন্নবগী অপাম্বা লৈতে।

প্রতিক্রমণদি অদোম্না মদুগী ওপীনিয়নদুবু লৌথোক্লবগী তৌগদবনি। অদোম মদুগী ওপীনিয়ন্দা লৈতে, মতৌ অসুম্না লৌথোক্লবগীদমক তৌগদবনি।

ঐখোয়না মসি মোৎকী ময়োক্তা লৈ অসিগুম্না উৎন্বগীদমক প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। করিবু জ্ঞান তারবগে অদোম্না?

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মদু *নিকালি* (লোইশিনগদবা) ওইরগদি মতুংদা প্রতিক্রমণ করিগী?

**দাদাশ্রী :** পুন্নমক *নিকালী* (লোইশিনগদবা) ঙাক্তনি, খালি মদুখক্ত নত্তে, পুন্নমক *নিকালি* নি। প্রতিক্রমণদি অতিক্রমণ থোক্লিবা পুন্নমক মদুগা চপ-মান্নবা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি, অমসুং করিসু নত্তে। করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি ইশাগী স্বভাব হোংদোক্লোয়, মদুগুম্না অদুম লৈগনি! অদোম্না ভাপ তারব্রা নত্রগা তাদব্রা?

নত্রগদি করিগুম্বা য়েকন্বগী মওংদা করিগুম্বা ফোংদোক্রগদি মতুংদা মদুগী মোৎ অদোমগী মনাক্তা লৈগনি। করিগুম্বা শাউরগদি অদোম্না শাউবগী মাইকৈদা লৈতে হায়বা, মদুগীদমক্তা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। নত্রগদি শাউবগী মাইকৈদা লৈ, অসিগুম্না লেপ্পা ওইগনি অমসুং প্রতিক্রমণ তৌরগদি অদোম্না শাউবা পামদে অসিগুম্না ফোংদোকপা ওইগনি। হায়বদি মদুদগী অদোম তোঙান্না তারে। অদোম নাপ্তোক্লে, দাইত্য হন্থবা ওইরে। অদোম মহাক্কী য়েকন্বনি, অসিগুম্না তাকপগীদমক করিগুম্বা খুৎলাইদি লৈগদবনিদনা? ঐখোয়দা শাউবা থমগদ্রা নত্রগা লৌথোক্কদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি লৌথোক্কনি।

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা লৌথোক্কদবা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌ। মদুগী মতুংদা অদোম শাউবগী য়েকন্বনি, নত্রগদি করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি অশাউবদা অয়াবা ওইরি।

প্রতিক্রমণ করম্বু হায়গনি মদুদি য়াংবা ওইবা, য়াংবা ফাওবা ওইবা, অমুক হন্না মদুগুম্বা দোষ তৌবা মতমদা মহাক্না য়াম্না নুংঙাইতবা ফাওবা। মসি নত্তবদা মসিদি দোষশিংগী পুরিন্বা তৌরি!!

অদোম্না করিগুম্বা প্রতিক্রমণ, অশেংবা প্রতিক্রমণ উরব্রা, দোষ অমথক ওইরবসু হন্থবা ওইবা?

**ৱাহং-হংলিবা :** উদে, মসিদা উবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** জ্ঞান ফংলবা মতুংদা অদোম্না মনুংদা থঙবা ওইব্রা মদুদি মসি দোষ থোক্লি, মদুদা থক প্রতিক্রমণ তৌগনি। মতমদুফাও প্রতিক্রমণ তৌবা ঙম্লোইদনা! জ্ঞান ফংলবা মতুংদা মহাক্কী জাগ্রুতি লৈগনি মদুদি,

অতিক্রমণ থোক্লগদি খুদক্তা অদোম্না থঙবা ওইগনি মদুদি মসি লান্বা ওইরি, মতমদুদা খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌউ। হায়বদি মহাক্কী মীংদগী চপ-চাবা নিয়মগী মতুং ইন্না প্রতিক্রমণ পাংথোক্তুনা লৈগনি। অমসুং প্রতিক্রমণ পাংথোকপা ওইরগদি চামথোক্লগনি। করিগুম্বা চামথোকপা ওইরগদি মাংদা লৈরিবদুবু চীকপা (লমন খুম্নবগী ভাৱ) লৈররোই মতুংদা। নত্রগদি মতুংদা করিগুম্বা ঐখোয়না অমুক-হন্না মহাক্কা উনরগদি মাংদা লৈরিবদুগা লোয়ন্না তোথায় তান্নবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়গী পাপ কর্মশিংবু হৌজিক মতৌ করম্না চামথোক্কনি?

**দাদাশ্রী :** পাপ কর্মগীদি দাগ চুরিবমখৈদু মদুখৈ প্রতিক্রমণ তৌগদবনি, মদুগী দাগতুনা করিগুম্বা কোক্তবা ওইরগদি হঞ্জিন-হঞ্জিন শুদুনা লৈয়ু। হঞ্জিন-হঞ্জিন শুদুনা লৈয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী দাগতু কোকখ্রবা নত্রগা কোক্তব্রা, মসিগী মরম করম্না থঙগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মনুংদা পূক্নীং শেংবা ওইরগনিদনা, মদু ওইরগদি থঙগনি। মায়থোংদা মমোন-মকা লমগনি। অদোম্না থঙলোইদ্রা মদুদি দাগ চৎখ্রে? করিগী চৎলোইদৌরিবা? করি কায়বা ওইবগে? অমসুং চামথোকপা শেংবা ওইদ্রগসু কায়বা ওইদে। নংনা প্রতিক্রমণ তৌউ। নংনা সাবুন্না শেংদোক্তুনা লৈয়ু! পাপ অদুবু নংনা থঙব্রা? পাপ অদুবু নংনা থঙলব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদাগী আজ্ঞাগী য়াথং ইন্দবা হায়বদি পাপ।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্না নত্তে। মদুবু পাপ কৌদে। করিগুম্বা মাংদা লৈরিবদুবু নুংঙাইতবা ওইরগদি মদু পাপনি। কনাগুম্বা জীববু, মদু মীওইবা ওইরবসু নত্রগা শা-ঙা ওইরবসু নত্রগা ঊ-পাম্বী ওইরগসু। ঊ-পাম্বীসু, করিগুম্বা মরম লৈতনা অসিগুম্না মনা হেক্তুনা লৈরগদি মহাক্লসু নুংঙাইতবা ওই, হায়বদি অরোইবদা মদু পাপ কৌই।

অমসুং করিগুম্বা আজ্ঞাগী য়াথং ইনদ্রবদি, মদুদগী অদোমবু অমাংবা ওইগনি। অদোম ইশামকপু অমাংবা ওইগনি। পাপকর্মদি মদুবু কৌই মদুদি করিগুম্বা কনাগুম্ববু অৱাবা ওইবা। হায়বদি খজিক্তংফাও, খজিক্তংফাও অৱাবা ওইদবা অসিগুম্না লৈগদবনি।

অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌরগদি য়াম্না ফবা ওইগনি। অদোমগী ফী অমোৎপা কোকলগনিদনা! অদোমগী ফীশিংদা অমোৎপা কৈদৌবগী লৈহনগনি?

দাদাজীনা অসিগুম্বা লম্বী উৎলগদি মদু ওইরগদি করিদৌবগী চামথোক্লোই?!

কনাগুম্ববু অদোমদগী খজিক্তং ফাও নুংঙাইতবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি খঙউ মদুদি অদোমগী মরালনি। অদোমগী মনুংগী পরিণাম লেংগদি, মদু ওইরগদি অশোয়বা অদোমগীনি, অসিগুম্না খঙউ। মাংদা লৈরিবা মীওইনা চৈনা ফুগৎলি, মরমদুনা প্রতিক্ষ মওংদগী মহাক্কী মরালদি ওইরি তৌইগুম্বসুং *নিমিত্ত* অদোম ওইরি। অদোম্না মহাকপু চৈবা মরমদুনা অদোমগী মরালনি। করিগী দাদানা *ভোগৱতা* (অৱাবা-নুংঙাইবগী ইফেক্ট) লাক্রিবনো? মরমদি মহাক্কী অশোয়বা অমত্তফাও লৈত্রে। অদোমগী মরালদগী মাংদা লৈরিবদুবু করিগুম্বা ইফেক্ট ফাওরগদি, করিগুম্বা পূবা খজিক্তংফাও তৌরগদি খুদক্তা পূন্নীংদা লাল্লে হায়জদুনা তুংশিল্লু। অদোমদগী লান্বা ওইরগদি পূবা ওইগনি তৌইগুম্বসুং খুদক্তা কেস-প্রতিক্রমণ তৌউ। অমসুং করিগুম্বা কনাগুম্বগী মরমদগী অদোমদগী শোয়বা ওইরগসু আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান তৌ। পূন্নীং-ৱাহৈ-হকচাংদগী, প্রতিয়ক্ষ দাদা ভগৱানগী সাক্ষীদা লাল্লে হায়জদুনা লৈয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** ক্রমিককী প্রতিক্রমণ তৌরম্মী, মতমদুদা কোক্তা করিসু চংলমদে অমসুং হৌজিক মসি তৌবগা ইয়াং য়াংবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং মদুদি প্রতিক্রমণ নত্তেদনা! মখোয় পুন্নমক্তি ঐখোয়গী জ্ঞানতাদবনা মরম ওইদুনা শেমখিবা প্রতিক্রমণনি! প্রতিক্রমণ হায়বদি খুদক্তা দোষ হন্থবা ওইগদবনি। মদুবু প্রতিক্রমণ কৌই। অদোম্না ওন্না চৎখিরম্মী, মফমদুদগী অমুক-হন্না হল্লকপা, মদুবু প্রতিক্রমণ কৌই। মসিদি অমুক হন্না মমায় লৈথোক্তে অমসুং মফমদুদা অদুমক! মসি নত্তবদা মদুদগী মমাং চংশিনৱা !!! মদু ওইরগদি মদুবু প্রতিক্রমণ করন্না কৌগনি?

করিগুম্বদা য়েৎশিন্নদুনা কীশি তাগদৌবা ওইরগদি, মতমদুদা 'দাদাজী' শুংশোয়-শোয়দনা নীংশিংবা ওই অমসুং কীশি তাবা ওইদে। ঐহাক্তি করি হায়বগে হায়বদা মদুদি কীশি তাহনগনু, অমসুং করিগুম্বা কীশি তাবা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌউ। মসিদি 'কীশি' ৱাহৈ খুদক্তা খঙবা ওই। মসি মীয়াম্না অচুম্বা, দয়া, হুরান্বা তৌগনু, মসিবু তা-তাদুনা চোকথবা ওইরি।

কীশি থমদুনা তুমগদবা নত্তে। কীশি মনুংদা য়েৎন্দুনা তাদুনা লৈরগদি মদুগী কীশিদুবু থোক্তনা তুমগদবা নত্তে। কীশিবু হন্দোক্কদবনি। অরোইবদা করিগুম্বা উপায় থোক্তুগদি ভগৱানদা ঙাকপীয়ু হায়জদুনা লৈয়ু মদুদি মহাক্কা লোয়ন্না কীশি তাখ্রে মদুগীদমক হজ্জিন-হজ্জিন লাল্লে হায়রি, মদুদগীসু উপায়

লাকপা ঙমগনি। লাল্লে হায়জবা মসিনা খ্বাইদগী অচৌবা খুৎলাইনি। মসি নত্তবদা মরালদি লেপতনা থোক্কুনা লৈ।

মাংদা লৈরিবদুবু চৈবা মতমদা মদুগী মতমদা অদোম্না অসিগুম্বা ধ্যানদা করিগী লাক্লিবনো মদুদি অদোমবু চৈবা ওইরগদি করম্না ফাওগনি? মসিখক ধ্যানদা থমদুনা চৈয়ু।

মমাংদা লৈরিবদুগী চেকশিন্বা থমদুনা থবক খুদিংমক তৌউ, মদু মীওইবা ওইবগী অহংকার কৌই অমসুং ইশাগী য়েংদুনা মীপুম খুদিংমক্কা লোয়ন্না শাজৎলোন তৌবা অমসুং মৈচাক পীবা, মদু ওইরগদি মদু করি কৌবগে?

**ৱাহং-হংলিবা :** শারমচৎপা অহংকার।

**দাদাশ্রী :** কনাগুম্বনা অসিগুম্না হায়রগদি, 'নহাক্কী মরালনি' মদু ওইরগদি অদোমসু হায়য়ু, 'চন্দুভাই, অদোমগী শোয়বা ওইরমগনি মতমদুদা মহাক্না হায়রিবনিদনা? নত্রগদি অসিগুম্না কনাগুম্বনা হায়রমগদ্রা?' মরমদি অসিগুম্না কনাগুম্বনা হায়রোই, করিগুম্বা অমা নত্রগা অমদি লান্বা ওইরমগনি। হায়বদি অদোম্না মঙোন্দা হায়বদা করি কায়বগে? 'ইবুংঙো, অদোমগী করিগুম্বা লান্বা ওইরমগনি মরমদুনা হায়রিবনি। মরমদুনা লেল্লে হায়য়ু', অমসুং 'চন্দুভাই' কনাগুম্ববু অৱাবা পীবা ওইরগদি অদোম্না হায়য়ু মদুদি 'প্রতিক্রমণ তৌরো। মরমদি অদোম্না মোক্ষতা চৎকদৌবনি। হৌজিক অমবু ওইরবসু করিগুম্বা অমা তৌবা চৎলগদি মদু ওইরগদি চৎথবা য়ারোই।'

অতোপ্পশিংগী দোষ য়েংন্বগী অধিকার লৈতে। মরমদুনা মদুগী দোষতুগী লাল্লে, ঙাকপীয়ু হায়দুনা, প্রতিক্রমণ তৌ। অতোপ্পগী দোষ য়েংন্নবগীদি হান্নদগী মহাক্না হেবিট ওই, মদুদা অনৌবা করিনো? মদুগী হেবিট খুদক্তা হেক্তা নান্থোক্লোই। মদুদি মসি প্রতিক্রমণদগী নান্থোক্কনি মতুংদা। দোষ উবা মফমদুদা, মদুদা প্রতিক্রমণ তৌ, শুট ওন সাইট!

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌগদৌবা অদুগুম্না, মদুগুম্না হৌজিক ফাও তৌবা ওইদ্রি।

**দাদাশ্রী :** মদুদি করিগুম্বা অমা তৌগে হায়রগদি, মদু ওইরগদি মদুগী নিশ্চয় (পান্দম) লেপ্পা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** নিশ্চয় তৌবা হায়বদি মদুদা তৌন্নবগী অহংকার লাক্লেদনা মতুংদা, মদু করি পোৎনো? মসিবু থঙহন্বীয়ু।

**দাদাশ্রী :** হায়নবগীদমক্কি। হায়ন্বগীদমক থক্তনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাত্মাশিংগী মনুংদা মীওই কয়ানা অসিগুম্না থল্লি মদুদি ঐখোয়না করিসু তৌগদবা নত্তে, নিশ্চয়সু তৌগদবা নত্তে।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, করিগুম্বা ঐঙোন্দা হংলগদি ঐহাক্না মঙোন্দা হায়গনি মদুদি মসি নিশ্চয় হায়বদি করিনো হায়বদা ডীসাইডেড মওংদগী তৌ। ডীসাইডেড হায়বদি করিনো? মসি নত্তে অমসুং মসিনি, মসিথক। মদুগুম্না ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মনুংদা য়েংখায়-থীংগায় থোকপা ওইরগদি, মতমদুদা শুট ওন সাইট মদুগী *নিকাল* (লোইশিন্বা) তৌবা হৈত্রগদি, তৌইগুম্বসুং নুমিদাং-য়াইরম পুং ১০-১২গী মতুংদা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লগদি, মসি পুম্নমক লান্বা থোক্লি মদু ওইরগদি মদুগী *নিকাল* ওইরগদ্রা? থেংনা তৌরগদি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, থেংনা ওইরবসু তৌইগুম্বসুং মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। লান্বা থোক্লবগী মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি, 'হে দাদা ভগৱান! ঐহাক্না লান্বা তৌখ্রে। হৌজিক অমুক হন্না তৌররোই।'

খুদক্তা তৌবা ওইদ্রগদি পুং ২গী মতুংদা তৌ। অরে, নুমিদাংবু তৌ, নুমিদাংবু নীংশিংদুনা তৌ। নুমিদাংবু নীংদুনা তৌবা ঙম্লোইদ্রা মদুদি ঙসি কনাগা লোয়ন্না থেংগায়ন্বা ওইবগে? অসিগুম্না নুমিদাংদা তৌবা ঙম্লোইদ্রা? অরে, হপ্তাগী অরোইবদা তৌ। হাপ্তা অমগী মতুংদা পুম্নমক লোয়ন্না তৌ। হাপ্তা অমদা তৌখিবা অতিক্রমণ থোকপশিংদু, মদু পুম্নমক্কী পুনশিন্দুনা হিসাব তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মদু খুদক্তা তৌগদবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা খুদক্তা তৌবা ওইরগদি মদুগুম্নদি ফবা ৱাফম অমত্তা লৈত্রে। ঐখোয়গী মসিদদি মীয়াম পুম্নমক্না অনম্বা ওইনা 'শুট ওন সাইট' থক্তা তৌই। উবগা কাপ্পা। য়েংবগা কাপ্পা।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা ঐনা দাদাগী মীং লৌবা নত্রগা আর্তী তৌবা, মতমদুদসু পূক্নীং অতোপ্পা করিগুম্বদা ঙাওদুনা লৈ। মতুংদা আর্তীদা শোয়দুনা শকই। মতুংদা পরেংশিং ওন্না শকপা ওই। মতুংদা *তন্ময়াকার* (পূক্নীং লুপ্তুনা অমত্তা) ওইবা ওই। ৱাখল লাকপা অদুগা, মদুদা *তন্ময়াকার* ওইবা ওই। মতুংদা ঙাহাক্কী মতুংদা অমুক-হন্না মদুদা লাকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, মদুগী নুমিত্তুদা প্রতিক্রমণ তৌ। ৱাখল লাক্লগদি মদুদা কায়বা ওইদে। করিগুম্বা ৱাখল লাকপগা, মতমদুদা অদোম 'চন্দুভাই'বু তোঙাল্লা উবা ঙম্মি, মদুদি চন্দুভাইদা ৱাখল লাক্লি। করিগুম্বা অসিগুম্না পুন্নমক উবা ঙমলগদি ঐখোয় অমসুং মহাক, অনীমক তোঙাল্লি। তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদুদা খরা মুনবা ৱাৎপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী মতমদুদা জাগ্রুতি লৈবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি মসি জাগ্রুতি লৈতে, মদুগীদমক প্রতিক্রমণ তৌরি। হে দাদা ভগৱান! ঙাকপীয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবা য়াম্না থেংনা নীংশিংবা ওই মদুদি, মসি মীওইসিগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**দাদাশ্রী :** তৌইগুম্বসুং নীংশিংবদি ওইদনা? *সতসঙ্গ* (আধ্যাত্মগী ৱাহং পাওথুম)দা হেন্না ফম্বগী দরকার ওই। কুপ্না পুন্নমকপু হংগদবনি। মসিদি সাইন্সনি। পুন্নমক হংবগী মথৌ তাই।

দোষ উবা ঙম্বা করিগুম্বা ইরাই-লাইবা পোৎ নত্তে! মতুংদা ঐহাক্তি ১০০% হাংদোক্কুনা পীরি, তৌইগুম্বসুং মহাক্কী দ্রষ্টি (মীৎয়েং)ওইরগদি মদুদি ঐহাক্না য়েংগনি মদু ওইরগদি উদুনা লৈগনি। হায়বদি ইশানা চান্বগীদমক পুখমদগী খুৎতি থাংগৎপা মতৌ তাইদনা? অসিগুম্না হেক্তা করিগুম্বা চান্বা খরা চিন্বান্দা চংগদ্রা! অসিগুম্বা অপাম্বা থম্বা ওইরগদি য়াগদ্রনে? হোৎন্বদি দরকার ওইদনা!

মীওইবদগী দোষ থোকপা স্বভাৱবিক ওই। মদুদগী নান্থোকপা ঙম্নবগী লম্বী করিনো? 'জ্ঞানীপুরুষ' থক্তনা মদুগী লম্বী তাক্লি, 'প্রতিক্রমণ'।

মনুংদা মশা-মতোমতা প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈ। মীয়াম্না হায় মদুদি, 'মশা-মতোম্তনা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইব্রা?' ঐহাক্না হায়, 'হোয়, মতমদুদা ঐহাক্না করম্বা মশীন থম্বা ওইরিবা? মদুদগী প্রতিক্রমণ হৌবা ওইবা। নহাক্কী লমচৎ শেংলিফাও, মতমদুফাও পুন্নমক শেম-শাদুনা লৈ।'

**ৱাহং-হংলিবা ১:** মসি অচুম্বনি দাদাজী, প্রতিক্রমণ সহজ (মশা-মতোম্তা) তৌদুনা লৈ অমসুং অনীসুবদা, মসি বিজ্ঞান অসিগুম্বনি মদুদি খজিক্তংফাও য়েংথীন্বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা ২:** মসি ইবুংঙো অসিনা হায়রি মদুদি ঐঙোন্দগী প্রতিক্রমণ তৌবা ঙমদে, মদুবু করি কৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মনুংদা তৌবা ওইরমগনি তৌইগুম্বসুং ধ্যান লৈতে। হায়বদি করিগুম্বা অমুক্তং হায়বা মদুদি 'ঐঙোন্দগী তৌবা ঙমদে', মদু ওইরগদি মতুং মদু লেপ্পা ওইগনি। মদুগী মশীন থিংজিন্বা ওইগনি। নীংজবা অদুগুম্না মদুগুম্না ভক্তি। মদুদি মনুংদা তৌদুনা লৈ। মতম থরাগী মতুংদা তৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐঙোন্দগী কনাগুম্ববু অৱাবা ওইরগদি মদু ঐহাক্না পাম্বা ওইদে। বস মসিখক্তা লৈ। মতুংদা মমাং কাখৎতে, প্রতিক্রমণগুম্না তৌবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি মনুংদা মশিন অসিগুম্না থল্লি, অদোম্না ঙাংবগুম্না, মদুগুম্না মদু চৎকনি! নীংজবা অদুগুম্না মদুগুম্না ওইগনি। অদোম্না হায়গনি মদুদি, 'ঐঙোন্দগী অসিগুম্না তৌবা ঙমদে' মদু ওইরগদি মদুগুম্না ওইগনি। অমসুং হায়গনি, 'প্রতিক্রমণ অদুক্কী মতীক তৌই মদুদি ঐনা চোকথবা ওই।' মদু ওইরগদি মনুংদা মহাক্না চোকথবা ওইগনি। হায়বদি প্রতিক্রমণ তৌবনা (চন্দুভাই)তৌবা ওইরি, নংনা নশা-নতোম্তনা(চন্দুভাইবু) চৎহন্দুনা লৈহল্লু মাংদা। প্রতিক্রমণ ৫০০-৫০০ তৌবা ওইরি। নংনা চৎহল্লুদনা (চন্দুভাইবু) মদুদি 'ঐঙোন্দগী প্রতিক্রমণ তৌবা ঙম্বা ওইরি।'

য়ারিঙৈ, মদুফাও 'শুট ওন সাইট' থমগদবনি। দোষ থোকপগা খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অমসুং তৌবা ঙমদ্রগদি নুমিদাং-ৱাইরম পুন্না তৌ। তৌইগুম্বসুং পুন্না তৌবদা ২-৪দি লৈহৌগনি। মদু কদায়দা থমগনি?! অমসুং কনানা থমগনি মদুবু? ঐহাক্কীদি 'শুট ওন সাইট'কী বিজিনেশনি!

দোষ উবা মতমদুদগী, মতমদুদগী থঙউ মদুদি মোক্ষতা চৎন্বগী টিকেট ফংলে। ইশাগী দোষ কনামত্তনা উবা ঙমদে। অচৌ-অচৌবা সাধু-আচার্য়শিংবুসু মশাগী দোষ উবা ঙমদে। মচং ওইনা খ্বাইদগী অচৌবা অৱাৎপা মসিনি। অমসুং মসি বিজ্ঞান অসিগুম্বনি মদুদি, মসি বিজ্ঞান থক্তনা অদোমবু নিষ্পক্ষপাত (ঐগী মীগী নাইদবা)মওংদা জজমেন্ট পীরি। মশাগী দোশ পুন্নমক তাকপা ওই। দোষ থোকপা লোইরবা মতুংদা তাকপা ওই, তৌইগুম্বসুং তাকপা ওইদনা? হৌজিক দোষ থোকপা অদুদি থোকখ্রে!! মদুদি তোঙান্বনি, গাড়ীগী স্পীড য়াংবা ওইরগদি তকখায়বা ওইদনা? তৌইগুম্বসুং মতুংদা খঙলেদনা?

## 7. ওইগনি শুদ্ধ (অশেংবা), ব্যাপার

**ৱাহং-হংলিবা :** মতৌ অসিগুম্না করিগুম্বা চন্দুভাইবু মতোম্তা থাদোক্লগদি মহাক্তি করিগুম্বা অমা হেক্তা তৌবা য়াই।

**দাদাশ্রী :** নত্তে। মরমদুনা ঐহাক্না ব্যাবস্থিত হায়রি মদুদি মসিগী

পুন্সিসিদা শন্না অমফাও হোংদোক্নবগী অধিকার লৈতে। ‘ৱন লাইফ’কীদমক!! মসিগী লাইফসিদা ঐহাক্না ব্যাবস্থিত পীরি, মদুগী ব্যাবস্থিত অদুদা হোংদোকপা য়াবা, মদুগুম্বা নত্তে। মরমদুনা ঐহাক্না অদোমবু থাদোক্লিদনা। হায়বদি মসি ঐহাক্না য়েংদুনা হায়রি। অমসুং মরমদুনা ঐহাক্না চৈবগীসু মথৌ তাদে, মদুদি লোয়ন্নীগা লোয়ন্না করিগী কোয়রিবনো? অমসুং অসিগুম্না করিগী অমসুং মদুগুম্না?! ঐহাক্না করিসু ঙাংবগী মথৌ তাদে। মথংগী মপোক্কীদমক নত্তে, তৌইগুম্বসুং মসিগী লাইফ অমথক্কীদমক য়ু আর নোট রিস্পোন্সিবল এট ওল! অমসুং মদুসু মসিমথৈ পুন্নমক হায়রি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শেন্দোই(ইন্টরেস্ট) চাবা য়াব্রা নত্রগা য়াদব্রা?

**দাদাশ্রী :** চন্দুভাইনা শেন্দোই চাগদবা ওইরগদি চাজসনু, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা হায়য়ু মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌ।

মসিগী প্রতিক্রমণদগী মাংদা লৈরিবদুদা ইফেক্ট ফাওবা ওই অমসুং মহাক্না পৈশা শিংদোকপা ওই। মাংদা লৈরিবদুদা অসিগুম্বা *সদবুদ্ধি* (অফবা ৱাখল লৌশিং) হৌগৎপা ওই। প্রতিক্রমণদগী অসিগুম্না পোজিটিব ইফেক্ট ফাওবা ওই। মদুদা মীয়াম্না য়ুম চত্তুনা করিগুম্বা পৈশা পূরিবদুবু তাথিনা চৈরবদি মদুগী ওন্নবা ইফেক্ট ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা? ওন্না-তৈন্না মীয়াম্না হেন্না হেন্না চমমন্বা ওই। জগত পুম্বা ইফেক্ট ওইবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না কনাগুম্বা পৈশা শীংদোক্লক্লিবা অদুগী প্রতিক্রমণ তৌরবদি, মতমদুদসু মহাক্না নীদুনা লৈদনা?

**দাদাশ্রী :** নীবা অমসুং নীদবগী ৱাহং নত্তে, নুংশিন্বা-য়েংথিন্বা তৌরোইদবনি। পূথিবদু করিগুম্বা শীংলক্তবা ওইবসু য়াই!

কনাগুম্বনা হায়, ‘ঐহাক্না ধর্ম পামদে। মপাল থোংগী নুংঙাইবা পাম্মী।’ মহাকপু ঐহাক্না হায়গনি, ‘পুকচেল শেংউ, নীতি-নিয়ম মতুং ইল্লু।’ লাইশংদা চৎন্বা হায়রোই। অতোপ্পশিংবু নংনা পীবা, মদু দেব ধর্মনি। তৌইগুম্বসুং অতোপ্পগী, *অণহক্ক* (হক্কী নত্তবা) কী লৌগনু, মদু মীওইবগী ধর্মনি। হায়বদি পুকচেল শেংবা, মদু থ্বাইদগী অচৌবা ধর্মনি। ‘ডিসওনেস্টী ইজ দ বেস্ট ফুলীশনেস!!!’ ওনেস্ট ওইবা ঙমদ্রবদি, মদু ওইরগদি ঐ সমুদ্রদা চোংথগদ্রা? ঐহাক্কী ‘দাদাজী’না তম্বী মদুদি করিগুম্বা ডিসওনেস্ট ওইবা ওইরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ। নহাক্কী মথংগী মপোক য়াইফবা ওইগনি। ডিসোওনেস্টীবু ডিসোওনেস্টী খঙদুনা অমসুং মদুগী পশ্চাতাপ তৌ। মসিমক্তি শোয়দ্রে মদুদি *পশ্চতাপ* তৌরিবা মীওই ওনেস্টনি।

করিগুম্বা বিজিনেস পার্টনরগা লোয়ন্না য়ানদবা ওইরগদি, খুদক্তা অদোম্না খঙবা ওইগনি মদুদি, 'মসি দরকার ওইবদগী হেন্না ঙাংলি', মরমদুনা খুদক্তা মদুগী মীংদুগী প্রতিক্রমণ তৌ। ঐখোয়গী প্রতিক্রমণ কেশ পেমেন্ট ওইগদবনি। মসি বেঙ্কসিসু কেশ কৌবা ওই অমসুং পেমেন্টসু কেস কৌই।

ওফিসতা পরমিট লৌবা চৎপা, তৌইগুম্বসুং সাহেবনা পীবা ওইদে মতমদুদা পূক্নীংদা ফাওগনি মদুদি, 'সাহেপ মরমচৎ চাদবনি, অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি।' হৌজিক মসিগী মহৈ করি লাক্কনি, মদু অদোম্না খঙবা ওইদে। মরমদুনা মসি ভাৱ হোংদোকউ, প্রতিক্রমণ তৌ। মসিবু ঐহাক্না জাগ্রুতি কৌরি।

মসি সংসারদা অথিংবা করম্না থম্বগে, মদু অদোমবু জ্ঞান তাহনগে। অদোম্না থবক তৌরিবা ওফিসতুদা, মদুদা অদোমগী এসিস্টেন্টবু বুদ্ধি-লৌশিং লৈতবা হায়রগদি, মদু ওইরগদি মদুনা অদোমগী বুদ্ধি-লৌশিংদা অথিংবা ওইগনি! হায়য়ু, হৌজিক সংসার পুম্নমক মসি অথিংবদা ফাজিন-ফাজিন্দুনা মসি মীওই মপোকপু অরেম্বদা মাংহল্লি! অদোম্না রাইট (অধিকার) লৈতে, মাংদা লৈরিবদুবু বুদ্ধি-লৌশিং লৈতবা হায়বগী। অদোম অসিগুম্না হায়রগদি মাংদা লৈরিবদুসু ওন্না ঙাংগনি, মসিনা মহাকপুসু অথীংবা তাগনি! মদু ওইরগদি মসি জগতসিদা অথীংবা থম্বা করম্না থিংগনি? কনাগুম্ববু অদোম্না মতীক চাবদা হায়রগদি অদোমগী মতীক চাবদা অথীংবা তাই! করিগুম্বা অদোম্না মসিগী খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদু অথিংবা তাদ্রিঙৈ মমাংদা চামথোক্লগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** থবক্কী দাইত্য পাংথোকপা মতমদা ঐনা য়াম্না য়াকনা মীয়ামগী ইকায়বা পীখিরম্মী, তাথীনা হন্থনা য়েংবা তৌখিরম্মী।

**দাদাশ্রী :** মদু পুম্নমক্কী প্রতিক্রমণ তৌ। মদুদা অদোমগী অপাম্বা ফত্তবা নত্তে। ইশাগীদমক নত্তে, মদুদি সরকারগী মথক্তা সিন্সিয়ারিটী থমবনি।

## ৪. 'অসিগুম্না' তৎকনি রুণনুবনধগী শম্নবা

**ৱাহং-হংলিবা :** মমাংগী মপোক্কী *রুণনুবনধ* (হিসাবকী লিপুন) দগী নান্থোক্লবগীদমক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অদোমগী কনাগুম্বগা লোয়ন্না মমাং মপোক্কী *রুণনুবনধ* লৈরগদি অমসুং মদুবু অদোম্না পাম্বা ওইদ্রগদি, মহাক্কা লোয়ন্না লৈবা পামবা ওইদ্রগদি অমসুং মদুগী মথক্তা অনিৱার্য (তৌদবা য়াদবা) মওংদগী মহাক্কা লোয়ন্না লৈবা ওইরগদি করি তৌবা মথৌ তাবগে? মহাক্কা লোয়ন্না মপানগী

ব্যাবহার শোয়দনা থমগদবনি, তৌইগুম্বসুং মনুংদা মহাক্কী মীংদগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মরমদি অদোম্না মমাংগী মপোক্তা অতিক্রমণ তৌখি, মদুগী মসি পরিণামনি। কোজেজ করম্বা তৌখিবগী? মদুদা হায়, মহাক্কা লোয়ন্না মমাং মপোক্তা অতিক্রমণ তৌখি। মদুগী অতিক্রমণগী মসি মপোক্তা মহৈ লাক্লি, মরমদুনা করিগুম্বা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌরগদি প্লস-মাইনস ওইগনি। হায়বদি মনুংদা ওইনা অদোম্না মঙোন্দা লাল্লে হায়য়ু। হঞ্জিন-হঞ্জিন লাল্লে হায়দুনা লৈয়ু মদুদি 'ঐহাক্না তৌখি-তৌখিবা, মদুগী লাল্লে হায়রি।' কনাগুম্বা ভগৱান অমগী সাক্ষীদা, মদু ওইরগদি মাংবা ওইগনি।

লৈমিন্নবা পামদ্রগদি মতুংদা করি থোকপগে? মহাকপু য়াম্না মরাল লৈবা ওইনা য়েংবদগী, করিগুম্বা কনাগুম্বা নুপানা নুপী পামদবা ওইরগদি মহাক্কী মরাল য়াম্না য়েংবা ওই, মতুংদা *তিরস্কার* (হন্থনা য়েংবা/উশিত্তবা) ওইবা ওই। মতুংদা মহাক্না কীবা ফাওই। কনাগুম্বগী মথক্তা হন্থনা য়েংবা ওইরবদি মদুনা অদোমদা কীবা ফাওগনি। মহাকপু হেক য়েংবগা কীবা ফাওরগদি খঙউ মদুদি মসি তিরস্কারনি। মরমদুনা তিরস্কার থাদোক্নবা হঞ্জিন-হঞ্জিন লাল্লে হায়দুনা লৈয়ু, নুমিৎ নীনিদা মদুগী তাথীনা-য়েংবদু মাংবা ওইগনি। ফনমক মদুদা খঙদবা ওইরবসু তৌইগুম্বসুং অদোম্না মনুংদা ওইনা মহাক্কী মমীং লৌদুনা লাল্লে হায়দুনা লৈয়ু। কনাগুম্বগী মথক্তা করিগুম্বা দোষ তৌখিবা ওইরগদি হায়য়ু, 'হে ভগৱান! ঐ লাল্লে হায়জরি।' মসি দোষশিংগী পরিণামনি, ঐখোয়না কনাগুম্বা মীওইগী মথক্তা করিগুম্বা দোষ তৌখ্রবসু, মদু ওইরগদি মনুংদা অদোম্না লাল্লে হায়দুনা লৈয়ু ভগৱানগী মফমদা, মদু ওইরগদি পুন্নমক চামথোকপা ওইরগদি।

মসিদি নাটকনি। নাটক্তা লোয়ন্বী-অঙাংশিংবু মতম চুপ্পগী ইশাগী ওইনা লৌবদু মতাং-চাবা ব্যাবহার ওইগদ্রা? হোয়, নাটক্তা ঙাংবগুম্না, মদুগুম্না ঙাংবদা কায়বা ওইদে মদুদি 'মসি ঐহাক্কী ইচানুপা অহন, শাতায়ু।' তৌইগুম্বসুং পুন্নমক মথক-মথক্তগী, নাটক ওইনা। মসি পুন্নমকপু অচুম্বনি খন্বা মদুগীদমক প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। করিগুম্বা চুন্না খন্বা ওইদ্রগদি প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাদে। অচুম্বনি খন্বদুদা, মদুদা নুংশিন্বা অমসুং য়েংথিন্বা হৌবা ওই অমসুং প্রতিক্রমণদগী মোক্ষনি। 'দাদাজী' উৎলিবদু, মদুগী আলোচনা-প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যানদগী মোক্ষনি।

কনাগুম্বগী মখুত্তা অৱাবা পীন্বগী সত্তা(পৱর) লৈতে অমসুং কনাগুম্বগী খুত্তা থাংন্বগী সত্তাসু লৈতে। মসি থবক পুন্নমক তৌরিবসি, মসি পুন্নমক্তি হঙগী লাইনি। মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌবদগী হঙগী লাই মশা-

মতোম্তা চুমদ্রিং-চুম্বা ওইগনি।

মসি নত্তনা, কনাগুম্বা ঙাওবা মীওই ওইরবসু তৌইগুম্বসুং মহাক্না ঐখোয়গী প্রতিক্রমণদগী জ্ঞানতাবা ওইগনি।

কনাগুম্বা মীওইগা লোয়ন্না অদোমগী খজিক্তংফাও য়ান্নবা ওইদ্রগদি, মদুগী অদোম করিগুম্বা নুমিৎ চুপ্পা প্রতিক্রমণ তৌ, নুমিৎ ২-৪ফাও তৌদুনা লৈরগদি ৫নি সুবদদি মহাক্না অদোমবু থীদুনা মসি ফাওবা লাকপা ওইগনি। অদোমগী অতিক্রমণ দোষ খক্তদগী মসি পুন্নমক থিন্থবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসিদা করিগুম্বদা ঐখোয়না নুংঙাইতবা ওইবা ওই মদুদি ঐহাক্না অসুক য়াম্না তৌই মদু ওইরবসু মহাক্না ঐবু ইকায়বা পীরি?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মসিদি ব্যাবহারনি। মসিদা মখল কয়াগী মীওই লৈবা ওই। মোক্ষতা চৎহন্দবা অদুগুম্বা।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না প্রতিক্রমণ করিগী তৌগদৌরিবনো?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ মরমসিগী তৌগদবনি মদুদি মসিদা ঐহাক্কী কর্মগী উদায়নি অমসুং অদোম্না (মাংদা লৈরিবদুবু) অসিগুম্বা কর্ম পুনশিন্বা ওইহল্লি। মদুগীদমক প্রতিক্রমণ তৌরি অমসুং অমুক হন্না তৌররোই মরমদি অতোপ্পা কনাবু ঐহাক্কী *নিমিত্ত* তগী কর্মনা পুনশিন্বা ওইরি!

জগত অসিগুম্বা নত্তে মদুদি কনাগুম্ববু মোক্ষতা চৎহন্বা ওইবা। মায়কৈ পুন্নমক্তগী কোৎচী কোৎ-কোৎতুনা পুরক্কনি। করিগুম্বা অদোম প্রতিক্রমণ তৌরগদি কোচীদুদগী নাম্থোক্নি। মরমদুনা মহাবীর ভগৱান্না আলোচনা-প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান, মসি পোৎ অহুম ৱাহৈ অমদা পীরি। অতোপ্পা করিগুম্বা লম্বী লৈতে। হৌজিক কনাগুম্বনা মশামক প্রতিক্রমণ করম কান্দা তৌগনি? মশামক জাগ্রুতি লৈবা কান্দা, জ্ঞানীপুরুষতগী জ্ঞান ফংবা ওইরগদি, মতমদুদা মসি জাগ্রুতি লৈবা ওইগনি।

অদোমদি প্রতিক্রমণ তৌ, মরমদি অদোম দাইত্যদগী নাম্থোকপা ওইনবা।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওইদগী ঐখোয় থাজবা মাংবা ওইরগদি, মহাক্না ঐখোয়গী নাক্তা থাজবা মাংহন্বা তৌরগদি অমসুং ঐহাক্কী থাজবা মাংবা ওইরগদি। মদুগী থাজবদুবু অমুক হন্না থাজবা থমন্বগীদমক করি তৌবা মথৌ তাবগে?

**দাদাশ্রী :** মদুগীদমক মহাক্কীদমক ফত্তবা ৱাখল থনখিবা পুন্নমক,

মদু পুন্নমকপু পশ্চতাপ তৌগদবনি। থাজবা মাংলবা মতুংদা ঐখোয়না ফত্তবা ৱাখল তৌথিবা ওইরগদি, মদুগীদমক পশ্চতাপ তৌগদবনি, মতুংদা অফবা ওইগনি। মরমদুনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

## 9. নির্লপতা (শোক্তবা ওইবা), য়েংথিন্বদগী ফাসী ফাও

**ৱাহং-হংলিবা :** মাংদা লৈরিবা মীওইদুবু নুংঙাইতবা পীখ্রে, মসি করম্না থঙবা ঙমগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মহাক্কী মায়থোং য়েংবদগী থঙবা ওই। মায়থোংদগী মীনোক চৎথিবা ওই। মহাক্কী মায়থোং মকশিন্বা ওই। হায়বদি খুদক্তা থঙবা ওই মদুদি মাংদা লৈরিবা মদুবু ইফেক্ট ফাওবা ওইরি, অসিগুম্না থঙলোইদ্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** থঙগনি।

**দাদাশ্রী :** মীওইবদা শক্তি অসিথৈদি লৈবা ওই মদুদি মাংদা লৈরিবদুবু করি ফাওবগে, মদু থঙবা ঙম্মী!

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বা অসিগুম্না জ্ঞানতাবা ওই মদুদি মায়থোংদা এক্সপ্রেশন লাকহন্দবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইজরবসু মশামকপু থঙবা ওই মদুদি মসি নুংঙাইতবা ওইগদবা ৱাহৈ ঙাংথোকখ্রে ঐঙোন্দগী, মরমদুনা মহাকপু পানবদি-শোয়দনা পানগনি। হায়বদি মসিবু থঙদুনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। নুংঙাইরোইদবা ৱাহৈ ঙাংথোকপা ওইরগদি মশামক্কা থঙবা ওইরোইদ্রা মদুদি মহাক্কা অৱাবা ফাওরমগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** থঙবা ওইগনিদনা!

**দাদাশ্রী :** মদুসু মহাক্কীদমক তৌগদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং অদোমগী ওপীনিয়ন মসিদা লৈত্তে। মসি ঐখোয়গী ওপীনিয়নদগী তোঙান্না তান্নবগীদমক্নি। প্রতিক্রমণ হায়বদি করিনো? মদু মমাংগী ওপীনিয়নদগী তোঙান্না তানবগীদমক অমসুং প্রতিক্রমণদগী করি ওইবগে মদুদি মাংদা লৈরিবদুদা ইফেক্ট ফাওবদু, মদু ফাওবা ওইরোই, থজিক্তংফাও ফাওরোই। পূক্নীংদগী লেপ্পু মদুদি ঐহাক্না *সমভাৱত*গী *নিকাল* (লোইশিন্বা)তৌগনি মদু ওইরগদি মঙোন্দা ইফেক্ট ফাওবা ওইগনি অমসুং মহাক্কী পূক্নীংদগী অসিগুম্না হোংদোকপা ওইগনি, অমসুং অদোম্না পূক্নীংদা লেপ্পা মদুদি মহাকপু অসিগুম্না তৌগনি নত্রগা মদুগুম্না তৌগনি মদু ওইরগদি মহাক্কী পূক্নীংদসু মদুগুম্বা রিএকশন ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওইবু *তরছোর* (পামদবগা লোয়ন্না

তাথীনা ইন্থোকপা) তৌবগী মতুংদা পছতাবা ওইরগদি মদু করি কৌগনি?

**দাদাশ্রী :** পছতাবা তৌবদগী *তরছোর* তৌবগী হৈন্বী নান্থোকপা ওইগনি, *তরছোর* তৌদুনা মতুংদা মতম খরাফাও পছতাবা তৌদ্রগদি অমসুং অসিগুম্না থল্লগদি মদুদি ঐহাক্না কয়াদা ফজনা তৌরিবা মদু ওইরগদি মদু নর্কতা চৎন্বগী থুদম্নি। লান্না তৌরবা মতুংদা পছতাবদি তৌবা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা মাংদা লৈরিবনা পূন্নীংবু থুগায়বা ওইরগদি মদুদগী নান্থোক্লবগীদমক করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ তৌবা ওইগদবনি অমসুং করিগুম্বা মাংদা থেংনরগদি হায়য়ু মদুদি 'ইবুংঙো, ঐ জ্ঞান তাদবনি, ঐনা লান্না ওইখ্রে।' অসিগুম্না হায়গদবনি, অসিগুম্না হায়বদগী মহাক্কী অশোকপদু ওইশিন্বা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করি উপায় তৌগনি মদুদি *তরছোর*গী পরিণাম ফুগৎন্বগী মতাং লাকপা ওইদনবা?

**দাদাশ্রী :** *তরছোর*গীদমক্তা অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় লৈতে, হঙ্জিন-হঙ্জিন প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মাংদা লৈরিবদুগী পূন্নীং হোংদ্রিফাও, মদুফাও তৌগদবনি। অমসুং করিগুম্বা মহাকপু প্রত্যক্ষ ফংলগদি অমুক-হন্না অথুম্বা ৱাহৈ ঙাংদুনা লাল্লে হায়গদবা মদুদি 'ইবুংঙো, ঐহাক্তি য়াম্না লান্না তৌখ্রে, ঐদি অপঙনি, বুদ্ধি-লৌশিং লৈতবনি।' মসিদগী মাংদা লৈরিবদুগী অশোকপদু তাইশিন্বা ওইগনি। করিগুম্বা অদোম ইশামক্না ইশামক্কী *নিন্দা* (নেগেটিব ঙাংবা)তৌরগদি মদু ওইরগদি মাংদা লৈরিবদুবু নুংঙাইবা ওইগনি, মতমদুদা মহাক্কী অশোকপদু তাইশিন্বা ওইগনি।

ঐহাক্না মমাংগী মপোক্কী *তরছোর*গী পরিণাম উবা ওই। মরমদুনা ঐহাক্না হায়রি মদুদি কনাগুম্ববু *তরছোর* তৌরোইদবনি। খুসুমালদা হিংলিবনসু *তরছোর* তৌরোইদবনি। অরে, অরোইবদা লিন ওইদুনসু লমন-খুমগনি। *তরছোর*দগী নান্থোকপা ঙমদে। প্রতিক্রমণ থকনা কন্বা ঙমগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্ববু ঐখোয়না অৱাবা পীদুনা মতুংদা ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌরগদি, তৌইগুম্বসুং মহাক্না করিগুম্বা য়াম্না শাথিনা নীংবা কায়বা নত্রগা থম্মোয় কায়বা মদুদগী ঐখোয়বু কর্মনা ফাজিন্বা ওইবা ওইরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** অদোম মহাক্কী মীংদগী প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈবা অমসুং মহাক্না নুংঙাইতবা ফাওবদুমখৈ মদুমখৈ প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

জজ অমনা ঐঙোন্দা হংই মদুদি, 'সাহেব, অদোম্না ঐহাকপু জ্ঞানদি পীরি, অমসুং হৌজিক ঐহাক্না মদুদা কোর্টতা শিবগী সজা পীগদ্রা নত্রগা পীরোইদ্রা?' মতমদুদা ঐহাক্না মঙোন্দা হায়খি মদুদি, 'শিবগী সজা পীদ্রগদি, মদু ওইরগদি মহাকপু করি তৌগনি?' মহাক্না হায়, 'তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না দোষ ওইগনি।' ঐহাক্না হায়, 'ঐহাক্না অদোমবু 'চন্দুভাই' ওইহনব্রা নত্রগা 'শুদ্ধাত্মা' ওইহনব্রা?' মতমদুদা মহাক্না হায়, 'শুদ্ধাত্মা ওইহল্লি।' মদু ওইরগদি করিগুম্বা চন্দুভাইনা তৌরগদি মদুগীদমক অদোমগী দাইত্য ওইদে। অমসুং দাইত্য লৌগে হায়রগদি অদোম চন্দুভাই ওইগনি। অদোম্না হরাও-তয়াম্না পার্টনর ওইরগদি ঐহাক্না কায়বা ওইদে তৌইগুম্বসুং পার্টনর ওইগনু। মতুংদা ঐহাক্না মহাকপু মওং তাক্লম্মী মদুদি অদোম্না মসি হায়গদবনি মদুদি, 'হে ভগৱান! ঐগী লাইবক্তা মসি থবক অসি কদায়দগী লাক্লিবা' অমসুং মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ অমসুং গোবরমেন্টগী নিয়মগী মতুং ইন্না থবক তৌদুনা লৈয়ু। ভাপ তারেদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবদগী নাম্ভোকপা ওইগনি, অসিগুম্না করিগুম্বা ঐখোয়না থল্লগদি মীয়াম পুন্নমক্না স্বচ্ছন্দ (তৌনীংবতা) তৌবগী লাইসেন্স ফংবা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্বা জ্ঞান থমগনু। ৱাফম অসিগুম্বনি। অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। প্রতিক্রমণ তৌবগা অদোম নাম্ভোক্লে। অদোম ইশাগী দাইত্যদগী নাম্ভোক্লে। মতুংদা করিগুম্বা মদুগী মীওইদুনা চীন্তা তৌদুনা, কোক-য়েশিন্দুনা, শিবা ওইরগসু, মদু ওইরগদি মদুগী অদোম্না করিসু মরী লৈন্বা ওইদে।

ঐঙোন্দগীসু কনা-কনাগুম্বা মীওইবু নুংঙাইতবা ফাওই। ঐহাক্কী অপাম্বা ওইদে। হৌজিক্তি ঐঙোন্দগী অসিগুম্বা থোক্তে। তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু কনাগুম্বা মীওইগা থোকপা ওই। হৌজিক ফাওবা, চহী ১৫-২০দা মীওই ২-৩গা লোয়ন্না থোক্লমগনি। মদুসু *নিস্মিত* ওইরমগনি মরমদুননি? ঐহাক্না মতুংদা মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌদুনা মদুদা মতুংদা সমবল থাজিল্লি মরমদি মহাক্না তাদন্বা। ঐহাক্না মথক কাখৎহল্লিবদুদা মদুদগী মহাক্না তাদন্বা, মদুগীদমক সমবল থাজিল্লি। মহাকপু পুন্নমক ঙাক্লবগীদমক পুন্নমক থম্বা ওই।

ঐহাক্না সিদ্ধান্তিক ওইবা ওই মদুদি ইবুংঙো, মসি উসি থারি, মদুবু থারবগী মতুংদা অনৌবা রোড শাবদা মদুনা মরক্তা লাক্লবদি রোডপু লৈথোক্কনি তৌইগুম্বসুং উ পাম্বিবু করিসু থোকহল্লোই। ঐহাক্কী সিদ্ধান্তনি মসি পুন্নমক। কনাগুম্ববু মখাদা তাহন্বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মীওইনা শোয়বা তৌরগদি, মতুংদা ঐঙোন্দা লাল্লে হায়রগদি, মদু ওইরগদি ঐহাক্না ঙাকপীবা ওই, লাল্লে হায়দ্রগসু পূন্নীংদগী ঙাকপীবা ওই, তৌইগুম্বসুং হঞ্জিন-হঞ্জিন মদুগী মীওইদুনা শোয়বা তৌরগদি ঐখোয়না করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** নুংশিনা জ্ঞান তাহনদুনা, জ্ঞান তাহন্বা ঙমগদবা মদুখৈ জ্ঞান তাহল্লু। অমসুং অতোপ্পা উপায় লৈতে। অদোমগী খুত্তা করিসু সত্তা লৈতে। মসি মালেমসিদা ঙাকপীবা নত্তনা ঐহাক্কী নাক্তা অতোপ্পা উপায় লৈতে। করিগুম্বা অদোম ঙাকপীদ্রগদি, অৱাবা নংদুনা ঙাকপীবা মথৌ তাই। উপায়দি লৈতে। অদোম্না মহাকপু অসিগুম্না জ্ঞান তাহগদবনি মদুদি মহাক্না হঞ্জিন-হঞ্জিন্না শোয়বা তৌদনবা। মতৌ অসিগুম্না ভাৱবু হোংদোকহল্লু, মদু ওইরগদি য়াম্না ফরে। মদুগী মহাক্কী ভাৱ হোংদোকহন্বা মদুদি হৌজিক অশোয়বা তৌররোই। মদু ওইরবসু করিগুম্বা থোকপা ওইরগদি মদু তোঙান্না ৱাফম্নি।

নুপামচাবু মনা-মশিং লৈবা থারগদি অমসুং মহাক্না মদুদগী পৈশা লৌথোক্লগদি মদু খঙবদগী করি কান্নবগে? মদুদি ওইরিবা অদুগুম্না মদুগুম্না এক্সেপ্ট তৌ, মহাকপু করম্না লংথোক্কনি? করিগুম্বা অতোপ্পা লৌবা য়াব্রা? অতোপ্পা ফংবা ওইরোইদনা? কনাগুম্বনা য়োন্বা ওইদে।

## 10. থেংগায়ন্বগী মমাংদা...

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা হেন্না, শাংথনা মরৈ-য়েৎদুনা খৎন্বা থোক্লগদি, কর্ম অরুম্বা পুনশিল্লগদি, মদুগীদমক ২-৪রক নত্রগা মদুদগীসু হেন্না প্রতিক্রমণ তৌগদ্রা নত্রগা মতুংদা অমুক্তং তৌবদা পুম্নমক্কী মাংলগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ঙল্লিবমথৈ মদুখৈ তৌ। অমসুং মতুংদা পুলপ-পুন্না তৌ। প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি 'হে দাদা ভগৱান! মসি পুম্নমক্কী ঐহাক্না পুন্না প্রতিক্রমণ তৌবা ওইরি' মতুংদা লোইরে।

কনাগুম্বনা কনাগুম্বা অমত্তগা থেংগায়ন্বা থোক্তবা, ঐহাক্না মহাকপু মপোক অহুমদা মোক্ষকী গেরেন্টী পীগে। থেংগায়ন্বা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। থেংগায়ন্বা অসি *পুদগল* (অনাত্মা-শরুক)গীনি অমসুং পুদগলদগী পুদগলকী থেংগায়ন্বা প্রতিক্রমণদগী মাংবা ওই।

মহাক্না য়েন্থোক্লবা তৌরগদি অদোম্না পুরিনৌ, মসিদগী মশীং মাংবা ওইগনি। মাংদা লৈরিবদুগীদমক থল্লু মদুদি, 'মহাক্না ঐহাকপু অসিগুম্না হায়রি, মদুগুম্না হায়রি,' মদু মরালনি। লম্বীদা চৎপা মতমদা করিগুম্বা ফক্লাংগা থেংগায়রগদি মদুগা লোয়ন্না করিগী খৎন্দ্রিবনো? ঊ-পাম্বীবু করিগী *জড়*

(নিশ্চেতন) হায়রিবনো? কনাগুম্বদগী শোকপা–পন্বা ওইরগদি, মখোয় পুন্নমক ঊ ঙাক্তনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** স্থুল থেংগায়ন্বগী খুদম পীরি, মতুংদা সুক্ষ্ম, সুক্ষ্মতর অমসুং সুক্ষ্মতমগী খুদম পীবিয়ু। সুক্ষ্ম থেংগায়ন্বা করম্না তৌবগে?

**দাদাশ্রী :** নহাক্না ফাদরগা লোয়ন্না থোকপা, মদু পুন্নমক সুক্ষ্মা থেংগায়ন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি করম্ববু হায়রিবনো?

**দাদাশ্রী :** মদুদা ফুবা চৈবা তৌব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌদে।

**দাদাশ্রী :** মদু সুক্ষ্মা থেংগায়ন্বা।

**ৱাহং-হংলিবা :** সুক্ষ্মা হায়বদি ৱাথলগী? ৱাহৈদগী থোকপা পুন্নমক মদুসু সুক্ষ্মাদা লাকপ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু স্থুলদা। মাংদা লৈরিবদুবু থঙবা ওইদবা, উবা ঙমদবা, মদু পুন্নমক সুক্ষ্মাদা মনুং চল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী মনুংগী ওইবা থেংগায়ন্বদুবু করম্না লেপহনগনি?

**দাদাশ্রী :** অহান্বদা স্থুল, মতুংদা সুক্ষ্মা, মতুংদা সুক্ষ্মাতর অমসুং মতুংদা সুক্ষ্মাতম থেংগায়ন্বা লেপহনগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** সুক্ষ্মতর থেংগায়ন্বা করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** নহাক্না কনাগুম্ববু ফুবা ওইবা, অমসুং মসিগী ইবুংঙোসিনা জ্ঞানদা লৈদুনা য়েংই মদুদি ঐ শুদ্ধাত্মানি, মসি ব্যাবস্থিতনা য়ৈরি। মসি পুন্নমক য়েংবা তৌইগুম্বসুং মতমদুদা পূক্নীংদগী থজিক্তংফাও দোষ য়েংলগদি, মদু সুক্ষ্মতর থেংগায়ন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমুক হন্না তাকপীয়ু, ফজনা থঙবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মসি নংনা মীওই পুন্নমক্কী দোষ য়েংইদনা, মদু সুক্ষ্মতর থেংগায়ন্বনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি অতোপ্পগী দোষ য়েংবা, মদু সুক্ষ্মাতর থেংগায়ন্বা।

**দাদাশ্রী :** মদুগুম্না নত্তে, মশামক্না লেপ্পা ওইবা মদুদি অতোপ্পশিংদা

দোষ শুংয়েং-য়েংলোই অমসুং মদু ওইজরবসু দোষ য়েংলগদি মদু সুক্ষ্মাতর থেংগায়ন্বনি। অসিগুম্বা দোষকী নহাক্লা থঙবা ওইগদবনি, মরমদি মহাক্তি শুদ্ধাত্মানি অমসুং মদু ওইজরবসু মহাক্কী দোষ য়েংবা ওইরি?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মদু পুক্লীংগা মরি-লৈন্বা থেংগায়ন্বা হায়বা, মদু করিনো?

**দাদাশ্রী :** মদু পুন্নমক্তি সুক্ষ্মদা চনখ্রে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মসি অনীসিদা করি থেৎন্বগে?

**দাদাশ্রী :** মসিদি পুক্লীংদগীসু হেন্না মমাংগী ৱাফম্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** পুক্লীংগা মরি-লৈন্বা থেংগায়ন্বা অমসুং মদুগুম্বা দোষ...

**দাদাশ্রী :** মদু পুক্লীংগা মরি-লৈন্বা নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি মসি সুক্ষ্মতর থেংগায়ন্বা থোকপা, মদুগী পুংফমদুদা সুক্ষ্মা থেংগায়ন্বসু লোয়ন্না লৈবা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** মদু অদোম্না য়েংগদবা নত্তে। সুক্ষ্মা তোঙান্না লৈ অমসুং সুক্ষ্মতর তোঙান্না লৈ। সুক্ষ্মাতর হায়বদি অরোইবা ৱাফম।

**ৱাহং-হংলিবা :** সতসঙ্গদা অমুক্তং অসিগুম্বা ৱাফম হায়খি মদুদি চন্দুভাইগা লোয়ন্না *তন্ময়াকার* (অমত্তা) ওইবা, মদু সুক্ষ্মতম থেংগায়ন্বা কৌই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, সুক্ষ্মতম থেংগায়ন্বা! মদুবু লৈহল্লোইদবনি। শোয়দুনা তন্ময়াকার ওইরবা মতুংদা থঙবা ওইদনা মদুদি মসি লান্বা ওইখ্রে।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক *কেবল শুদ্ধাত্মা* (শুপ্নাতগী অশেংবা আত্মা) গী অনুভব নত্তনা মসি মালেমসিগী করিগুম্বা মাংবা-ওইবা পোৎ ঐহাক্লা পামদে, মদু ওইজরবসু হঙ্গিন-হঙ্গিন চন্দুভাইনা তন্ময়াকার অবস্থাদা লৈবা ওই। মদু ওইরগদি মদু সুক্ষ্মতর থেংগায়ন্বা ওইদনা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি সুক্ষ্মতম কৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মসিগী থেংগায়ন্বসিবু থীংন্নবগী পামবৈ প্রতিক্রমণ থক্তরা নত্রগা অতোপ্পা করিগুম্বসু লৈরিব্রা?

**দাদাশ্রী :** অতোপ্পা করিগুম্বা খুৎলাই লৈতে।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌবা

ওইরি, মদু ঐখোয়গী অহম(ইঙো) কৌরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে। হায়বদি অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌরোইদবনি। চন্দুভাইগী মরালনি, শুদ্ধাত্মাদি খঙবা ওই। শুদ্ধাত্মানদি মরাল তৌবা নত্তে মরমদুনা মহাক্না তৌগদবা নত্তে। মরাল তৌরিবদুনা মহাক্না থক, চন্দুভাইনা প্রতিক্রমণ তৌগনি। অমসুং অতিক্রমণদগী সংসার শেম্বা ওইরি। অতিক্রমণ কনানা তৌবগে? অহংকার অমসুং বুদ্ধি অনীমক্না পুন্না লোয়ন্না।

## 11. পুরুষার্থ, প্রক্রুতিগী ফত্তবা গুণশিংগী মমাংদা...

রাগ(চান্নবা) য়াওদনদি লাইফ চৎথবা ওইরম্লোই কনাগুম্বগী। জ্ঞান ফংদ্রিবা মখে, মদু ফাওবা রাগ(চান্নবা)অমসুং দ্বেষ(য়েংথিন্বা) অনীমক তৌদুনা লৈবা ওই। অহুমসুবা পোৎ লৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং দাদা, য়েংথিন্বা মদুদি এতেস্মেন্টগী মচানিদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদু মহাক্কী মচানি, তৌইগুম্বসুং মদুগী পরিণামনি, মচা হায়বদি মদুগী পরিণাম্নি। এতেস্মেন্ট অহেন্বা চাংদা ওইরগদি, এতেস্মেন্ট তৌরিবদুগী মথক্তা, মদুনা একসেস ওইনা হেঙ্গৎলগদি, মতুংদা মঙোন্দা য়েংথীন্বা ওইবা ওই। করিগুম্বা পোৎ মহাক্কী লৈইগী মপান্দা চৎলগদি, মদু ওইরগদি অদোম্না পামদবা ফাওগনি অমসুং পামদবা ফাওবা, মদুনি য়েংথীন্বা! জ্ঞান তারব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, জ্ঞান তারে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি অদোম্না খঙগদবনি মদুদি অদোমগী রিএকশন থক্তা লাক্লি পুন্নমক! অদোম মহাকপু (মাংদা লৈরিবা) ইকায়খুম্নবগা লোয়ন্না কৌরবদি, অমসুং অদোম্না মহাক্কী মমায়-পোম্বা ওইনা উরবদি মদু ওইরগদি অদোম্না খঙবা ওইগদবনি মদুদি মসি ঐহাক্কী রিএকশন্নি। মদু ওইরগদি করি তৌবা মথৌ তাবগে? প্রতিক্রমণ তৌ। অতোপ্পা করিগুম্বা উপায় লৈতে জগত্তা। মতমদুদা মসি জগতকী মীয়াম্না করি তৌবগে? মহাক্কী মথক্তা অমুক-হন্না মমায়-পোম্বা ওই! হায়বদি হান্নগীগুম্না অমুক হন্না মদুগুম্না ওইহন্বা ওইরি। অদোম শুদ্ধাত্মা ওইরে, মরমদুনা জ্ঞান-তাহন্দুনা ইশাগী অরান্বা একসেপ্ট তৌদুনসু থাদোক্কদবনি। ঐহাক্তি জ্ঞানীপুরুষ ওইরগসু মরাল পুম্নমক একসেপ্ট তৌদুনা কেসপু লোইশিন্বা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** কল্লকপা ফাওবা ওইরিবসি মদুবু ফাওদন্বা, মদুগীদমক করি তৌবা মথৌ তাবগে?

**দাদাশ্রী :** মদুগী উপায় অনীদি লৈ। কল্লকপা থোকপগী মতুংদা *পশ্চাতাপ* তৌগদবনি অমসুং অনীসুবদা, কল্লকপা থোক্লিবদু মদুগী কল্লকপা অদোম্না তৌদে। কল্লকপদি মমাং মপোক্কী পরমাণু য়াওরিবখৈদু, মদুবু একসেপ্ট তৌদ্রগদি, মদুদা তন্ময়াকার তৌদ্রগদি মদু ওইরগদি কল্লকপা মাংবা ওইগনি। কল্লকপা থোকপগী মতুংদা *পশ্চাতাপ* তৌরগদি থ্বাইদগী ফবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মাংদা লৈরিবদুদা চীংন্বা থল্লোইদবনি, মদু ওইরবসু চীংন্বা থোকপা ওইরগদি মদুবু করম্না মাংহনগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদা মতুংদা মহাক্কী শুদ্ধাত্মাবু নীংশিংদুনা ঙাকপীয়ু হায়গদবনি। মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মসিদি অহান্বদা অশোইবা তৌখি মরমদুনা চীংন্বা ওই।

জঙ্গলদা চৎপা অমসুং লৌকিক জ্ঞানগী মতেংনা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লগদি মদুদি লুট তৌবশিং থেংনরগদি? নত্রগা কৈ থেংনরগদি করি তৌগনি? অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লগদি মদুগী মতমদুদা প্রতিক্রমণ তৌ। চীংন্বা ফাওরগদি শোয়গনি। চীংন্বা ফাওহনগনু। কনাগুম্বা মীওইদা চীংন্বা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌ। চীংন্বদি অৱাবা থক্লি।

চীংন্বা ফাওবগা প্রতিক্রমণ তৌহল্লু। অমসুং ঐথোয়দি মসি ব্রহ্মান্ড (উনিবর্স) অসিগী মপুনি, ঐথোয়না করিগী চীংন্বা তৌগদৌরিবা?! মীওইবনি মরমদুনা চীংন্বদি ফাওগনি। তৌইগুম্বসুং লান্বা ওইরগদি কেস প্রতিক্রমণ তৌ।

চীংনরিবা মীওইদুগী মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ। নত্রগদি চীংন্বনা অদোমবু মাংহন্বা ওইগনি।

কনাগুম্বগীদমক থজিক্তং ফাও ওন্না-তৈন্বা ৱাখল লাকপগা খুদক্তা মদুবু চামথোকউ। মদুগী ৱাখল করিগুম্বা ঙৈহাক ফাওবগী লৈবা ওইরগদি মদু মাংদা লৈরিবদুবু য়াউবা ওইগনি অমসুং মতুংদা হৌবা ওইগনি। পুং ৪, পুং১২ নত্রগা নুমিৎ নীনিগী মতুংদসু মহাকপু ইফেক্ট ফাওগনি। মরমদুনা স্পন্দন (বাইব্রেশন) গী ইচেল মদোমদা চৎহল্লোইদবনি।

করিগুম্বা ফত্তবা থবক্কী পছতাবা তৌরগদি, মদু ওইরগদি মদুগী থবক্কী মহৈ ৭৫% মাংবা ওইবা ওই। মতুংদা চাকখ্রবা থৌরি লৈদনা, মদুগুম্না মহৈ পীগনি। মদুগী চাকখ্রবা থৌরিদুবু মথংগী মপোক্তা অসিগুম্না খুৎনা-শোকপা থক্তদা মদু পাইখিবা ওইগনি। করিগুম্বা থবক অসুম হেক্তা লেম্না মাংবদি ওইদেদনা। প্রতিক্রমণ তৌবদগী মদুগী থৌরিদু চাকথেকপা ওই তৌইগুম্বসুং ডিজাইন মদুগুম্না চপ-মান্ননা লৈবা ওই। তৌইগুম্বসুং মথংগী

মপোক্তা করি তৌবা মথৌ তাবগে? অসিগুম্না তৌবগা কন্থোকপগা পাইখিবা ওইগনি।

## 12. নান্থোকই নাশা, জ্ঞানীগী মওংদগী

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না সিগরেট থকপগী ফত্তবা হৈন্বী ওইবা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদুগীদমক নঙনা অসিগুম্না থম্মু মদুদি, 'মসি চুমদবনি, ফত্তবা পোৎনি,' অসিগুম্না। অমসুং করিগুম্বা কনাগুম্বনা হায়রগদি সিগরেট করিগী থক্লিবনো? মদু ওইরগদি মদুগী ঙাকশেন্বা তৌগনু। ফত্তবনি, অসিগুম্না হায়যু। নত্রগা মতুংদা ইবুংঙো, মসি ঐহাক্কী অশোন্বনি, অসিগুম্না হায়যু মদু ওইরগদি করিগুম্বা নুমিত্তা নান্থোক্কনি নত্রগদি নান্থোক্লোই মদু।

ঐহাকসু প্রতিক্রমণ তৌইদনা, ওপীনিয়নদগী নান্থোকপা ওইগদবনি। ওপীনিয়ন লৈহৌবা ওইরগদি মহাক্না অৱাবা ওই।

করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদুগী মীওইদুনা খ্বাইদগী অথোইবা পোৎ ফংলে। হায়বদি মসি টেক্নিকেলীনি। সাইন্টিফিক্লী মসিদা দরকার লৈবা ওইদে। তৌইগুম্বসুং টেকনিকেলী দরকার ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** সাইন্টিফিক্লী করম্না?

**দাদাশ্রী :** সাইন্টিফিক্লী মদু মতুংদা মহাক্কী ডিসচার্জনি, মতুংদা মহাক্না করিবু দরকার ওইবগে?! মরমদি অদোম তোঙাল্লি অমসুং মহাক (ডিসচার্জ) সু তোঙাল্লি। শক্তি অদুক্কী-মতীক লৈতে (তোঙান-তোঙান্না) মখোয় মীয়ামশিংগী! করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি মদুগী ওপীনিয়ন লৈহৌবা ওইগনি অমসুং অদোম প্রতিক্রমণ তৌরগদি ওপীনিয়নদগী তোঙান তারে, মসি ৱাফমসি শোয়দ্রেদনা?!

মরমদি ওপীনিয়ন লৈরিবমখৈ, মদুখৈ পূক্নীং লৈহৌবা ওইগনি। মরমদি পূক্নীং ওপীনিয়নদগী শাবা ওই।

ঐহাক্না করি হায়বগে হায়বদা হৌজিক এডিক্সন ওইরে, মদুদা ঐহাক্না কায়বা ওইদে, তৌইগুম্বসুং এডিক্সন ওইরিবা অদুগী, মদুগী ভগৱানদা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি মদুদি 'হে ভগৱান! মসি য়ু অসি থক্লোইদবনি, মদু ওইজরবসু থকপা ওইরি। মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। মতুংদা অমুক হন্না থক্তন্বা, অসিগুম্বা শক্তি পীবিয়ু।' মসিথক তৌ ইবুংঙো। মসি নত্তবদা মীয়ামদি মযোক্তা লৈবা ওই মদুদি নংনা য়ু করিগী থকপগে? অরে, অসিগুম্না তৌদুনা নংনা

মহাকপু হেন্না শোয়হল্লি। মহাক্কী হেন্না অমাংবা ওইহল্লি। ঐহাক্না করি হায়বগে, নহাক্না য়াম্না অচৌবা মরাল তৌরগা লাক্লবদি মসিগুম্না প্রতিক্রমণ তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না অয়ুক্তা চা থকপা মতমদা হায়থি মদুদি ঐহাক্না প্রত্যাখ্যান তৌরবা মতুংদা চা থক্লি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অসুম্নদি ঐহাক্না চা থক্তে, মদু ওইজরবসু থক্লবগী সঙয়োগ লাকপা ওই অমসুং তঙাইফদনা থোকপা মতমদুদা করি তৌবা মথৌ তাবগে? করিগুম্বা প্রত্যাখ্যান তৌদনা থক্লগদি মদু লাক্কুনা নপশিনগনি। মরমদুনা মচু ওইবা ঈশিং হৈথগদবনি তৌইগুম্বসুং থাও তৈদুনা। হোয়, ঐহাক্না প্রত্যাখ্যান মওং ওইবা থাও তৈরি, মদুগী মতুংদা অশংবা মচুগী ঈশিং হৈথে, তৌইগুম্বসুং মনুংদা নপশিন্নবা ওইদে। মরমদুনা প্রত্যাখ্যান তৌরবা মতুংদা চা থকই ঐহাক্না!

মসি থক্তা খঙবা য়াবা মদুগুম্বনি। প্রত্যাখ্যান তৌদুনা তৌ মসি পুন্নমক। প্রতিক্রমণদি করিগুম্বা অতিক্রমণ থোকপা মতমদুদা তৌ। চা-থকপা ওইবা, মদু অতিক্রমণ কৌবা ওইদে। করিগুম্বা প্রত্যাখ্যান তৌবা ওইদ্রগদি, থাও তৈদ্রগদি খরাদি নপকনি। হৌজিক থাও তৈদুনা তৌ পুন্নমক!

ঐহাক্না *অশাতা* (হকচাংগী অনাবা) য়াম্না ফাওদবা ওই। য়েংউনে, ঐঙোন্দা থা-চুপ্পা অসিগুম্না লাক্লি মদুদি দাদাজীবু এক্সিডেন্টকী পুংফম লাকপা ওইরি। মতুংদা মসি থোক্লিবসিদা, খল্লুনে থাংমৈ মুৎলমদাইগুম, অসিগুম্না থোকপা ওইখি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্না করিসু থোকপা ওইরোই, দাদাজী।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্না নত্তে, 'হীরাবা' (দাদাজীগী ধর্মগীলোয়ন্বী) চৎখ্রে মদু ওইরগদি করিগী 'মসি' (এ.এম,পটেল) চৎলোইদ্রা? মসি করম্বা *বেদনীয়* (অৱা-নুংঙাইবা পীবা) কর্ম লাক্লি?

**ৱাহং-হংলিবা :** *অশাতা বেদনীয়* (অৱাবা পীবা কর্ম)।

**দাদাশ্রী :** মীয়াম্না খল্লি মদুদি ঐহাকপু অৱাবা লৈবা ওইরি, তৌইগুম্বসুং ঐহাকপু অৱাবনা থেংদে, তীর্থঙ্করশিংনসু থেংবা ওইদে। ঐহাক্না হীরবা চৎখিবগী অৱাবা লৈতে। ঐহাক্না ইফেক্ট ফাওবা ওইদে করিগুম্বা, মীয়াম্না অসিগুম্না মাল্লি মদুদি বেদনীয় কর্ম লাক্লি, অশাতা বেদনীয় (অৱা পীবা) লাক্লি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি মীনট অমফাও, সেকেন্ড অমফাও অৱাবনা থেংবফাও থেংদে, মসি চহী ২০দগী! অমসুং মসি সাইন্স অদোমবু পীরি। অমসুং করিগুম্বা অদোম্না শোয়বা (তন্ময়াকার) ওইরগদি অদোমগী অমাংবনি।

জ্ঞানতাবা ওইরগদি শোয়বা ওইরোই নত্রগা কৈদৌনুংদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** অম্বালালভাইদি স্পর্শ (থেংবা) ওইদনা? 'দাদা ভগৱান'বু *বেদনীয়* (অৱা-নুংঙাইবা পীবা) কর্ম থেংবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, কনানসু থেংদে। অসিগুম্বা মসি সাইন্স। করিগুম্বা স্পর্শ (থেংবা) ওইরগদি ঙাওবা ওইগনিদনা? মসিদি জ্ঞান তাদবদগী অৱাবনি। জ্ঞানতাবা ওইরগদি মসি *ফাইল* (লোইশিনগদবা ওইবা পুদগলগী কর্মগী হিসাব) অসিবুসু স্পর্শ (থেংবা) ওইরোই। কনাগুম্বনসু থেংবা ওইরোই। অৱাবা লৈরিবদু মদু জ্ঞান তাদবদগীনি। মসি জ্ঞান অসিবু করিগুম্বা খঙবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি অৱাবা করম্না লৈগনি? অৱাবসু ওইরোই অমসুং হরাওবসু ওইরোই।

## 13. নান্থোকপা, আর্ত-রৌদ্র ধ্যানদগী

**ৱাহং-হংলিবা :** আর্তধ্যান অমসুং রৌদ্রধ্যান মীৎকুপ-খুদিং থোক্লি, মদু ওইরগদি আর্তধ্যান করম্ববু কৌগনি অমসুং রৌদ্রধ্যান করম্ববু কৌগনি, মসিগী খরা শুগায়না ফোংদোকপীয়ু।

**দাদাশ্রী :** ইশা, ইশামকপু, কনাগুম্ববু মরক্তা পুরক্তনা, কনাগুম্ববু নোংমৈ মরু পান্দম্বা, অসিগুম্না চেকশিন্দুনা ইশামক্না ইশা-ইতোম্তা অৱাবা খাংদুনা লৈবা মদু আর্তধ্যাননি অমসুং কনাগুম্বগী মথক্তা নোংমৈ মরু কাপ্লগদি, মদু রৌদ্রধ্যাননি।

আর্তধ্যান্দি করিগুম্বা ইশাদা জ্ঞান লৈতবা অমসুং 'ঐ চন্দুভাইনি' অসিগুম্না ওইরগদি, অমসুং ঐবু অসিগুম্না থোক্লি নত্রগা থোকপা ওইরগদি করিবু থোক্কনি? নচানুপীশিংবু নংনা লুহোংবীগদৌরিব্রা? চহী ২৪সুবা মতমদা লুহোংবীগনি। মসিদি চহী ৫সুবদা মতমদুদগী চীন্তা তৌবা ওই। মসিবু *আর্তধ্যান* তৌবা হায়না কৌই। জ্ঞান তারব্রা?

মশাগীদমক ওন্না-তৈন্না ৱাখল থন্বা, ওন্না-তৈন্না তৌবা, মশাগী গাড়ী চৎকদ্রা নত্রগা চৎলোইদ্রা, অনাবা ওইবা অমসুং শিবা ওইরগদি করি তৌগনি? মসি পুন্নমক আর্তধ্যান কৌই।

রৌদ্রধ্যানদি অদোম্না অতোপ্পশিংগীদমক মাঙলান শারগদি মদুদি মহাক্না ঐহাক্কী অমাংবা তৌই, মদু ওইরগদি মদু পুন্নমক *রৌদ্রধ্যান* কৌই।

অমসুং অতোপ্পশিংগীদমক ৱাখল থানবা, অতোপ্পশিংগী করিগুম্বা অমা নত্রগা অমা অমাংবা ওইন্বা অসিগুম্বা ৱাখল লাক্লগদি, মদু ওইরগদি মদু

রৌদ্রধ্যান থোক্লে হায়না কৌগনি। পূক্লীংদা ৱাখল লাকপা মদুদি ফী-তুনবদু চীংথোক্তুনা পীবা। মদু ওইরগদি চীংদুনা পীবা হায়বগা মতমদুদগী লৈরিবা মীওইশিংগী মখুত্তা ফী য়ামদনা চৎকনি, অসিগুম্না মাংলান শাবা অমসুং মদুগী পৈশা হেন্না ফংগনি অসিগুম্না মাঙলান তৌবা, মদু রৌদ্রধ্যান কৌবা ওই। অতোপ্পশিংগী অমাংবা ওইন্বা মদুগুম্বা ধ্যান, মদু রৌদ্রধ্যান কৌই।

হৌজিক য়াম্না শাথিনা রৌদ্রধ্যান তৌরগদি, তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণদগী মদু আর্তধ্যানদা হোংদোকপা ওই। মীওই ২না মখল অমতংগী রৌদ্রধ্যান তৌবা, অনীমক্কা হায় মদুদি, 'মহাকপু ঐহাক্কা হাৎকনি।' অসিগুম্বা মীওই ২না হাৎন্নবগী ভাৱ (নুংদা লেপ্পা), মদু রৌদ্রধ্যান কৌই। তৌইগুম্বসুং মদুগী মনুংদা অমদি য়ুমদা চৎত্তুনা পছতাবা ফাওই মদুদি 'ঐহাক্কা অসিগুম্বা ভাৱ করিগী তৌখ্রিবা?' মরমদুনা মদু আর্তধ্যান ওইরে অমসুং অনীসুবা ইবুংঙোদুনা রৌদ্রধ্যান লৈরি।

অরোইবদা *পছতাবা* (পূক্লীংদা পেন্দবা লানখ্রে ফাওবা)তৌবদগী *রৌদ্রধ্যান*সু আর্তধ্যান ওইবা ওই। পছতাবা তৌবদগী নর্ক মপোক লেপ্পা ওই অমসুং শা-ঙাগী মপোক ওইবা ওই। অমসুং করিগুম্বা হেন্না পছতাবা তৌরগদি মদু ধর্মধ্যান ওইবা ওই। অমুক্তং পছতাবা তৌবদগী আর্তধ্যান ওইবা ওইগনি অমসুং হঞ্জিন-হঞ্জিন পছতাবা তৌদুনা লৈরগদি *ধর্মধ্যান* (মীওই মপোক) ওইবা ওইগনি। হায়বদি চত্থরিবদুদি হান্নগীগুম্ননি, তৌইগুম্বসুং ধ্যান হোংদুনা লৈগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না তোঙান্না লৈদুনা প্রতিক্রমণ তৌহল্লগদি মদু ওইরগদি মদু করি কৌগনি?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি, অদোম শুদ্ধাত্মা ওইরে, তৌইগুম্বসুং মসি *পুদগল* (অনাত্মাগী শরুক)অসিগী নান্থোকপদি তৌহনগনিদনা? মতমদু ফাও মহাকপু প্রতিক্রমণ তৌহন্দ্রগদি মতমদু ফাও নান্থোকপা ঙম্লোই। হায়বদি পুদগলবু ধর্মধ্যান্দা থমদ্রিবথৈ মদুফাওবা নান্থোকপা ঙম্লোই। মরমদি *পুদগলবু শুক্লধ্যান* লৈবা ওইদে। মরমদুনা পুদগলবু *ধর্মধ্যান*দা থম্মু। হায়বদি হঞ্জিন-হঞ্জিন প্রতিক্রমণ তৌহল্লু। *আর্তধ্যান* থোক্লিবমথৈ, মদুথৈফাও প্রতিক্রমণ তৌহল্লু।

আর্তধ্যান থোকপা, মদু মমাং মপোক্কী অজ্ঞান ওইবনা মরমদুনা থোকপা ওইরি। মদু ওইরগদি 'অদোম' মহাকপু প্রতিক্রমণ তৌহল্লু।

**ৱাহং-হংলিবা :** অতোপ্পগী দোষ য়েংবদগী আর্তধ্যান-রৌদ্রধ্যান থোকপা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মনুংদা মহাক্কা অতোপ্পশিংগী দোষ য়েংন্নবগী পোৎ

পীকথন্না পুরগা লাক্লি, মরমদুনা অসিগুম্না উগনি। মদু ওইজরবসু মহাক মশামক দোষতা লাক্তে। মহাক্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি মদুদি অসিগুম্না করিগী থোক্লিবা? অসিগুম্না থোক্লোইদবনি। বস মসিথক। মদুদি পোৎ হাল্লিবদুগুম্না, পুম্নমক মদুগুম্না থোক্লক্কনি। মদুবু ঐখোয়না অচম্বা লোন্দা 'হাল্লক্লিবা পোৎ' কৌবা ওই।

হৌজিক নুংদাংদা পুং১১ মথায়দা মীওই ১০-১২লাকই অমসুং 'চন্দুভাই লৈব্রা?' অসিগুম্না হায়দুনা কৌরক্লগদি। মদু ওইরগদি অদোম্না করি হায়গনি? অদোমগী থুঙ্গংদগী লাকপা ওইবা অমসুং মদুগী মনুংদা ১–২দি অদোমগী থঙনা চান্নবা ওইবা, অমসুং লেমহৌরি মীয়ামদি মখোয়গী থঙনা চান্নবা ওইবা। নুংদাং পুং১১ মথায় মখোয়গী খোনজেল পীরবদা করি খুমগনি অদোম মখোয় মীয়ামদা? থোং হাংদোক্কদ্রা নত্রগা থোং হাংদোক্লোইদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, হাংদোক্কনি।

**দাদাশ্রী :** অমসুং মতুংদা করি হায়গনি, মখোয় মীয়ামদা? অমুক হন্না চৎখ্রো হায়গদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** নত্তে,নত্তে, অমুক হন্না চৎখ্রো, অসিগুম্না করম্না হায়গনি?

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি করি হায়গনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** মনুংদা কৌশিলগনি ঐহাক্না। 'চংবীরকউ মনুংদা'।

**দাদাশ্রী :** 'চংবীরকউ, লেংশিন্বীরকউ, লেংশিন্বীরকউ।' ঐখোয়গী সংস্কার লৈদনা? মরমদুনা 'চংবীরকউ, লেংশিন্বীরকউ' হায়গনি, পুম্নমকপু সোফা সেটতা ফমহনগনি। সোফাদা অঙাং তমদুনা লৈবা ওইরগদি থুনা-থুনা হৌদোক্তুনা অমসুং সোফাদা ফমহনগনি। তৌইগুম্বসুং পূক্নীংদা অসিগুম্না ওইগনি মদুদি, 'মসি পুংফমসিদা কদায়দগী লাক্লিবা মখোয়সিনা?!'

হৌজিক মসি আর্তধ্যান নত্তে, রৌদ্রধ্যান্নি। মাংদা লৈরিবা মীওইদুগী মথক্তা ভাৱ ফত্তবা থল্লি। আর্তধ্যানগী অর্থদি ইশামক্না ইশাগী অৱাববু ফুগৎপা। মসিদি অতোপ্পশিংদা 'ব্লেম' (মরাল-শিবা) মদুদি, 'মসিগী পুংফমসিদা কদায়দগী লাক্লিবা?!

মদু ওইজরবসু হৌজিক অদোম করি হায়গনি? অদোমগী সংস্কারদি থাদোক্লোইদনা? তপ্না হায়বা ওই মদুদি, 'খজিক্তং...খজিক্তং...খজিক্তং...' অরে তৌইগুম্বসুং করিবু? মতমদুদা হায়বা, 'চা থরা...' মতমদুদা মখোয়না মবুক্লিং

তিংনা ঙাংবা ওই, মখোয়না হায়গনি, 'চন্দুভাই, মসি মতমসিদা চাদু তোক্লো, হৌজিক খিচড়ী-কড়ী (শঙ্গোম অফম্বা অমদি বেসন্দগী সেম্বা মহী থোংবা) থোংবা ওইরগদি য়াম্না ফারে।' হৌজিক য়েংউ অদোমগী লোয়ন্বীগী ফীবম! চাকখুমদা করি থোকপা ওইগনি?

হৌজিক ভগৱানগী আজ্ঞা করিনো? মোক্ষতা চৎকে থন্বদুনা মহাক্না করি তৌবা মথৌ তাবগে? মসি মতমসিদা কদায়দগী লাক্লিবা, অসিগুম্বা ভাৱ লাকপা ওইগনি কনাগুম্বা অমনসু। হৌজিক্তি মসি ফল্লবা কাল অসিগী শাফু অসিগুম্বনি, ৱাতাৱারণ (অকোয়বগী ফীবম) অসিগুম্বনি, হায়বদি মহাক্না অসিগুম্বা ৱাখল লাকপা ওইগনি। কনাগুম্বা ইনাকখুন্বা ওইরগসু, মহাকপুসু লাকপা ওইগনি।

হৌজিক নংনা মনুংদা করিগী অসিগুম্বা য়েকপা—শারিবা? মপান্দা অফবা তৌই অমসুং মনুংদা ওন্না-তৈন্না য়েকপা ওইরি। হায়বদি অদোম মসি ফজনা কৌরিবা মদু মমাং-মপোক্কী মহে ফুগৎলি অমসুং মথংগী মপোক্কী অনৌবা কর্ম পুনশিন্বা ওইরি। মসি মনুংদা 'মসিগী পুংফমসিদা কদায়দগী লাক্লিবা' থন্দুনা ওন্না-তৈনবা কর্ম পুনশিল্লি।

হায়বদি মতমদুদা অদোম ভগৱানদা লাল্লে হায়দুনা হায়য়ু, 'ভগৱান, ঐহাক্না শোয়বা ওইখ্রে। মসি ৱাতাৱারণগী শাফুদগী ঙাংখ্রে তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী অসিগুম্বা অপাম্বা নত্তে। মখোয় অদুম লৈজসনু।' অসিগুম্না হায়দুনা অদোম্না চামথোকউ। মসি অদোমগী পুরুষার্থ কৌগনি।

অসিগুম্নদি থোক্কনি, অসিগুম্নদি অচৌ-অচৌবা সঙয়ম-ওইবশিংনসু থোকপা ওই। মসি কাল অসি অসিগুম্না ময়ামগা মান্নদবনি। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অদোম্না চামথোকপা ওইরগদি অদোম্না অসিগুম্বা মহে ফংগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** চুম্নগী পুং ১গী মনুংদা অতিক্রমণ ৫-২৫ থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু পুনশিল্লগা তৌ, অমুক্তংদসু তৌবা য়াই। মদু প্রতিক্রমণ পুম্নমক অমুক্তংদা তৌরি, হায়য়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু করম্না তৌগনি? করি হায়গদগে?

**দাদাশ্রী :** মসি অতিক্রমণ য়াম্না তৌখ্রে মরমদুনা মসি পুম্নমক্কী পুল্লপ প্রতিক্রমণ তৌরি। দোষ হায়দুনা মদুদি মসি দোষকী পুল্লপ প্রতিক্রমণ তৌরি, হায়রগদি উপায় লাক্লগনি। অমসুং মদু ওইজরবসু লেমহৌবা ওইরগদি মদুবু চামথোকউ। মতুংদা চামথোকউ। তৌইগুম্বসুং মদুগী মথক্তা মতম মাংহনগনু।

মতম মাংহন্বদগীদি পুন্নমক অদু লৈহৌগনি। চমমন্বদা লৈবগী মথৌ তাদে।

## 14. লৌথোকই কষায়গী থাওদগী...

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বদা য়াম্না শাউবা ওইরগদি অমসুং মতুংদা ঙাংদুনা লেপ্পা ওইখ্রে, মতুংদা মসিদা ঙাংথোকখিবা মদুগীদমক হঞ্জিন-হঞ্জিন থম্মোয় চাক্তুনা লৈরগদি মদুদা অমদগী হেন্না প্রতিক্রমণ তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদা ২-৩থম্মোয় শেংনা তৌবা অমসুং মপুংফানা ফজনা তৌবা ওইরগদি মতুংদা লোয়বা ওইগনি। 'হে দাদা ভগৱান! য়াম্না মথা-শাবা লাকখি। য়াম্না থিনা শাউবা ওইখ্রে। মাংদা লৈরিবদুনা কয়াদা নুংঙাইতবা ওইরমগনি! মদুগীদমক লাল্লে হায়রি, অদোমগী সাক্ষীদা য়াম্না থিনা লাল্লে হায়জরি।'

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বগা লোয়ন্না দরকার ওইবদগী হেন্না ঙাংন-শক্লবা থোক্লগদি, মদু ওইরগদি মদুবু পূক্নীং মনুংদা কুইনা-শাংনা চৎথদুনা লৈ। অমসুং কনাগুম্বগা লোয়ন্না করিগুম্বদা অমুক অনীরক ঙাংন-শক্লবা থোক্লগদি, মদু ওইরগদি মদুদা ২-৪রক, হায়বদি হেন্না হঞ্জিন-হঞ্জিন প্রতিক্রমণ তৌগদ্রা নত্রগা অমুক্তং তৌরগদি পুন্নমক্কী মদুদা লাক্লগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ঙল্লিবমখৈ মদুমখৈ তৌ অমসুং অরোইবদা পুল্লপ পুন্না তৌ। প্রতিক্রমণ ময়াম অমা তৌগদবা ওইরগদি মদু ওইরগদি পুল্লপ পুন্না প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি মসি কর্ম পুন্নমক্কী প্রতিক্রমণ ঐঙোন্দগী তোঙান-তোঙান্না তৌবা ঙমদ্রে। মসি পুন্নমক্কী পুন্না প্রতিক্রমণ তৌরি। অদোম দাদা ভগৱান্দা হায়য়ু, মদু য়ৌবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না মাংদা লৈরিবদুনা শাউবা ওইরগদি, মতুংদা খুদক্তা ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌরগদি, মদু ওইজরবসু ঐহাক্কী শাউবগী ইফেক্ট মাংদা লৈরিবা মীওইদুদগীদি খুদক্তা মাংবা ওইদেদনা?

**দাদাশ্রী :** মদু মাংবা ওইবা নত্রগা ওইদবা, মসি অদোম্না য়েংগদবা নত্তে। অদোমদি অদোমগী ফী শুদোক্তুনা শেংনা লৈগদবা। অদোম্না মনুংদা পাম্বা ওইদে মদু ওইজরবসু থোকপা ওইরিদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** অশাউবা থোকপা ওইরি।

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা অদোম্না মদুবু য়েংগনু, অদোম প্রতিক্রমণ তৌ। অদোম্না হায়য়ু মদুদি, 'চন্দুভাই প্রতিক্রমণ তৌ।' মতুংদা মহাক্না ফী হেক মোৎপগা, মদুগুম্না শুদোক্কনি! য়াম্না চয়েৎন্বদা থোং থাংজিনগনু। নত্রগদি

অমুক হন্না শোয়বা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক *নিন্দা* (মীগী ফত্তবা ঙাংবা), মতমদুদা ফনমক মহাক্না জাগ্রুতি লৈত্রগসু, *নিন্দা* তৌবা নত্রগা শাউবা লাকপগা মদুগী মতমদুদা নিন্দা থোকপা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদুবু কষায়(অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা)কৌই। কষায় থোকপা হায়বদি অতোপ্পগী খুত্তা লাক্লে। মদুগী মতমদুদা ফনমক মহাক্না ঙাংলগসু, তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু মহাক্না খঙবা ওইরি মদুদি 'মসি অশোয়বা থোক্লি।' করিগুম্বদা খঙবা ওই অমসুং করিগুম্বদা খজিক্তংফাও খঙবা ওইদে, অসুম্না চৎখিবা ওই। মতুংদা ঙায়হাক লৈরবগী মতুংদা খঙবা ওই, মদুগী অর্থদি মসিনি মদুদি থোকপা পুংফমদুদসু 'খঙবা' ওইরম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্কী ওফিস্তা সেক্রেটরী ৩-৪ লৈ। মখোয়দা হায়রগদি অসিগুম্না তৌগদবনি, অমুক্তং, অনিরক, মরীরক, মঙারক হায়রগসু মদুগুম্না অদুম শোয়দুনা লৈ, মতমদুদা অশাউবা লাকপা ওই, মদু ওইরগদি করি তৌগনি মদুগীদমক?

**দাদাশ্রী :** অদোমদি শুদ্ধাত্মা ওইরে। হৌজিক অদোম্না কদায়দা শাউবা ওইবগে? শাউবদি চন্দুভাইদা লাকই। মদুগী চন্দুভাইদা মতুংদা অদোম্না হায়য়ু, 'হৌজিক্তি দাদাজী থেংনরি, খরা শাউবদি হন্থৌদনা!'

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মদুগী সেক্রেটরীশিংদুদা করিসু ইমপ্রুবমেন্ট ওইদে, মদু ওইরগদি করি তৌগনি মদুগীদমক? সেক্রেটরীদা করিগুম্বা খরা হায়বদি মতৌ তাইদনা, নত্রগদি মখোয়দি হান্নগীগুম্না অদুম, শোয়বা তৌদুনা লৈগনি, মখোয়না থবক ফজনা তৌবা ওইদে।

**দাদাশ্রী :** মদুদি অদোম চন্দুভাইদা হায়য়ু মদুদি 'মখোয়বু খরা চৈয়ু, সমভাৱতগী *নিকাল* তৌদুনা চৈয়ু।' অসুম হেক নাটক মওংগুম্না চৈয়ু মদুদি অসিগুম্না পুন্নমক তৌরগদি নহাক্কী সর্বিস করম্না চৎকনি, অসিগুম্না পুন্নমক হায়য়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদুদা মহাকপু অৱাবা ওইগনি অমসুং অদোম্না হায়রি মদুদি অতোপ্পশিংবু অৱাবা পীগনু।

**দাদাশ্রী :** অৱাবা ওইরোই। মরমদুদি অদোম্না নাটক্কী মওং ওইনা ঙাংলগদি মহাক্না অৱাবা ওইরোই, খালি মহাক্কী পূন্নীংদা জাগ্রুতি লাক্কনি, মহাক্কী ফীরেপ হোংদোকপা ওইগনি। অদোম্না অৱাবা পীবা ওইদে। অৱাবদি করম কান্দা ওইগনি? করিগুম্বা অদোমগী পান্দম অৱাবা পীন্বগী ওইরগদি

মদুদি মহাকপু চুমথোক্কনি, মদু ওইরগদি মহাক্না অৰাবা ফাওবা ওইগনি।

অশাউবদি *জ্ঞাতা-দ্রষ্টা* লৈরগদি অশাউবা শেংদোক্তুনা চৎখিগনি। মখোয় পরমাণূ শেংদুনা চৎখিবা ওইগনি। মদুখক অদোমগী দাইত্যনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শাউরবা মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদু পুরুষার্ট কৌগদ্রা নত্রগা পরাক্রম?

**দাদাশ্রী :** মদু পুরুষার্ট কৌগনি, পরাক্রম কৌরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি পরাক্রম করম্ববু কৌবগে?

**দাদাশ্রী :** পরাক্রমদি মসি পুরুষার্টসিদগীসু মমাংদা চৎপা ওই। অমসুং মসি পরাক্রম নত্তে। মসিদি থুপ্পা ওইবা অমসুং হীদাক তৈরগদি, মদুদা পরাক্রম কদায়দগী লাকই? মসি পুন্নমকপু খঙবা, অমসুং মদুগী খঙলিবদুবু খঙবা, মদুগী মমীং পরাক্রম। অমসুং প্রতিক্রমণ তৌবা, মদু পুরুষার্ট কৌই। অরোইবদা মসি প্রতিক্রমণ তৌ-তৌদুনা ৱাহৈশিংগী চয়েৎন্বা পুম্বা হন্থবা ওইদুনা লৈগনি। পুন্নমক হন্থবা ওইগনি মশা-মতোম্তা। নিয়মগী মতুং ইন্না পুন্নমক হন্থবা ওইগনি। মহৌশাগী মওংদগী পুন্নমক লোইবা ওইগনি। খ্বাইদগী হান্না অহংকার চৎখিগনি, মতুংদা লেমহৌবা পুন্নমক চৎখিগনি। পুন্নমক চৎখিবা ওইগনি মশা–মশাগী য়ুমদা। অমসুং মনুংদা ঈংবা ওই, হৌজিক মনুংদা ঈংইদনা?

প্রতিক্রমণদগী কর্ম পুন্নমক লোইবা ওই। তৌবা-ওইবা লৈতবা, মরমদুনা মপুংফাবা মওংদা লোইবা ওই। তৌবা-ওইবা লৈতবদা মসি মহৈ অদোম্না ফুগৎলি। তৌবা-ওইবা লৈতবদা অদোম্না *ভোক্তা* (অৰাবা-নুংঙাইবা ফুগৎলি) ওইরি, মরমদুনা মসি লোইবা ওইগনি। অমসুং মসি সংসারদা মীয়াম্না তৌবা-ওইদুনা *ভোক্তা* ওই। মরমদুনা করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌবদগী মহাক্কী কর্ম খজিক্তং নোপ্পা ওইগনি, তৌইগুম্বসুং লোইবা ওইরোই। মহৈ পীদনদি তোক্লোই অমসুং অদোমগীদি মদুগী কর্ম পুংলোই লোইবা ওইগনি।

কনাগুম্বগী দোষ য়েংদ্রগদি খঙউ মদুদি *সর্ববির্তী* (গুনাস্থান ৬) থুবম্নি, সংসারদা লৈরগসু! অসিগুম্বা মসি 'অক্রম বিজ্ঞান'গী সর্ববির্তী থুবম তোঙান্বা মখলগীনি। সংসারদা ফমদুনা, কোক্তা থাও তৈদুনা, নকোংদা সেন্ট তৈবা লশিং হাপতুনা চৎলগসু, তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু মহাক্না কনাগুম্বগী দোষ য়েংবা ওইদে।

*বীতদ্বেষ* (য়েংথীন্বা লৈতবা) ওইরবদুদি, মহাক্তি মপোক অমথক

পোক্কদবা হায়না কৌগনি। *বীতদ্বেস*তা কনাগুম্বা মপুংফাদ্রগদি, মখোয়গী মপোক ২–৪ওইগনি।

## 15. ভাৱ অহিংসাগী লম্বীদা...

**ৱাহং-হংলিবা :** মোক্ষতা চৎত্রিঙৈ মমাংদা, কনাগুম্বা জীব অমগা লোয়ন্না হিসাবকী-মরী লৈরগদি করিগুম্বা ঐহাক্না মহাক্কী প্রতীক্রমণ তৌদুনা লৈরগদি ঐহাক্না নাম্থোকপা ঙমগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মদুগীদমক করি ঙাংগদগে?

**দাদাশ্রী :** কনা–কনাগুম্বা জীবনা ঐঙোন্দগী করিগুম্বা অৰাবা ওইখ্রগদি, নখোয় পুন্নমক্না ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** হিংলিবা জীব পুম্বরা?

**দাদাশ্রী :** হিংলিবা জীব পুম্ববু।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদা মতুংদা ৱায়ুকায় (নুংশিৎনা হকচাং ওইবা), তেওকায় (মৈনা হকচাং ওইবা) জীব পুন্নমক লাক্লগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** পুন্নমক হায়রিদনা, মরমদুনা মদুদা পুন্নমক লাক্লগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** খঙদনা কনাগুম্বা জীববু হিংসা তৌবা ওইরগদি করি তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** খঙদনা হিংসা থোক্লগদি তৌইগুম্বসুং খঙবা ওইবগা অদোম্না খুদক্তা *পশ্চতাপ* তৌগদবনি মদুদি অসিগুন্না থোকপা ওইদবা। অমুক হন্না অসিগুন্না থোকপা ওইদম্বা, মদুগীদমক জাগ্রুতি থম্মু, অসিগুন্না ঐখোয়গী পান্দম থমগদবা। ভগৱান্না হায় মদুদি, কনাগুম্ববু হাৎকদবা নত্তে অসিগুম্বা খোংফম হোংদবা ভাৱ থম্মু। কনাগুম্বা জীববু খজিক্তংফাও অৰাবা পীগনু, অসিগুন্না নুংতিগী ৫ রক ভাৱ তৌ। 'পূক্নীং, ৱাঙাং, হকচাংদগী কনাগুম্বা জীববু খজিক্তংফাও অৰাবা ওইদবা' অয়ুক্তা অসিগুন্না ৫ রক হায়দুনা সংসারগী থবক থৌরম হৌ, মদু ওইরগদি দাইত্য হন্থবা ওইগনি। মরমদি ভাৱ তৌন্নবগী অধিকার লৈ, পাংথোকপদি ঐখোয়গী সত্তাদা লৈতে।

**ৱাহং-হংলিবা :** শোয়দুনা থোকখিবা ওইরগসু পাপ চেনগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** শোয়বদগী মৈ-অচাকপদা খুৎ-থমবা ওইরগদি করি থোকনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** চাকপা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** অপীকপা অঙাংদি চাক্লোইদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চাক্কনি।

**দাদাশ্রী :** মদুসু চাক্কনি? হায়বদি করিসু লেমনা থারোই। খঙদনা তৌবা ওইরগসু নত্রগা খঙদুনা তৌরগসু, করিসু লেম্না থারোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বা মহাত্মানা জ্ঞানগী মতুংদা নুংদাংদা কাংনা চীক্লবদি অমসুং মহাক্না নুমিদাংদা হৌগত্তুনা কাং হাৎপা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মদু করি কৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদু ভাৱ শোয়রে হায়গনি। জ্ঞান জাগ্রুতি কৌরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু হিংসা ওইবা ভাৱ কৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** *হিংসক ভাৱ* (জীব হাৎপগী নুংগী ৱাখল) ওইবা থক্তা নত্তনা, তৌইগুম্বসুং হান্না ওইরম্বা মদুগুন্না ওইরে। তৌইগুম্বসুং মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌবদগী চামথোকপা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মথংগী নুমিত্তা অমুক হন্না অসিগুন্না তৌরগদি?

**দাদাশ্রী :** অরে, ১০০রক তৌরগসু প্রতিক্রমণদগী চামথোকপা ওইগনি।

হাৎনবগীদি শুংখন-খনগনু। কনাগুম্বা জীব পামদবা ওইরগদি মপান্দা থাদোক্তুনা লাকউ। তীর্থঙ্কশিংনা 'হাৎপা' ৱাহৈবু লৌথোক্লবগী হায়রম্মী। 'হাৎপা' ৱাহে ঙাংগনু হায়রি। 'হাৎপা' খুদোংথীনিংঙাই ওইবা ৱাহৈনি। অদুক্কী মতীক অহিংসক(হাৎপা তৌদবা)ওইবা, পরমাণু অদুক্কী মতীক অহিংসক ওইবা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ভাৱহিংসা অমসুং দ্রব্যহিংসাগী মহৈ মখল-অমত্তংগী ওইনা লাকপ্রা?

**দাদাশ্রী :** ভাৱহিংসাগী ফোটো অতোপ্পা কনাগুম্বনা উবা ঙমদে অমসুং সিনেমাগুন্না মসি সিনেমা চৎথবা ওইরিদনা, মদুবু ঐখোয়না য়েংই, মদু পুন্নমক দ্রব্যহিংসানি। ভাৱহিংসা সুক্ষ্মদা লৈদুনা লৈ অমসুং দ্রব্যহিংসাদি উবা ওই। প্রত্যক্ষ, পূক্লীং-ৱাঙাং-হকচাংদগী জগত্তা উরিবদু, মদু দ্রব্যহিংসানি। অদোম্না হায়যু মদুদি জীবশিংবু কনগদবনি। মতুংদা হিংহৌবা নত্রগা হিংহৌদবা, মদুগী দাইত্য অদোম ওইদে! অদোম্না হায়বা মদুদি মসি জীবশিংবু কনগদবনি, অদোম্না মসিখক তৌগদনি। মতুংদা হিংসা থোক্লগদি, মদুগী দাইত্য অদোম

নত্তে! হিংসা থোকপা মদুগী পছতাবা, মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ, মতুংদা দাইত্য পুন্নমক চৎথ্রনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমগী লাইরিক্তা পায় মদুদি, 'পূক্লীং, ৱাঙাং, হকচাংদগী কনাগুম্বা জীববু খজিক্তংফাও অৱাবা ওইদবা' তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি লৌউবনি, মরমদুনা হিদাক মনাবু থাবা মতমদা, মতমদুদা ঐহাক্লা পাম্বি খুদিংমক্কী ময়োন, হায়বদি মহাক্কী মতোন অদু থদৎকদবা ওই। মদু ওইরগদি মসিনা মহাকপু অৱাবদি ওইদনা? মদুগী পাপতি চেনগনিদনা? মসিগুম্না পাম্বী লাক্ষ কয়াগী মতোন অদু থদৎপা ওই। মদু ওইরগদি মসি পাপ অসিবু মুথৎন্বা করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** মদুদি মনুংদা পূক্লীংদা অসিগুম্না ওইগদবনি মদুদি অসিগুম্বা বিজিনেস ঐহাক্কী লৈবক্তা কদায়দগী লাক্লি? বস মসিখক। পাম্বীগী ময়োন লৌথোকউ তৌইগুম্বসুং পূক্লীংদা *পশ্চতাপ* তৌগদবনি মদুদি 'অসিগুম্বা বিজিনেস ঐহাক্কী শরক্তা কদায়দগী লাক্লি। অসিগুম্না তৌরোইদবনি', অসিগুম্না পূক্লীংদা থনগদবনি, বস।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং মসি পাপনিদনা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি ওইবা ওই। মদু অদোম্না য়েংগদবা নত্তে। থোক্লিবদু, মদুগী পাপতুবু য়েংগদবা নত্তে। 'মসি তৌরোইদবনি', অসিগুম্না অদোম লেপ্পু, নিশ্চয় (লেংদনা লেপ্পা) তৌগদবনি। মসিগী বিজিনেস করিগী ফংলি? অতোপ্পা অফবা থবক ফংবা ওইরগদি অদোম্না অসিগুম্না তৌরপ্লোই। হান্নদি পশ্চতাপ তৌবা ওইদে। মসি খঙদ্রিফাও, মতমদুফাও পশ্চতাপ তৌরমদে। হরাওদুনা পাম্বিদুবু ফুক্তৎতুনা লংথোকই। অদোম্না জ্ঞানতাব্রা? ঐহাক্লা হায়বগী মতুং ইন্না তৌ। অদোমগী দাইত্য পুন্নমক ঐহাক্কী। পাম্বী ফুক্তুনা লঙথোকউ, মদুদা অকায়বা ওইদে, *পশ্চতাপ* ফাওবা ওইগদবনি মদুদি মসি ঐহাক্কী শরক্তা কদায়দগী লাকই।

লৌউ-শিংউবদা তীল-কাং শিবা ওই, মদুগী দোষতি লৈগনিদনা। মরমদুনা লৌউ-শিংউবা ওইবশিংবু নুংতিগী মিনিট ৫-১০ ভগৱানদা প্রর্থনা তৌগদবনি মদুদি 'মসি দোষ থোক্লিবা মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি।' লৌ উরিবশিংদুদা হায় মদুদি নংনা মসি বিজিনেস তৌরি মদুদা জীব শিবা ওইরি, মদুগীদমক মসিগুম্না প্রতিক্রমন তৌ। নহাক্লা অরান্বা তৌরিবদু মদুদা ঐহাক্লা কায়বা লৈত্তে তৌইগুম্বসুং মদুগীদমক নংনা মসিগুম্না প্রতিক্রমণ তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না মদুগী ৱাহৈ হায়দনা মদুদি 'কনাগুম্বা জীববু

পূন্নীং, ৰাঙাং, হকচাংদগী অৰাবা ওইদবা।' অয়ুক্তা মসিথক ঙাংলগদি য়াগদ্রা নত্রগা য়ারোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মদু ৫ রক হায়বা, তৌইগুম্বসুং মদু অসিগুম্না ঙাংগদবনি মদুদি পৈশা থীবা মতমদা ওইবা ফীবমগুম্না, মদুগুম্না ঙাংগদবনি। পৈশা থীবা মতমদা ওইবা চীওকুম্না, অন্ত:করণ ওইবদুগুম্না, মদুগুম্না ঙাংবা মতমদা থমগদবনি।

## 16. অৰাবা ওই য়েংথীন্বগী লমন-খুম্বা...

**ৰাহং-হংলিবা :** ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি মতুংদা করিগুম্বা মতমদা মাংদা লৈরিবদুগী মনাক্তা শিংদোক্লবগীদমক চৎপা মথৌ তাব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদুবু শিংদোক্কদবা নত্তে। অদোম পুনশিন্বদা লৈগনি। মাংদা লৈরিবদুগা ঐখোয়গা করিসু হিসাব-মরি লৈনদে।

**ৰাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং ঐহাক্না শিংদোকপা মথৌ তাইনা?

**দাদাশ্রী :** হায়বদি অদোম পুনশিন্বদা লৈরি, মরমদুনা অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। প্রতিক্রমণদগী মাংবা ওইগনি। মরমদুনা অদোমবু খুৎলাই পীরিদনা, প্রতিক্রমণ!

**ৰাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌবা অমসুং য়েকন্বা থাদোক্লগদি তৌইগুম্বসুং মাংদা লৈরিবদুনা য়েকন্বা থমলগদি?

**দাদাশ্রী :** ভগৱান মহাবীরদা মীওই কয়ানা *ৰাগ(চান্নবা)* ওইরম্মী অমসুং য়েংথীন্বা থমলম্মী, মদুদা মহাবীরবু করি? বীতরাগপু করিসু শোকপা ওইদে। বীতরাগ হায়বদি হকচাংদা থাও-তৈদনা মপান্দা কোয়বা অমসুং অতোপ্পা পুম্নমক থাও তৈদুনা চৎলি। থাও তৈবশিংদুদা উফুল নপ্পা ওই।

**ৰাহং-হংলিবা :** মীওই অনীগী মরক্তা লমন-খুম্নবা লেপ্লদু, চান্নবা-য়েংথীন্বা থোকপা ওই, হৌজিক মদুদা ঐ ইশামক্না প্রতিক্রমণ তৌরগদি নান্থোক্কনি, তৌইগুম্বসুং অনীসুবা মীওইনা করিগুম্বা য়েক্নবা থাদোক্তুগদি, মদু ওইরগদি অমুক হন্না মহাক্না মথংগী মপোক্তা লাক্কুনা মদুগী চান্নবা-য়েংথীন্বগী হিসাব লোইশিনগদ্রা? মরমদি মহাক্নদি মহাক্কী য়েকন্বা চৎথদুনা থম্লিদনা?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণদগী মহাক্কী য়েংথীন্বদু হন্থবা ওই। অমুক্তং তৌবদা তীলহৌগী মরোল অমা চৎখিগনি, অনীসুবা মরোল, মহাক্কী মরোল লৈরিবদুখৈ, মদুখৈ চৎখিগনি। জ্ঞান তারব্রা অদোম্না?

**ৰাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌই, মদুগী মতমদুদা অতিক্রমণ

থোকপা ওইরগদি মতমদুদা করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** মতুংদা ঙায়হাক লৈরগা তৌ। অদোম্না মথৎপা চৎপা মতমদুদা মতুংদা বোম্বুলা পোথায়রগদি অদোম অমুক হন্না চৎলু। অমুক হন্না ঙায়হাক লৈরগা মুথৎলু। মসি বোম্বুলদি পোয়থায়দুনা লৈগনি। মদুবু সংসার কৌই।

মহাক্না করিগুম্বা ওন্না–তৈন্বা তৌরগদি, ইকায়বা–পীরগসু মদু ওইরগসু ঐহাক্না ঙাকশেল্লি। ইবুংঙো অমনা ঐহাক্কী ওপোস তৌরম্মী। ঐহাক্না পুন্নমক্তা হায়রম্মী, ময়েক অমফাও ওন্না–তৈন্না থনগনু। অমসুং ওন্নবা ৱাখল লাক্লগদি প্রতিক্রমণ তৌ। মখোয় অফবা মীওইনি তৌইগুম্বসুং মখোয় কনাগী মথা–পোন্বগে? কষায়গী মথা–পোল্লি। মখোয় আত্মাগী মথা–পোনদে। আত্মাগী মথা–পোন্না লৈরগদি মহাক্না মসিগুম্না মাংদা ঙাংলোই। হায়বদি কষায়গী মনুংচন্বা ওইখ্রবা মীওইবনা করিগুম্বা মখলগী পাপ তৌরগদি মদু ঙাকপীবগী মতীক চাই। মহাক মশামক্কী মথা–পোন্না ওইদে তোল্লবনা! মহাক্না কষায় তৌবা মদুগী মতমদুদা অদোম্না থৌরিদু কোমহনগদবনি। নত্রগদি মদুগী মতমদা পুন্নমক ওন্না তৌগনি। কষায় মথা–পোন্বা হায়বদি উদয়কর্মগী মথা–পোন্বা। ওইরিবা উদয়দুগুম্না, মদুগুম্না উংগনি।

## 17. মাংহন্বা, মপুংওইবা হৌরকফম ওপীনীয়নগীদমক

মাংদা লৈরিবদুনা করিগুম্বা, অফবা ভাৱদগী নত্রগা ফত্তবা ভাৱদগী অদোমগী নাক্তা লাকপা ওইবা, তৌইগুম্বসুং মহাক্না লোয়ন্না করম্বা ব্যাবহার তৌগদগে মদু অদোম্না য়েংগদবনি। মাংদা লৈরিবদুগী প্রক্রুতিগী শাজৎ–লিচৎ খোয়বা ওইরগদি মদুগী খোয়বা ওইবা প্রক্রুতিগা লোয়ন্না মরৈ য়েৎনরোইদবনি। প্রক্রুতিদগী করিগুম্বা মহাক হুরান্বা ওইরগদি, অদোম্না চহী ১০দগী মহাক্কী হুরান্বা য়েংদুনা লৈরি অমসুং মহাক্না লাক্তুনা অদোমগী খোংশোকপা ওইরগদি মদু ওইরগদি অদোম্না মঙোন্দা থাজবা থমগদ্রা? নত্তে, হুরান্বা তৌরিবদুবু অদোম ঙাকপীয়ু মদুদি নং চৎলো, নহাকপু থাদোক্লি, ঐহাক্কী পূক্নীংদা নংগীদমক করিসু লৈতে, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা থাজবা থম্বা য়াদে অমসুং মহাক্না সঙ্গসু থম্বা য়াদে। মসিগী মথক্তা সঙ্গ থম্বা অমসুং মতুংদা থাজবা থমদ্রগদি মদু ওইরগদি মদুসু পাপনি। তশেংবদা সঙ্গ থমগনু অমসুং থল্লগদি মহাক্কীদমক পূর্বগ্রহ (প্রিজুদিস) থল্লোইদবনি। থোক্কদবদু মদু অচুম্বনি অসিগুম্না থমগদবনি।

**ৱাহং–হংলিবা :** মদু ওইজরবসু ওন্নবা ওপীনীয়ন থোকপা ওইরগদি করি তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** থোকপা ওইরগদি লাল্লে হায়জৌ। কনাগুম্বগীদমক ওন্নবা ওপীনীয়ন শেমখ্রগদি, মঙোন্দা লাল্লে হায়জৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অফবা ওপীনিয়ন পীগদ্রা নত্রগা পীরোইদ্রা?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা ওপীনিয়ন অমত্তা পীগনু। অমসুং করিগুম্বা পীখ্রবা ওইরগদি মদুবু মুথৎলু। মুথৎন্বগী পাম্বে লৈ অদোমগী মনাক্তা। অলোচনা-প্রতিক্রমণ—প্রত্যাখ্যানগী 'শুংশোয়-শোয়দবা থুৎলায়'।

**ৱাহং-হংলিবা :** মরু তাখ্রবা ওপীনিয়ন করম্না মুথৎকনি?

**দাদাশ্রী :** লেপ্পা মতমদুদগী মদুদি মুথৎকনি, মতমদুদগী মথোয় মুথৎপা হৌবা ওইরগনি। য়াম্না মরু তাবা ওইরগদি মদুবু নুংতিগী পুং ২-২ তৌদুনা লৈরগদি মথোয় মুৎপা ওইগনি। আত্মা ফংলবা মতুংদা পুরুষার্থ ধর্ম ফংলে হায়গনি অমসুং পুরুষার্থ ধর্ম পরাক্রম ফাওবা য়ৌবা ঙম্মী, করিগুম্বা *অটকণ* (ফাজিন্বা ওইবা, মমাংদা কাথৎহন্দবা) অমবু ওইজরবসু ফুক্তোক্তুনা লংথোকপা ঙম্বা। তৌইগুম্বসুং অমুক্তংদি থঙদোক্কদবনি মদুদি মসিগী মরমদগী মসিবু থোকপা ওইরি, মতুংদা মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌ।

ওপীনিয়ন শেমদনবা, মদুথক য়েংগদবনি। খ্বাইদগী হেন্না শেন্নগদবনি ওপীনিয়নগীদমক। অতোপ্পা করিসু প্রোব্লেম ওইদে। কনাগুম্ববু উদ্রিঙৈ মমাংদা হান্না ওপীনিয়ন শেম্মী, মসি সংসার জাগ্রুতি অদুক্কী মতীক ওইবা ওই মদুদি ওপীনিয়ন শেম্বা ওই। হায়বদি ওপীনিয়ন শেম্বগা মদুবু মুৎথৎলু। ওপীনিয়নগী মতাংদা য়াম্না চেকশিন্না লৈবগী মথৌ তাই। হায়বদি ওপীনিয়ন শোয়দনা-শেমগনি, তৌইগুম্বসুং খুদক্তা অদোম্না মুথৎকদবনি। প্রক্রুতি ওপীনিয়ন শেমদুনা লৈগনি, অমসুং প্রজ্ঞাশক্তি ওপীনিয়নদগী নাম্থোকহন্দুনা লৈগনি। প্রক্রুতি ওপীনিয়ন শেমদুনা লৈগনি, মতম খরাফাও শেমদুনা লৈগনি তৌইগুম্বসুং অদোম্না মদুবু মুথৎতুনা লৈয়ু। ওপীনিয়ন শেমখীবগী মদুগীনি মসি পুম্বা জামেলা।

**ৱাহং-হংলিবা :** ওপীনিয়ন শেম্বা ওইরগদি মদু করম্না মুথৎকনি?

**দাদাশ্রী :** ওপীনিয়ন মুথৎন্বগী অদোম্না করি তৌগদগে মদুদি, 'মসি মীওইগীদমক ঐহাক্না অসিগুম্বা ওপীনিয়ন শেমখ্রে, মসি অরান্বনি, ঐহাক্না অসিগুম্না করম্না শেম্বা য়াবগে?' অসিগুম্না হায়বদা ওপীনিয়ন মুৎকনি। অদোম্না ফোংদোকউ মদুদি 'মসি ওপীনিয়ন লান্বনি।' মসি মীওইসিগীদমক অসিগুম্বা ওপীনিয়ন থমববু ফব্রা? মসি অদোম্না করম্না তৌরিবনো? অসিগুম্না মদুগী ওপীনিয়নবু লাল্লে হায়রগদি, মদু ওইরগদি মদু মুৎলগনি।

প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি অদোমগী ওপীনিয়ন মতমচুপ্পগী শেমদুনা লৈগনি,

মদুদগী অদোম ফাজিন্বদা লৈ। দোষ থোক্লিবদুদা মদুদা অদোমগী ওপীনিয়ন লৈরি। মসি প্রতিক্রমণ তৌরগদি অদোমগী ওপীনিয়ন মাংলগনি। ওপীনিয়নশিংদগী পূক্নীং শেম্বা ওই। য়েংউ, ঐহাক্না কনাগুম্বা মীওইগীদমক করিগুম্বা ওপীনিয়ন লৈতে, মরমদি অমুক্তং উরবা মতুংদা ওপীনিয়ন হোংবা ওইদে। কনাগুম্বা মীওইনা সনয়োগ মথা-পোন্না হুরাল্লগদি, অমসুং ঐহাক ইশামক্না উরগসু ঐহাক্না মহাকপু হুরান্বনি হায়রোই, মরমদি সনয়োগকী মথা-পোন্বনি। জগতকী মীয়াম্না করি হায়বগে হায়বদা ফারিবা অদুবু হুরান্বা হায়না কৌই। সনয়োগ মথা-পোন্বরা নত্রগা হান্নদগী হুরান্বরা, মীয়াম্না অসিগুম্বা করিসু নচুংবীদে। ঐহাক্তি, হান্নদগী হুরান্বা, মদুবু হুরান্বা কৌই। অমসুং সনয়োগ মথা-পোল্লিবদুবু হুরান্বা কৌদে। হায়বদি ঐহাক্তি, করিগুম্বা ওপীনিয়ন অমা শেল্লগদি, মতুংদা ওপীনিয়ন হোংদে। কনাগুম্বা মীওইগীদমক ঐহাক্না ঙসি ফাও ওপীনিয়ন হোংবা ওইদে।

অদোম শুদ্ধ (শেংবা) ওইরে অমসুং চন্দুভাইবু শুদ্ধ তৌউ, মসি অদোমগী থৌদাংনি। মসি *পুদগল* করি হায়বগে হায়বদা ইবুংঙো, ঐহাক শেংবা ওইরম্মী। অদোম্না ভাৱ তৌদুনা ঐহাকপু শোয়হল্লি অমসুং মসিগী ফিবমফাও ঐহাকপু শোয়হল্লি। নত্রগদি ঐঙোন্দা ঈ, নাই, শরু করিসু লৈরমদে। ঐ শেংবা ওইরম্মী, অদোম্না ঐহাকপু শোয়হল্লি। মরমদুনা অদোমবু করিগুম্বা মোক্ষতা চৎকে হায়রগদি অদোম থক শেংলগদি মদুনা চৎপা য়ারোই। ঐহাকপু শেংদোক্লবা কান্দা অদোম নান্থোক্কনি।

## 18. বিষয়দগী নান্থোক্লগদি, মহাক নিংথৌশিংগী নিংথৌরেল

**ৱাহং-হংলিবা :** অমুক্তং বিষয় (সেক্স)গী মরু তাখ্রবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মদু মপানথোংদা শুংশোয়-শোয়দনা লাক্কনিদনা?

**দাদাশ্রী :** মরু তাখিবা ওই। মদু মপানথোংদা ফোংদোক্কনি তৌইগুম্বসুং মহাক্কী মরুদু মরা তাদ্রিফাও, মতমদুফাও হেঙ্গৎপা-হন্থবা ওইবা য়াই। হায়বদি শিদ্রিবগী মমাংদা মদু শেংবা য়াই।

মরমদুনা ঐহাক্না বিষয়গী দোষ তৌবশিংবু হায়রি মদুদি বিষয় দোষ থোক্লগদি, অতোপ্পা দোষ থোকপা ওইরগদি, মদু ওইরগদি নহাক নোংমাইজিং নুমিত্তা চারা হেন্বা তৌ অমসুং নুমিৎ চুপ্পা মসি খন্দুনা-ৱাখল তৌদুনা মদুবু হক্সিন-হক্সিন শুদোক্তুনা লৈয়ু। অসিগুম্না আজ্ঞাগা লোয়নন্না তৌরগদি থবক লোইশিল্লগনি।

হৌজিক মিৎ থক্তবু চেকশিল্লু। হান্নদি য়াম্না কন্বা মীয়াম লৈরম্মী,

মিৎ-থুগায়বা ওইবা ওই। অদোম্না মিৎ থুগায়গদবা নত্তে। মদুদি অপংবনি। অদোম্না মিৎফম হোংদোক্কদবনি। মসিগী মথক্তা য়েংলগদি প্রতিক্রমণ তৌ। মিনিট ১গী ফাও প্রতিক্রমণ নাল্হোকহনগনু। চাবা-থকপদা ওন্নরগদি চৎকনি। সংসারগী খ্বাইদগী অচৌবা লায়নাদি মসিনি। মসিগী মরমদগী সংসার লেপতুনা লৈরি। মসিগী মরাশিংদা সংসার লেপলি। মসি মহাক্কী মরুনি।

হক্কী চারগদি মীওইবদা লাক্কনি, *অণহক্ক* (হক্কী নত্তবা)চারগদি শা-ঙাদা চৎকনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না *অণহক্ক* কীদি চাবা ওইখি।

**দাদাশ্রী :** চাবা ওইরগদি হৌজিক প্রতিক্রমণ তৌ, হৌজিকসু ভগৱান্না কনগনি। হৌজিকসু লাইশঙদা চৎতুনা *পশ্চাতাপ* (পেনজদবা ফাওবা) তৌ। *অণহক্ক*কী চাবা ওইরগদি হৌজিক *পশ্চাতাপ* তৌ, হৌজিক হিংলি। মসি হকচাংদা লৈরি মতমদুফাও *পশ্চাতাপ* তৌ।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমদি কীবা ফাওরি, হৌজিক অদোম্না হায়রি মদুদি ৭০% মীয়াম অমুক-হন্না মথোং মরীদা চৎকদৌবা ওইরি মদু ওইরগদি হৌজিকসু ঐহাক্কী নাক্তা আসা লৈরিব্রা নত্রগা লৈতব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, নত্তে। আসা লৈত্রে, মরমদুনা হৌজিক চেকশিল্লু থরা...

**ৱাহং-হংলিবা :** মহাত্মাশিংগী ৱাফমরা।

**দাদাশ্রী :** মহাত্মা, করিগুম্বা ঐহাক্কী আজ্ঞাদা লৈরগদি মহাক্কী কনাগুম্বনা মমীং পীবা ওইরোই মসি মালেমসিদা।

মরমদুনা মীয়ামদা করি হায়বগে মদুদি হৌজিকসু চেকশিন্বা য়ারগদি চেকশিল্লু। হৌজিকসু ঙাকপীয়ু হায়জরগদি ঙাকপীয়ু হায়জন্বগী লম্বী লৈরি।

কনাগুম্বা মরি-মতাবু ঐহাক্না য়াম্না শাংনা চিঠী ইবা ওইবা, অমসুং মনুংদা ঐহাক্না অদুক্কী মতীক তাথীবা-ৱাঙাং ইবা ওইবা, চিঠী পুম্বা তাথীবা ৱাঙাং থক্না পীক-থন্বা ওইবা, অমসুং মতুংদা মখাদা ইবা মদুদি ঙসি ৱাইফকা লোয়ন্না থৎন্বা ওইখি, মরমদুনা অদোমবু অসিগুম্না ইখ্রে তৌইগুম্বসুং ঐহাকপু ঙাকপীয়ু। মদু ওইরগদি তাথীবা ৱাঙাংদু মুৎলগনি নত্রগা মুৎলোইদ্রা? হায়বদি পারিবনা তাথীবা ৱাঙাং পুম্নমক পাগনি, মশামক তাথীবা ৱাহৈশিংদু লৌবসু লৌগনি অমসুং মতুংদা ঙাকপীবসু ঙাকপীগনি! হায়বদি অসিগুম্বা মসি সংসারনি। মরমদুনা ঐহাক্না হায়রিদনা মদুদি ঙাকপীয়ু হায়জৌ, অদোমগী

লাৎচরিবা ঈশ্বরদা ঙাকপীয়ু হায়য়ু। অমসুং নল্ল্রগা ঐঙোন্দা হায়য়ু। ঐহাক্না অদোমবু ঙাকপীহনগনি। তৌইগুম্বসুং য়াম্না ফত্তবা মতম লাক্লি অমসুং মদুদা চন্দুভাইসু মশাগী তৌনীংবা তৌই। মদুদি অর্থ থোক্তেদনা! দাইত্যনা পীকথন্বা পুন্সি! মরমদুনা ৭০%দি ঐহাক্না কীনা–কীনা হায়রি। হৌজিকসু চেকশিনগে হায়রগদি চাকশিনহৌরো। অদোমবু মসি অরোইবা থাজাবা পীবা ওইরি। শাথীবা অৱাবা! হৌজিক ফাওবসু প্রতিক্রমণ মওং ওইবা খুৎলাই পীবা ওইরি। প্রতিক্রমণ তৌরগদি হৌজিকসু নান্থোক্লবগী করিগুম্বা আসা লৈ অমসুং ঐহাক্কী আজ্ঞাদগী তৌরগদি অদোমগী খুদক্তদা য়াইফবা ওইরগনি। পাপ ফুগৎকদবা ওইগনি তৌইগুম্বসুং য়াম্না ওইবা ওইরোই।

মীওই লিশীং কয়াগী মমাংদা কনাগুম্বনা হায়বা মদুদি, 'চন্দুভাইদা মকোক লৈতে।' মতমদুদা অদোম্না য়াইফা মঙ্গোল পীন্বগী পূক্নীংদা ফাওবা মদুদি 'ওহোহো! ঐহাক্না খঙই মদুদি চন্দুভাইদা মকোক লৈতে তৌইগুম্বসুং মসিদি মহাক্নসু খঙবা ওইরি', মতমদুদা তোঙান-তাবা ওইবা লৈগনি!

মসি চন্দুভাইবু ঐহাক্না নুংতিগী কৌরি মদুদি 'চংবীরকউ চন্দুভাই, চংবীরকউ!' অমসুং মতুংদা নোংমা কাউবা ওইদে, মদুগী মরম করিনো? মহাকপু ৱাখল লাক্কনি মদুদি ঙসি ঐবু মমাংদা ফমন্বা কৌরক্তে। ঐহাক্না মহাকপু কাখৎহল্লি, কুমথহল্লি, কাখৎহল্লি অমসুং কুমথহল্লি, মতৌ অসিগুম্না তৌ–তৌদুনা মহাক্না জ্ঞান ফংবা ওই। ঐহাক্কী থৌরম খুদিংমক জ্ঞান ফংনবগীনি। মীওই খুদিংগা লোয়ন্না তোঙান–তোঙান লৈবা ওই, মহাক্কী প্রক্রুতি নান্থোকপা ওইগদবনিদনা! প্রক্রুতিদি লোইশিন্বা ওইগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অচুম্বা ৱাফম্নি, প্রক্রুতি লোইশিনদনদি নান্থোকপা ঙমদে।

**দাদাশ্রী :** হোয়। ঐহাক্কীদি মহৌশানা লোইশিনহনখি, ঐহাক্কীদি জ্ঞানদগী লোইশিনখি। অমসুং অদোমগীদি ঐহাক্না লোইশিনহন্বীবা কান্দা, *নিমিত্ত*নিদনা!

## 19. চিন্থীবগী হৈন্বীবু

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না করিগুম্বা চীন্থীবা ঙাংলগদি মদুসু কর্ম পুনশিল্লে হায়গনিদনা?

**দাদাশ্রী :** শুংশোয়-শোয়দনা! তৌইগুম্বসুং চীন্থীবা ঙাংবা, মদু নত্তবদা চীন্থীবা ঙাংন্বগী ভাৱ তৌরগদি, মদু অচাউবা কর্ম কৌগনি। চীন্থীবদুদি কর্মগী মহৈনি। চীন্থীনবগী ভাৱ থক্তনা, চীন্থীবা ঙাংন্বগী ঐথোয়গী পানদম,

মদু কর্ম পুনশিন্বা ওই। অদোম্না জ্ঞান তারব্রা? মসি ৱাহৈ অদোমগী করিগুম্বা হেল্ল তৌগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** চীন্থীবা-ঙাংবদগী লেপকদবনি।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, চীন্থীবা-ঙাংন্বগী ওপীনিয়নবু থাদোক্কদবনি। অমসুং চীন্থীবা ঙাংলগদি পশ্চাতাপ তৌহনগদবনি মদুদি 'করিবু তৌগনি?! অসিগুম্বা চীন্থীবা ঙাংলোইদবনি।' তৌইগুম্বসুং চীন্থীবা ঙাংবা লেপলোই, তৌইগুম্বসুং মদুগী ওপীনিয়ন লেপ্পা ওইগনি। 'হৌজিক ঙসিদগী চীন্থীবা ঙাংলোই, চীন্থীবা ঙাংবা মদু মহা পাপনি, থ্বাইদগী ৱানীংঙাইনি, অমসুং চীন্থীবা ঙাংবা মদুদি কর্ম পুনশিন্বনি।' অসিগুম্বা ওপীনিয়ন করিগুম্বা অদোমগী ওইরগদি অদোমগী চীন্থীবা ঙাংবগা মরী লৈন্বা পাপ পুন্নমক লেপ্পা ওইরগনি।

রিলেটিব ধর্ম করম্না ওইগদগে? মদুদি চীন্থীবা ঙাংথ্রগদি ঙাংউ, তৌইগুম্বসুং মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ।

## 20. জাগ্রুতি, ৱা-ঙাংথোক্লকপা মতমদা...

পূন্নীংগী অদুক্কী মতীক অৱাবা ওইদে, ৱাঙাংগী অৱাবা ওই। মরমদি পূন্নীংদি তুমিন্না চৎলি, তৌইগুম্বসুং ৱাঙাংদি মাংদা লৈরিবদুগী থম্মোয়দা থীন্বা ওই। মরমদুনা মসি ৱাঙাংদগী কনা-কনাগুম্বা মীওইশিংবু অৱাবা ওইরগদি মদু পুন্বমক্কী ঙাকপীয়ু হায়জরি, মসিগুম্না প্রতিক্রমণ তৌবা য়াই।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণদগী ৱাহৈগী দোষ পুন্নমক ঙাকপীগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** দোষশিংগী শওং–সদাদি লৈগনি, তৌইগুম্বসুং চাকথ্রবা থৌরিগুম্না লৈগনি। হায়বদি মথংগী মপোক্তা অসিগুম্না তৌবগা মদুদি পুন্নমক উৎ-ওনগনি, প্রতিক্রমণদগী। মদুদগী মরেক-মহাও পুন্নমক মাংথ্রগনি।

তৌবা ওইবগী সপোর্ট লৈরগদি কর্ম পুনশিনগনি। হৌজিক অদোম তৌবা ওইদ্রে, হৌজিক মমাংগী কর্ম লৈরম্বশিংদু, মদু মহৈ পীদুনা চৎথিগনি। অনৌবা কর্ম শেল্লোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মীওইবনা শাউদুনা ঙাংবা মদু অতিক্রমণ ওইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** অতিক্রমণ থকপু কৌগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্ববু অৱাবা ওইগদবা ৱাঙাং ঙাংথোকথ্রদি অমসুং মদুগী প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি করি থোক্কনি?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বা ৱাহৈ ঙাংথোকথ্রবা, মতমদুদা মদুদগীদি মাংদা লৈরিবদুবু থম্মোয় সোক্কপা ফাওগনি, মসিদগী মহাকপু অৱাবা ওইগনি। মাংদা

লৈরিবদুবু অৱাবা ওইবা মদুবু অদোম্না করম্না পামবা ওইগনি?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদগী ফাজিন-পুনশিন্বা ওইগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** মসি নিয়মগী ময়োক্তা কৌগনিদনা? নিয়মগী ময়োক্তনিদনা? নিয়মগী ময়োক্তদি ওইরোইদবনিদনা? ঐহাক্কী আজ্ঞাগী য়াথং ইল্লু, মদু ধর্ম কৌগনি। অমসুং প্রতিক্রমণ তৌবদা অমাংবা করিনো অদোমদা? ঙাকপীয়ু হায়বা অমসুং অমুক-হন্না তৌররোই, অসিগুম্বা ভাৱসু থমগদবনি। য়ারে মসিখক। তেন্তক্না তৌগদবনি। মদুদা ভগৱান্না করি তৌগনি? মদুদা নিয়ায় (অচুম-অরান) কদায়দা য়েংগদৌবা ওইবগে? করিগুম্বা ব্যাবহারবু ব্যাবহার খঙলগদি, মদু ওইরগদি নিয়ায় খঙবা ওইরে! য়ুমথংন্বনা ওন্ননা করিগী ঙাংদুনা চৎখিবা? মরমদি অদোমগী ব্যাবহার অসিগুম্বনি মরমদুনা। অমসুং অদোমদগী ওন্নবা ৱাঙাং থোকখ্রগদি মদু ওইরগদি মদু মাংদা লৈরিবদুগী ব্যাবহারগী মথা-পোল্লি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি মোক্ষ পাম্মী, মরমদুনা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মাংদা লৈরিবদুনা ওন্ননা ঙাংলগদি মতমদুদা অদোমগী জ্ঞানদগী সমাধান লৈবা ওই, তৌইগুম্বসুং মরু ওইবা ৱাহংদি মসিনি মদুদি, ঐঙোন্দগী অখাবা থোক্লকপা ওই, মদুগী মতমদা ঐহাক 'ৱাঙাং *পর* অমসুং *পরাধীন*' মসি ৱাহৈ অসিগী মতেং লৌরগদি ঐহাক্না ওন্নবা লাইসেন্স ফংবা ওইগনি।

**দাদাশ্রী :** মসিগী ৱাহৈ-পরেংগী মতেং লৌবা য়াদে। মদুগী মতমদদি অদোমবু প্রতিক্রমণগী মতেং পীরি। মাংদা লৈরিবদুবু অৱাবা ওইবা অসিগুম্না ঙাংখ্রবা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌ।

অমসুং করিগুম্বা মাংদা লৈরিবদুনা করিগুম্বা অমা ঙাংনীংবদু ঙাংলগসু, মতমদুদা ৱাহৈ *পর* (পুদগলগী; অনাত্মা)নি অমসুং *পরাধীন* (ব্যাবস্থিত সত্তাগী মথা-পোন্ব)নি, মদুবু এক্সেপ্ট তৌরগদি, মদু ওইরগদি অদোম্না মাংদা লৈরিবদুগী অৱাবা লৈত্রেদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** পরমার্থ (অতোপ্পগী য়াইফন্বগীদমক) চীন্থীবা ঙাংলগদি মদু ওইরগদি মদুগী দোষ ওইগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** পরমার্থ হায়বদি আত্মাগীদমক করিগুম্বা অমবু তৌবা ওইবা, মদুগী দোষ ওইবা ওইদে অমসুং হকচাংগীদমক করিগুম্বা অমবু তৌবা ওইবা, লান্বা-তৌরগদি দোষ ওইগনি অমসুং অফবা তৌরগদি গুণ ওইগনি। আত্মাগীদমক করিগুম্বা অমা তৌবদুদা মদুদা ৱানীংঙাই লৈতে। হোয়,

আত্মাগীদমক, মদুগা মরি লৈন্বা থবক থৌরম পুন্নমক অদু, মদুদা করিগুম্বা দোষ লৈতে। মাংদা লৈরিবদুবু অদোমগী নিমিত্তগী অৱাবা য়াউরগদি মদু ওইরগদি দোষ ওইবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণগী ইফেক্ট ফাওদবগী করি মরম্লো? ঐহাক্না ভাৱ মপুংফাদনা তৌথিবা নত্রগা মাংদা লৈরিবদুগী মীওইদুগী আবরণ( অজ্ঞান মরোল) রা?

**দাদাশ্রী :** অদোম্না মাংদা লৈরিবা মীওইদুগী য়েংগদবা নত্তে। মহাক্তি করিগুম্বা অঙাওবসু ওইবা য়াই। অদোমগী নিমিত্তগী মহাকপু অৱাবা ওইরোইদবনি, বস!

**ৱাহং-হংলিবা :** হায়বদি করিগুম্বা মওং অমদগী মহাকপু অৱাবা ওইরগদি ঐখোয়না মদুগী সমাধান তৌন্বগী হোৎন্বা তৌগদবনি।

**দাদাশ্রী :** মহাকপু অৱাবা ওইরগদি সমাধানদি শুংশোয়-শোয়দনা তৌগদবনি। মদু ঐখোয়গী রিস্পোন্সিবিলিটিনি। হোয়, অৱাবা ওইদন্বা মদুগীদমক্তি ঐখোয়গী লাইফনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং লৌবিয়ু মদুদি অসিগুম্না তৌবদসু মাংদা লৈরিবদুবু সমাধান ওইবা ওইদ্রগদি, মদু ওইরগদি মতুংদা ইশাগী দাইত্য কয়াম্না ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা তৌবা য়ারগদি ইশামক চৎতুনা মঙোন্দা লানখ্রে ঙাকপীয়ু হায়বদু উৎলু। মদু ওইজরবসু অসিগুম্না লাল্লে হায়জবদা করিগুম্বা মদু মথক্তা কোক্তা য়ৈরগদি খঙউ মদুদি মসি অনেম্বা জাৎতগীনি। মদু ওইরবসু *নিকাল* (লোইশিন্বা) তৌ। লাল্লে হায়জবদা করিগুম্বা কোক্তা য়ৈরগদি খঙউ মদুদি মহাক্না লোয়ন্না শোয়বদি ওইখ্রে, তৌইগুম্বসুং মীওইদি অনেম্বা জাৎনি মরমদুনা কোক-নোম্বা তোক্লো।

**ৱাহং-হংলিবা :** ভাৱ অফবা ওইরগদি মতুংদা প্রতিক্রমণ করিগী তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণদি তৌবা মথৌ তাই, মহাকপু অৱাবা ওইদনা। অমসুং ব্যাবহারদা মীয়াম্না হায়গনি মদুদি ‘য়েংবীয়ু মসি ইবেম্মনা মশাগী মপুরোইববু করম্না কীহল্লি।’ মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌবা মতৌ তাই। মীৎতগী উবদুদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মনুংদা অদোমগী ভাৱ সানাদৌনা ওইরগসু, তৌইগুম্বসুং করিবু কান্নবগে? চৎথবা য়ারোই মদুগী ভাৱ। ভাৱ ১০০% সানাগুম্বা ওইবা ওইরগসু মদু ওইরগসু ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌবা

মথৌ তাই। হেক শোয়বগা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। মসি মহাত্মা পুন্নমকশিংগী অপাম্বনি, হৌজিক জগত য়াইফন্বগী ভাৱনা ওই। পান্দম অফবনি তৌইগুম্বসুং মদু ওইরগসু চত্থবা য়ারোই। প্রতিক্রমণদি হান্না তৌগদবনি। ফীশিংগী মথক্তা দাগ-চুরগদি মদু ওইরগদি চামথোকইদনা? মদুগুম্না মসিসু ফীশিংদা চুবা দাগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ব্যাবহারদা কনাগুম্বনা শোয়বা তৌরগদি মদু ওইরগদি মহাকপু চেকশিন্নবগী চৈবা মথৌ তাই। মসিনা মহাকপু নুংঙাইতবা ওই, মদু ওইরগদি মহাক্কী *নিকাল* তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** ব্যাবহারদা চেকশিন্নবগী চৈবা মথৌ তাই, তৌইগুম্বসুং মদুদা অহংকারগা লোয়ন্না ওইবা ওই মরমদুনা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** চেকশিন্নবগী চৈদ্রগদি মহাক্না কোক্তা ফমবা ওইগনি?

**দাদাশ্রী :** ব্যাবহারদা চেকশিন্নবগী চৈবা মথৌ তাই, তৌইগুম্বসুং ঙাংবা হৈগদবনি। ঙাংবা হৈত্রগদি, ব্যাবহার হৈতে, মরমদুনা অহংকারগা লোয়ন্না চেকশিন্নবগী চৈবা ওই। মরমদুনা মতুংদা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগনি। অদোম্না মাংদা লৈরিবদুবু চেকশিন্নবগী চৈবা ওইরগদি মসিনা মহাকপু নুংঙাইতবদি ওইগনি, তৌইগুম্বসুং হঞ্জিন-হঞ্জিন মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌরগদি থা ৬, থা ১২দা ৱাহৈ অসিগুম্না থোক্লক্কনি মদুদি মাংদা লৈরিবদুনা অথুম্বা ফাওগনি।

হৌজিক ঐহাকসু কনাগুম্বগী ফাগী তৌবা ওই মদু ওইরগদি মদুগীসু ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। ঐহাক্কী অসিগুম্না চত্থবা য়াদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি পূক্নীং মকা-লাম্নবনি। অসিগুম্নদি থোকপা ওইদা।

**দাদাশ্রী :** নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদু ওইজরবসু ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌগদবা ওই। অদোম্না তৌদবা ওইরগদি য়াগনি। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি তৌবা মথৌ তাই। নত্রগদি ঐহাক্কী মসি জ্ঞান, মসি টেপরেকোর্ড ঙাংলিদনা (ৱাহৈ থোক্লক্লিদনা), মদু মতুংদা শেংদনা থোক্লক্কনি।

মসি নত্তনা, ঐহাক্না মখল কয়াগী ফাগী তৌথি। অনম্বদা মখল কয়াগী ফাগী কনানা তৌবা ঙম্বগে? য়াম্না টাইট ব্রেন (মকোক য়াম্না লৈবা) ওইবা, মহাক্না তৌবা ঙম্মী। ঐহাক্তি হরাও-নুংঙাইবদা লাক্নুনা পুন্নমক্কী ফাগী তৌবা ওইরম্মী। অফ-অফবা মীওইশিংগী, অচৌ-অচৌবা উকিলশিংগী, ডাক্টরশিংগী ফাগী তৌরম্মী। হৌজিক, মদু অহংকার পুন্নমক্তি লান্বনিদনা! মদু

ঐহাক্কী বুদ্ধিগী লান্না শিজিন্নরিদনা! ফাগী তৌবা মদু বুদ্ধিগী খুদম্নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ফাগী তৌবদা করি–করি খুদোংথীনিংঙাই ওইবগে? করম্বা মখলগী খুদোংথীনিংঙাই লৈবগে?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মদুদি কনাগুম্ববু খুবাক্লা থাবা ওইবা অমসুং মসিদগী খুদোংথীনিংঙাই লাকপা মদুদগী হেন্না-হেন্না খুদোংথীনিংঙাই ফাগী তৌবদনি। মহাক্কী বুদ্ধী য়ৌবা ঙমদে, মরমদুনা ঐখোয়না মহাকপু অদোমগী বুদ্ধীগী লাইটতগী ইশাগী খুতুমদা থম্মী।

**ৱাহং-হংলিবা :** কনাগুম্বনা অনৌবা টেপ তৌহল্লোইদবা ওইরগদি, মহাক্কীদমক করম্বা লম্বী লৈবগে?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা বাইব্রেশন ওইহনগনু। পুন্নমক য়েংদুনা লৈয়ু। তৌইগুম্বসুং অসিগুন্নদি ওইদেদনা! মসিসু মশীননিদনা অমসুং *পরাধীন*সু ওই। মরমদুনা ঐহাক্লা অতোপ্পা লম্বীদা উৎলি মদুদি টেপ তৌবা ওইরগদি খুদক্তা মুথৎলগদি য়াগনি। মসি প্রতিক্রমণদি মুথৎন্বা থুলাইনি। মসিদগী মপোক অমতংদা হোংদোক্লবা মতুংদা মসিগুম্বা ঙাংবা পুন্নমক থীংবা ওইরগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শুদ্ধাত্মাগী লক্ষ্য ওইরবা মতুংদা লেপ্পা নাইদনা প্রতিক্রমণ চৎথদুনা লৈ।

**দাদাশ্রী :** মরমদুনা অদোমগী দাইত্য লৈররোই। ঙাংলিবদুগী প্রতিক্রমণ তৌরগদি দাইত্য লৈররোই। লিংনা ঙাংউ তৌইগুম্বসুং চান্নবা-য়েংথীন্বা য়াউদনা ঙাংউ। লিংনা ঙাংবা থোকখ্রগদি মদু ওইরগদি খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌ।

পূন্নীং-ৱাঙাং-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্ম, চন্দুভাই অমসুং চন্দুভাইগী মমীংগী মায়া পুন্নমক্তগী তোঙান্বা ওইরিবা শুদ্ধাত্মাবু নীংশিংদুনা হায়য়ু, 'হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান! ঐহাক্লা খোন-হৌনা ঙাংখ্রে, মদুগী অরান্বদু তৌখ্রে। মরমদুনা মদুগী ঙাকপীয়ু হায়জরি। অমসুং মদুগী অরান্বদু হৌজিক অমুক-হন্না তৌজররোই অসিগুম্না লেংদবা ফীৱেপ লেপলি। অসিগুম্বা অরান্বা তৌদন্বগী শক্তি পীনবিয়ু।' শুদ্ধাত্মাবু নীংশিংবা নত্রগা দাদাবু নীংশিংবা অমসুং হায়বা মদুদি, মসি লান্বা ওইখ্রে মসি *আলোচনা* অমসুং মদুগী অরান্বদুবু শুদোকপা মদুবু *প্রতিক্রমণ* অমসুং অসিগুম্বা অরান্বা অমুক-হন্না তৌজররোই অসিগুম্না লেংদনা লেপ্পা, মদু *প্রত্যখ্যান* নি।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌরবা মতুংদা ঐহাক্কী ৱাঙাং য়াম্না ফবা ওইগদ্রা, মসি মপোক অসিদা?

**দাদাশ্রী :** মদুগী মতুংদদি, করিগুম্বা তোঙান্বা মখলগী ওইগনি। ঐহাক্কী ৱাঙাং খ্বাইদগী ৱাংবা মখলগী থোক্লকই, মদুগী মরম প্রতিক্রমণ থক্লি অমসুং *নির্বিবাদী* (বিবাদ ওইদবা) নি, মদুগী মরমসু প্রতিক্রমণ থক্লি। নত্রগদি বিবাদ থক্তা ওইবা ওই। পুম্নমক্তা বিবাদী ৱাঙাং থক্তা ওইবা ওই। ব্যাবহার শুদ্ধি (শেংবা) তৌদনা স্যাদবাদ ৱাঙাং থোক্লক্লোই। অহান্বদা ব্যাবহার শেংবা ওইগদবনি।

## 21. নাল্লোকই প্রক্রুতি দোষ অসিগুম্না...

মসি *সতসঙ্গ* (আত্মাবু ফংহন্বদা মতেং পাংলিবা সঙ্গ) দা পোইজন থকপা অফবনি তৌইগুম্বসুং মপানগী থোহী থকপা অরান্বনি। মরমদি মসি পোইজনদি প্রতিক্রমণ তৌবা ওইবনি। ঐহাক্না পোইজনগী ক্লাস কয়া থক্কুনা মহাদেবজী ওইবা ওইরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমগী নাক্তা লাক্লবগী য়াম্না থন্বা ওই তৌইগুম্বসুং লাকপা ঙমদে।

**দাদাশ্রী :** অদোমগী খুত্তা করি সত্তা লৈবগে? লাক্লবগী থল্লি, তৌইগুম্বসুং লাকপা ঙমদ্রগদি মদুগীদমক পূক্নীংদা পেনজদবা থমগদবনি। অদোম্না মহাকপু হায়য়ু মদুদি চন্দুভাই প্রতিক্রমণ তৌ, থুনা উপায় ফংগনি। চৎপা ঙমদবা মদুগীদমক প্রতিক্রমণ তৌ। প্রত্যাখ্যান তৌ মদুদি অসিগুম্বা অশোয়-অঙাম থোক্লি। হৌজিক অমুক হন্না অশোয়-অঙাম তৌজররোই।

**ৱাহ-হংলিবা :** চীন্তা তৌবা ওই মদুগী প্রতিক্রমণ করম্না তৌগদগে?

**দাদাশ্রী :** 'ঐহাক্কী অহংকারগী মরম্না চীন্তা তৌবা ওইরি। ঐহাক্না মদুগী তৌববু তশেংনা ওইব্রনে? মরমদুনা দাদা ভগৱান! ঙাকপীয়ু।' অসিগুম্বা থরাদি তৌবা মথৌ তাইদনা? মসি য়াওদনা চৎপা য়াব্রা?

অমসুং হৌজিক ভাৱ লাক্লিবসি মদুগী ভাৱ করিগী হেন্না লাক্লিবনো? অমসুং থবক পাংথোকপা ওইদে। ভাৱ লাকপগী মরমদি মসি থক্তি মদুদি কমিঙ্গ ইবেন্টস কাস্ট দের শেডোজ বিফোর। মসি ৱাফম পুম্নমক শান্নগদবা ওইরমগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'য়াম্না ঈংবা ওইরি, য়াম্না ঈংবা ওইরি' ঐহাক্না করিগুম্বা অসিগুম্না হায়রগদি মদু মহৌশাগী ময়োক্তা ঙাংলগদি মদু ওইরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, প্রতিক্রমণদি চান্নবা-য়েংথিন্বা থোক্লিবা মদুদা, 'ফাইল'

লৈবা, মদুদা তৌগনি। কড়ী থুম য়াকপা ওইরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবা নত্তে, তৌইগুম্বসুং থুম য়াক্লা থোংলিবা, মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌগনি। প্রতিক্রমণদগী মাংদা লৈরিবদুগী পরিণতি (নুংগী ফীবম) হোংবা ওই।

করিগুম্বা য়ুং-হান্বা চৎপা মদুদা কাকচেং অমা তাউথখ্রদি ঐহাক্লা প্রতিক্রমণ তৌই। ঐহাক্লা উপয়োগ মাংহন্বা ওইদে। তাউথখিবা মদু 'ডিসচার্জ' মওংনি তৌইগুম্বসুং মদুগী মতমদুদা অতিক্রমণ দোষ করিগী থোক্লি? জাগ্রুতি লেপ্পা করিগী ওইরি? মদুগী দোষ ওইবা ওই।

পাবা মতমদা লাইরিকপু খুরুমজদুনা হায় মদুদি, 'দাদাজী, ঐহাকপু পানবগী শক্তি পীনবিয়ু।' অমসুং করিগুম্বদা কাওখ্রবদি উপায় তৌ। অনীরক খুরুমমু অমসুং হায়য়ু মদুদি 'দাদা ভগৱান, ঐহাক্কী অপাম্বা ওইদে, মদু ওইজরবসু কাউখ্রে, মরমদুনা মদুগী ঙাকপীয়ু হায়জরি। হৌজিক অমুক-হন্না অসিগুন্না তৌররোই।'

মতম-চানা বিধি তৌবা কাউবা অমসুং মতুংদা নীংশিংলগদি প্রতিক্রমণ তৌদুনা মতুংদা তৌ।

'ডিসচার্জ'তা অতিক্রমণ থোকখিবা, মদুগীদমক ঐহাক্লা প্রতিক্রমণ তৌই। মাংদা লৈরিবদুবু অৱাবা য়ৌহন্বা মদুগুম্বা 'ডিসচার্জ'কী প্রতিক্রমণ তৌগনি। মসিদা মহাত্মাশিংগী নত্রগা দাদাজীগী করিগুম্বা অফবা তৌরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবা নত্তে। তৌইগুম্বসুং মপান্দা কনাগুম্বা অমগী অফবা তৌরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই মরমদি উপয়োগ নান্থোকখ্রে, মদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবা ওইরগদি মদু মাংদা লৈরিবদুবু য়ৌবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** মাংদা লৈরিবদুবু য়ৌবা ওই, মহাক্লা পেত্থবা ওইগনি। মহাক্লা খঙবা ওইরগসু নত্রগা খঙদবা ওইরগসু। ঐখোয়গী মথক্তা মহাক্কী ভাৱ (নুংগী ৱাখল) থোৎতুনা লৈগনি। ঐহাক্কী প্রতিক্রমণদদি য়াম্না ইফেক্টিব ওই। করিগুম্বা পুং ১ মওং-মরিল চুন্না তৌবা ওইরগদি মাংদা লৈরিবদুদা অহোংবা লাকই। ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌরিবা মীওইদুগী, মহাক্লা ঐখোয়গী দোষদি উবা ওইরোই তৌইগুম্বসুং মহাক্লা ঐখোয়গীদমক ইকায়খুম্নবা ফাউবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবা ওইরগদি অনৌবা 'চার্জ' তৌদব্রা?

**দাদাশ্রী :** আত্মা তৌবা ওইরগদি কর্ম পুনশিনগনি। প্রতিক্রমণ

আত্মানা তৌবা ওইদে। চন্দুভাইনা তৌবা ওই অমসুং অদোম মহাক্কী *জ্ঞাতা-দ্রষ্টা* লৈয়ু।

ইশাগী অশেংবা শক্তমবু ফংলবা মতুংদা অচুম্বা প্রতিক্রমণ তৌগনি। প্রতিক্রমণ তৌবা ওইবা ওইগবনি, প্রতিক্রমণ তৌহন্বা ওইবা ওইগদবনি।

ঐহাক্কী প্রতিক্রমণ হায়বদি করিনো? মদুদি মশিন অমা হাংদোকপদা পার্টস ময়ামদু, মদুবু জোইট তৌদুনা শেংদোক্লগদি, মদুনি ঐহাক্কী প্রতিক্রমণনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তুম্বদগী হৌগত্তুনা প্রতিক্রমণ তৌবা হৌই।

**দাদাশ্রী :** মসি 'প্রতিক্রমণ আত্মা' ওইরে। শুদ্ধাত্মাদি ওই তৌইগুম্বসুং মসি *প্রতিষ্ঠিত আত্মা* (ডিসচার্জ আত্মা), 'প্রতিক্রমণ আত্মা' ওইবা ওইরে। মীয়ামগী কষায় ওইবা আত্মানি। মসি ৱলর্ডদা কনাগুম্বা অমা প্রতিক্রমণ তৌবা ঙম্বা, অসিগুম্বা নত্তে।

কেস প্রতিক্রমণ তৌবদগী, মদুগুম্না মথং-মথং শেংবা ওইবা ওইরগদি। অতিক্রমণগী মমাংদা অদোম কেস প্রতিক্রমণ তৌরগদি পূল্লীং অমসুং ৱাঙাং শেংবা ওইরগনি।

প্রতিক্রমণ হায়বদি মরুদু মৈদা ঙৌদুনা থাবা।

আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যখ্যান হায়বদি নুংতীগী হিসাবকী বোই হোৎপা।

দোষ উরিবদুমখৈ মদুমখৈ তানশিল্লে। মদুখৈ প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মসি প্রতিক্রমণ তৌবা ঙমদবসি, মদু প্রক্রুতি দোষরা নত্রগা মদু অন্তরায় (অথিংবা) কর্মরা?

**দাদাশ্রী :** মদু প্রক্রুতি দোষনি অমসুং মসি প্রক্রুতি দোষ মফম থুদিংমক্তা লৈতে। করিগুম্বা মফমদা দোষ ওইবা ওই অমসুং করিগুম্বা মফমদা থোকপা ওইদে। প্রক্রুতি দোষতা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইদ্রগদি, মদু ওইরগদি মদুদা অকায়বা ওইদে। অদোমদি মসিখক য়েংগদবনি মদুদি অদোমগী ভাৱ করিনো? অদোম্না অতোপ্পা করিসু য়েংগদবা নত্তে। অদোমগী অপাম্বা প্রতিক্রমণ তৌন্বগীদমক্নিদনা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, মপুংফানা।

**দাদাশ্রী :** মসিগী মথক্তসু করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌবা ঙমদ্রগদি, মদু ওইরগদি মদু প্রক্রুতি দোষনি। প্রক্রুতি দোষগীদমক অদোম দাইত্য ওইদে। করিগুম্বদা প্রক্রুতি ঙাংবসু ওই অমসুং ঙাংদবসু ওই। মসিদি খোংন্বা-

খুৎলাইগুম্বনি, মখোন খোংলগদি খোংলে, নত্রগদি খোক্তবসু য়াই। মসিবু অথিংবা কৌবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ‘সমভাৱ (রাগ–দ্ৱেস লৈতবা) দগী *নিকাল*’ (ফাইলশিংবু লোইশিন্বা) তৌন্নবগী লেংদবা পান্দম থম্বগী মতুংদসু থৎন্বা থোকপা ওই, অসিগুম্না করিগী?

**দাদাশ্রী :** মফম কয়াদা অসিগুম্না ওইবগে? মফম চামমদা?

**ৱাহং-হংলিবা :** মফম অমদা ওইবা ওই।

**দাদাশ্রী :** মদু ওইরগদি মদু *নিকাচিত* (কর্ম মহৈ ফংদনদি মাংবা ঙমদবা) কর্মনি। মদুগী *নিকাচিত* কর্ম করম্না চামথোক্কনি? আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যখ্যানদগী। মদুদগী কর্ম য়াংবা ওইরগনি। মদুগী মতুংদা জ্ঞাতা–দ্রষ্টা (থঙবা-য়েংবা) লৈবা ঙমগনি। মদুগীদমক্তি প্রতিক্রমণ লেপ্পা লৈতনা তৌবা ওইগদবনি। *নিকাচিত* ওইথিবা ফোর্সতুগুম্না, মদুগুম্বা ফোর্স ওইবা প্রতিক্রমণদগী মদু চামথোকপা ঙমগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা ঐহাক্না লেপ্লবদি মদুদি লাক্কদৌবা মতমদা অসিগুম্না শুংতৌ তৌরোই। অসিগুম্বা অরান্বা অমুক হন্না তৌবা ওইরোই, অসিগুম্না ১০০% ভাৱগা লোয়ন্না লেপ্পা মসিগী মথক্তসু অমুক-হন্না মদুগুম্বা অরান্বা থোকপা নত্রগা থোক্তবা, মদু ইশাগী খুত্তা লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** মদুদি থোকপা য়াই অমুক-হন্না। অসিগুম্বনি, অদোম্না বোল অমা মসিদা পুরকপা অমসুং ঐঙোন্দা পীবা। ঐহাক্না মসিদগী লংবা। ঐহাক্নদি থবক অমথক তৌই। ঐহাক্নদি অমুক্তং বোল লংবা। হৌজিক ঐহাক্না হায়রবদি মদুদি হৌজিক ঐহাক্কী অপাম্বা লৈত্রে, নং লেপলো, মদু ওইরগদি মদু লেপ্পা ওইগদ্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** ওইরোই।

**দাদাশ্রী :** মতমদুদা করি থোক্কনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি ৩-৪-৫ রক চোংগনি।

**দাদাশ্রী :** হায়বদি ঐখোয়গী খুত্তগী মতুংদা নেচরগী খুত্তা চৎথ্রে। হৌজিক নেচরনা থীংলবা মতমদুদা। অসিগুম্বনি মসি পুম্নমক। ঐখোয়গী অশোয়বশিংদু, মদু নেচরগী মখুত্তা চৎখিবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** নেচরগী মখুত্তা চৎথ্রে, মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌবদগী করি কান্নবা ওইবগে?

**দাদাশ্রী :** য়াম্না ইফেক্টিব ওই। প্রতিক্রমণদগীদি মাংদা লৈরিবদুদা য়াম্না ইফেক্টিব ওইবা ওই। করিগুম্বা পুং১ মীওই অমগী প্রতিক্রম তৌরগদি মদুগী মীওইদুগী মনুংদা করিগুম্বা অনৌবা মখলগী, য়াম্না শাথীনা অহোংবা ওইগনি। প্রতিক্রমণ তৌবা ওইরিবদু মসি জ্ঞান ফংবা ওইবা ওইগদবনি। শুদ্ধ ওইবা, 'ঐ শুদ্ধাত্মানি' অসিগুম্বা খঙবা ওইবা, মদু ওইরগদি মহাক্কী প্রতিক্রমণকী য়াম্না ইফেক্টিব ওইগনি। প্রতিক্রমণদি ঐহাক্কী থ্বাইদগী অচৌবা খুৎলাইনি!

করিগুম্বা 'জ্ঞান' লৌদ্রিবা ওইরগদি প্রক্রুতিগী নুমিৎ চুপ্প ওন্না–তৈন্না চৎথদুনা লৈগনি মসি নত্তবদা হৌজিক্তি অচুম্বা মায়গৈদা চৎতুনা লৈগনি। নংনা মাংদা লৈরিবদুবু চৈবা ওইগনি, তৌইগুম্বসুং মনুংদা হায়গনি মদুদি, 'নত্তে, নত্তে, অসিগুম্না তৌরোইদবনি। চৈন্বগী ৱাখল লাকপদুগী প্রতিক্রমণ তৌ।' অমসুং জ্ঞান লৌদ্রিবগী মমাংদদি চৈবা ওইরম্মী অমসুং মথক্তসু হায়রম্মী মদুদি 'অমুক্কা হেন্না চৈবা মথৌ তাই।'

মীওইবশিংগী স্বভাৱ করম তৌবগে মদুদি প্রক্রুতি ওইরিবদুগুম্না, মশামক মদুগুম্না ওইবা ওই। প্রক্রুতিদা হোংদোক্তবা কান্দা মতমদুদা হায়বা ওই, 'তোক্লো নে'! অরে, মপান্দা হোংদোকপা ওইদ্রগদি মদুদা করিসু কায়বা ওইদে, নং মনুংদা শেমদোকউ! মতুংদা ঐখোয়গী রিস্পোন্সিবিলিটী লৈতে!! মসি থক্কি মসি 'সাইন্স'!!! মপান্দা করিগুম্বা থোক্লগসু মদুগী রিস্পোন্সিবিলিটী লৈতে। মসিখক খঙলগদি সোল্যুশন লাক্লগনি।

## 22. *নিকাল*, চেৎনা–নপশিন্নবা ফাইলশিংগী

মীওই কয়া ঐঙোন্দা হায়বা ওই মদুদি, 'দাদাজী, সমভাৱদগী *নিকাল* তৌবা চৎলি, তৌইগুম্বসুং ওইবা ওইদে!' মতমদুদা ঐহাক্না হায়, অরে ইবুংঙো, *নিকাল* তৌগদবা নত্তে! নংনা সমভাৱদগী *নিকাল* তৌন্নবগী ভাৱ থক্তা থমগদবনি। সমভাৱদগী *নিকাল* ওইবা নত্রগা ওইদবা, মদু নহাক্কী মথা পোনদে। নংনা ঐহাক্কী আজ্ঞাদা লৈয়ু! মদুদগী নহাক্কী থবক কয়া অমা ওইবা ওইরগনি অমসুং ওইবা ওইদ্রগদি মদু নেচরগী মথা পোল্লি।

মাংদা লৈরিবদুগী দোষ উবা লেপ্পা ওইরগদি সংসার নান্থোকপা ঙমগনি। অদোমবু তাথীনা–চৈবা, অমাংবা পীবা, ফু–চৈবা মদু ওইরগসু দোষ উবা ওইদ্রগদি, মতমদুদা সংসারদগী নান্থোক্কনি। নত্রগদি সংসারদগী নান্থোকপা ঙম্লোই।

হৌজিক মীয়াম পুম্নমক্কী দোষ য়েংবা লেপ্পা ওইরব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়্, দাদা। করিগুম্বা উবা ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌই।

**দাদাশ্রী :** লম্বীদি মসিনি মদুদি দাদাগী আজ্ঞাদা লৈয়ু, অসিগুম্না লেংদনা লেপতুনা মথংগী নুমিত্তগী হৌবা ওইয়ু। অমসুং আজ্ঞাদা লৈবা ঙমদবা মদুখৈ, মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অমসুং য়ুমগী মীওই খুদিংমকপু পেলহন্বা, *সমভাৱ*তগী নিকাল তৌদুনা। মদু ওইজরবসু য়ুমগী মীওই খুদিংমক চোংখৎ-চোংখৎপা তৌরগদি অদোম্না য়েংদুনা লৈয়ু। অদোমগী মমাং মপোক্কী হিসাবনি মরমদুনা চোংখৎ-চোংখৎপা তৌগনি। মসিদি ঙসি থক্তা লেপ্পা ওইরি। হায়বদি য়ুমগী মীওই পুম্নমকপু নুংশিবনা লাকশিন্বা ঙম্বা ওইয়ু। মদুদি মতুংদা অদোম ইশামক থঙবা ওইগনি মদুদি হৌজিক পুম্নমক ঈংথরে। মদু ওইজরবসু, য়ুমগী মীয়াম্না ওপীনিয়ন পীরগদি, মতমদুদা লৌবা মতীক চাই। অরোইবদদি মহাক্কী মায়গৈদা লৈগনি, য়ুমগী মীওইশিং।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌবা মদুগী প্রতিক্রমণগী পরিণাম মসিগী মুল সিদ্ধান্তগী মথক্তনি মদুদি, ঐহাক্না মাংদা লৈরিদুগী শুদ্ধাত্মাবু য়েংই মদু ওইরগদি মহাক্কী মথক্তা তৌরিবা ভাৱদু, মদুগী ফত্তবা ভাৱ, মদু হন্থবা ওইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** ঐখোয়গী ফত্তবা ভাৱ মাংবা ওইগনি। ইশাগীদমক্তগীনি মসি পুম্বা। মাংদা লৈরিবদুবু করিসু মরি লৈনদে। মাংদা লৈরিবদুবু শুদ্ধাত্মা য়েংবগী পান্দমদি মসিথক্কি মদুদি ঐখোয়না শুদ্ধ(অশেংবা)দশাদা, জাগ্রুত দশাদা লৈ।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু ওইরগদি মহাক্না ঐখোয়গী মথক্তা ফত্তবা ভাৱ ওইখিবদু, মদু হন্থবা ওইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মদু হন্থবা ওইরোই। অদোম প্রতিক্রমণ তৌরগদি ওইরগনি। শুদ্ধাত্মা য়েংবদগী ওইরোই, তৌইগুম্বসুং প্রতিক্রমণ তৌরগদি ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্না প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদুগী আত্মাদুদা ইফেক্ট ওইব্রা নত্রগা ওইদব্রা?

**দাদাশ্রী :** ওইবা ওই, ইফেক্টিব ওইবা ওই। শুদ্ধাত্মা য়েংবদগীসু কান্নবা ওইবা ওই তৌইগুম্বসুং খুদক্তা কান্নবা ওইদে। মতুংদা তপ্না, তপ্না, তপ্না! মরমদি শুদ্ধাত্মা মওংদগী কনাগুম্বনা য়েংবা ওইদে। অফবা মীওই অমসুং ফত্তবা মীওই মসি মওং থক্তগী য়েংবা ওই। মসি নত্তবদা শুদ্ধাত্মা

মওংদগী কনাগুম্বনা য়েংবা ওইদে।

করিগুম্বা কৈগী প্রতিক্রমণ তৌরগদি কৈসু ঐখোয়না হায়বগী মতুং ইন্না থবক তৌগনি। কৈগা অমসুং মীওইবগা করিসু খেৎন্বা লৈতে। খেৎন্বা অদোমগী বাইব্রেশনগীনি, মসিগী মঙোন্দা ইফেক্ট ফাওবা ওই। অদোমগী ধ্যানদা অসিগুম্না ওইরগদি মদুদি কৈ হিংসা ওইবনি, মতমদুফাও মহাক মশামক হিংসা ওইবা ওইনা লৈগনি অমসুং কৈ শুদ্ধাত্মানি অসিগুম্না ধ্যানদা লৈরগদি, মদু ওইরগদি মহাক শুদ্ধাত্মা থক্লি অমসুং অহিংসক লৈগদি। পুন্নমক পাংথোকপা য়াবা, মদুগুম্বনি।

অমুক্তং হৈনৌগী পাম্বীদা য়োংশিং লাকপা ওইরগদি অমসুং হৈনৌ হেক্তৎলগদি মদুগী পরিণাম কদায় ফাওবা শোয়বা ওইবগে? মদুদি মসি হৈনৌগী পাম্বী য়ান্থৎপা ওইরগদি অফবা ওইগনি। অসিগুম্না থন্বা ওই। হৌজিক ভগৱানগী সাক্ষীদা থোক্লকপা ৱাঙাং লেপ্না থাওইনা মাংগদ্রা? পরিণাম শোয়বা ওইদ্রগদি করিসু তৌবা ওইরোই। পুন্নমক ঈংথবা ওইগনি, লেপ্পা ওইগনি। মসি পুন্নমক ঐখোয়গী পরিণাম্নি। ঙসি অসিদগী কনাগুম্বগী বাইব্রেশন থাদোকপা, খজিক্তংফাও কনাগুম্ব গীদমক থন্বা লেপ্পা ওইরো, ৱাখল লাক্লগদি প্রতিক্রমণ তৌদুনা চামথোকউ মদু ওইরগদি নুমিৎ চুপ্পা করিগুম্বা বাইব্রেশন য়াওদনা হিংগনি! মতৌ অসুন্না নোংমা লেল্লবদি য়াম্না ফরে, মসিনি পুরুষার্থ।

মসি জ্ঞান ফংলবগী মতুংদা অনৌবা পর্য়ায় (ফেজেজ) অশুদ্ধ (শেংদবা) ওইবা ওইদে, অরিবা পর্য়ায়শিংবু শুদ্ধ (শেংহনগনি) অমসুং সমতা থমগদবনি। সমতা হায়বদি *বীতরাগতা* (এবসোলুট ওইনা শেৎতোক্লরবা খুবম)। অনৌবা পর্য়ায় শোয়বা ওইরোই, অনৌবা পর্য়ায় শুদ্ধ ওইনা লৈগনি। অরিবা পর্য়ায় অশুদ্ধ ওইবা ওইরি, মদুগী শেংদোক্লবগী থবক তৌগনি। ঐহাক্কী আজ্ঞাদা লৈবদগী মদুগী শেংদোকপগী থবক ওইগনি অমসুং সমতাদা লৈগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** দাদা, জ্ঞান ফংদ্রিঙৈগী মমাংগী মসি পুল্সি অসিগী শেমখ্রবা পর্য়ায় অদু, মদুগী মাংহন্বা করম্না তৌগনি?

**দাদাশ্রী :** হিংলিফাওবা, মতমদুফাও *পশ্চাতাপ* তৌদুনা মদুবু চামথোকউ, তৌইগুম্বসুং মদু থরা থক। মপুংফানা মাংহন্বা ঙল্লোই, তৌইগুম্বসুং কোম্বদি ওইরগনি। কোল্ল কান্দা মথংগী মপোক্তা খুৎনা হেকশোকপগা মদুদি খুদক্তা কীশি থোকপা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোমগী জ্ঞান ফংদ্রিঙৈ মমাংদা নর্ককী থীংজিন্বা ওইরগদি নর্কদা চৎপা মথৌ তাব্রা?

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বনি মদুদি মসি জ্ঞান অসি অসিগুম্বনি মদুদি পাপ পুন্নমক ঊৎ-ওন্বা ওই, থীংজিন্বদু নাস্তোকপা ওই। কনাগুম্বনা করিগুম্বা নর্কদা চৎকদৌবা ওইরগদি, তৌইগুম্বসুং হিংলি ফাওবা মদুগী মতমদুফাওবদা, মহাক্না প্রতিক্রমণ তৌবা, মদু ওইরগদি মহাক্কী চামথোকপা ওইগনি। চীঠি পোস্টতা থাদদ্রিঙৈ মমাংদা অদোম ইয়ু মদুদি মথক্কী ৱাহৈ ইবা মতমদা পূক্নীংগী চুম্বা ওইখিদে মদু ওইরগদি মদু মাংখিবা ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রায়শ্চিত অসিদগী পুনশিন্বা নাস্তোকপা ওইগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, নাস্তোকপা ওই। মথল থরাগী পুনশিনখিবা অদুদি, করিগুম্বা কর্মশিংগী প্রায়শ্চিত তৌবদগী অনীরক কীশিনখিবা অদুদগী কোম্বা ওইরগনি। ঐখোয়গী প্রতিক্রমণদা শক্তি য়াম্না লৈ। দাদাবু নীংশিংদুনা তৌরগদি থবক ওইরগনি।

কর্মগী শাফুদগী মপোক পোক্কদবশিংদু মদু পোকপা ওইগনি, করিগুম্বা মপোক ১-২, তৌইগুম্বসুং মদুগী মতুংদা সীমন্ধর স্বামীগী মনাক্তা চৎকনি। মসি মফমসিগী শাফু, মমাংগী পুনখিবা হিসাব মতুং ইন্না, করিগুম্বা নপশিন্নবা ওইরমগনি, মদু লোইশিন্বা ওইগনি। মদুদা করিগুম্বা উপায় লৈবা ওইদে! মসিদি রঘা সানাশাবগী শের্ফালানি। নিয়ায়, শাথিনা নিয়ায়! শুদ্ধ নিয়ায়! পীয়োর নিয়ায়! মদুদা মনীং-মমাং হোবা চৎতে।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ তৌবদগী কর্মগী ফোর্স হন্থবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** থন্থবা ওইদনা! অমসুং থুনা উপায় লাকপা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঙাকপীয়ু হায়গদৌরিবদু, করিগুম্বা মদুগী মীওইদুগী হকচাং লৈখিদ্রবা ওইরগদি করম্না তৌগদবগে?

**দাদাশ্রী :** হকচাং লৈখিদ্রবা ওইরগদি, মদু ওইরগসু অদোমগী মনাক্তা ফোটোরা, মহাক্কী মায়থোং নীংশিংবা, মদু ওইরগদি তৌবা য়াই। মায়থোং খজিক্তং নীংশিংবা ওইদ্রগদি অমসুং মমীং খঙবা ওইরগদি মমীং লৌদুনসু তৌবা য়াই, মদু ওইরগদি পুন্নমক মহাকপু য়ৌবা ওইগনি।

## 23. পূক্নীংনা নেগেটিবতা মায়ওনশিন্বা মতমদুদা...

মহাত্মাশিংবু ভাৱ(অপাম্বা)-অভাৱ(পামদবা) ওইবা ওই তৌইগুম্বসুং মদু *নিকাল* ওইবা কর্মনি। ভাৱকর্ম নত্তে। অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা-চান্নবা- য়েংথীন্বা অমসুং অপাম্বা-পামদবা, মদু পুম্বা *নিকাল* তৌগদবা কর্মনি।

মদুগী সমভাৱদগী *নিকাল* তৌগদবনি। মসি কর্মশিংগী *নিকাল* প্রতিক্রমণকা লোয়ন্না তৌগনি, অসুন্না হেক্তা *নিকাল* ওইবা ওইরোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বদা কনাগুম্বনা ঐখোয়গী ইকায়বা পীবা ওইরগদি মতমদুদা পূক্নীংদগী *প্রতিকার* (ময়োক্তা ফত্তবা ৱাখল থন্বা) চৎথদুনা লৈ অমসুং ৱাঙাংদগী প্রতিকার করিগুম্বা তৌবা ওইদ্রগসু।

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্তি মসিদা কায়বা ওইদে মদুদি মদুগী মতমদুদা করি থোকপগে। অরে, হকচাংদগী *প্রতিকার* তৌরগসু। মদু ওইজরগসু মশাগী শক্তি লৈজবা–লৈজবশিংদু, মদুগী মথা-পোন্না ব্যাবহার তৌবা ওই। মপুংফানা শক্তি ফাওগৎপা ওইরবদুদি, মহাক্কী পূক্নীংগী প্রতিকারসু থীংবা ওই। মদু ওইরগসু ঐহাক্না করি হায়বগে? পূক্নীংদগী প্রতিকার চৎথদুনা লৈরগদি, ৱাহৈদগী প্রতিকার থোকপা ওইরগদি, অরে! হকচাংদগীসু প্রতিকার তৌরগদি। মদু ওইরগদি মখল ৩দুগী অশোন্বশিংদু লৈবা ওইরগসু, মদু ওইরগদি মদুদা মখল ৩দুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱাখলগী প্রতিক্রমণ তৌগদবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** ৱাখলশিংবু য়েংগদবনি। মদুগী প্রতিক্রমণ লৈতে। করিগুম্বা কনাগুম্বগী য়াম্না ফত্তবা ৱাখল তৌরগদি মদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বগী মাংহনগদবা পোৎ ওইরবা থক্তদা। চুম্না লাকপা ওইরসু, করিগুম্বা অমবু লাকপা ওইরবসু, ষনগী, ইরোইগী, মখল-মথা কয়াগী ৱাখল লাক্লগদি, মদুদি জ্ঞান নীংশিংদুনা য়েংবদগী পাইখিবা ওইগনি। মদুবু য়েংগদবা থক্নি। মদুগী প্রতিক্রমণ তৌদে। প্রতিক্রমণদি করিগুম্বা ঐখোয়গী তেন্না কনাগুম্ববু পান্বা ওইরগদি মতমদুদা তৌগদবনি।

অদোম্না মসিদা সতসঙ্গদা লাকপা অমসুং মসিদা মীওই থরা লেপ্পা ওইরগদি মতমদুদা করিগুম্বা পূক্নীংদা ফাওবা মদুদি মখোয়শিংসিনা করিগী লেপ্লিবা? মসিগুম্না পূক্নীংদা ভাৱ শোয়রগদি, মদুগী মরালদুগীদমক মদুগী খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণ কর্মগী মহৈগী তৌগদ্রা নত্রগা সুক্ষ্মগী তৌগদ্রা?

**দাদাশ্রী :** সুক্ষ্মগী ওইবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** ৱাখলগীরা নত্রগা ভাৱগীরা?

**দাদাশ্রী :** ভাৱগী। ৱাখলগী মতুংদা ভাৱ ওইবা ওই। অতিক্রমণ থোক্লগদি মদুগী প্রতিক্রমণদি তৌগদবনি। অতিক্রমণদি পূক্নীংদা ফত্তবা ৱাখল

লাকপা, মসি ইবেম্মাগীদমক ফত্তবা ৱাখল লাকপা, মতমদুদা ‘ৱাখল অফবা ওইগদবনি।’ অসিগুম্না হায়দুনা মদুবু হোংদোক্কদবনি। পূক্লীংদা অসিগুম্না মানবগা মদুদি মসি ওক্তবনি, মদু ওইরগদি মসিগী ৱাখল অসি করিগী লাক্লিবনো? অদোম্না মহাক্কী ওকপা-ওক্তবা য়েংন্বগী রাইট লৈতে। অমসুং অসপষ্ট (মথক-মথক্তা) ঙাংগদৌবা ওইরগদি হায়য়ু মদুদি ‘পুম্নমক অফবনি, পুম্নমক অফবনি’ হায়রগদি কর্মদোষ শোকপা ওইরোই, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা ওক্তবা হায়রগদি মদু অতিক্রমণ কৌগনি, মরমদুনা মদুগী প্রতিক্রমণ শুংশোয়-শোয়দনা তৌগদবনি।

পামদবা পোৎ অশেংবা পূক্লীংদগী থাংবা ঙমবা কান্দা, মতমদুদা বীতরাগ ওইগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অশেংবা-পূক্লীং হায়বদি করিনো?

**দাদাশ্রী :** অশেংবা-পূক্লীং হায়বদি মাংদা লৈরিবদুগীদমক ফত্তবা ৱাখল লাক্তবা, মদু। হায়বদি করিনো হায়বদা *নিমিত্ত*পু চীক্কনু। করিগুম্বা মাংদা লৈরিবদুগী ফত্তবা ৱাখল লাক্লগদি খুদক্তা প্রতিক্রমণ তৌবা অমসুং মদুবু চামথোকপা।

**ৱাহং-হংলিবা :** পূক্লীং-অশেংবা ওইবা মদুদি অরোইবা স্টেজকী ৱাফম্নিদনা? অমসুং মপুংফানা শেংদ্রি ফাওবা, মতমদুফাওবা প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়। মদু অচুম্বনি, তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা পোৎতা অশেংবা ওইরগদি অমসুং করিগুম্বা পোৎতা ওইদ্রগদি, মদু পুম্নমক স্টেপিঙ্গনি। শেংদ্রিবা মফমদুদা মদুদা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

ঐখোয়না শুদ্ধাত্মাগী হিসাব বোইদু শেংনা থমগদবনি। হায়বদি চন্দুভাইদগী নুমিদাংদা হায়য়ু মদুদি দোষ য়েংখিবা মীওইশিংদুগী, মখোয়গা লোয়ন্বা হিসাব বোই শেংদোকউ। পূক্লীংগী ভাৱ শোয়খিবা ওইরগদি প্রতিক্রমণদগী পুম্নমক শেংদোক্কদবনি, অতোপ্পা উপায় করিসু লৈতে। ইনকমটেক্স ওইবশিংবুসু দোশ ওইবা ওইনা উদন্বা অসিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌদুনা নুমিদাংবু তুম্মু। জগত পুম্ববু নির্দোষ য়েংদুনা মতুংদা চন্দুভাইদা তুম্নবা হায়য়ু।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণদি প্রত্যক্ষ ওইগনিদনা?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ মতুংদসু তৌবা ওইরগসু কায়বা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐনা অদোমগী ইকায়খুম্নবা তৌদবা, থৌওং-চাদবা

তৌবা ওইরগদি ঐহাক্না অদোমগী মমাংদা লাক্তুনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনিদনা?

**দাদাশ্রী :** করিগুম্বা মমাংদা লাক্তুনা তৌরগদি অফবা ৱাফম্নি। মদু তৌবা ঙমদ্রগদি অমসুং মতুংদা তৌরগসু মদুগুম্না মহৈ ফংগনি।

ঐহাক্না করি হায়বগে হায়বদা, অদোম্না দাদাগীদমক ওন্নবা ৱাখল লাকই, মরমদুনা অদোম মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈয়ু। মরমদি মদুগী তোল্লবদুগী করি মরাল? বিরাধক স্বভাৱনি। ঙসিগী মীওইবা পুম্নমক্কী স্বভাৱতি বিরাধকনি। দুষমকাল(কল্যুগ)দা বিরাধক জীব থক্তা ওইবা ওই। আরাধক জীব পুম্নমক চৎখ্রে। মসি লেমহৌরিবসি, মখোয়গী মনুংদা শেমদোকপা য়াবা, অসিগুম্বা জীব কয়া অমসুনি, য়াম্না ৱাংবা থক্কী আত্মাশিংসু লৈরি হৌজিকসু মসিদা!

ঐহাক্কীদমক ওন্না-তৈন্বা ৱাখল লাক্লগদি প্রতিক্রমণ তৌ। পূক্নীংদি 'জ্ঞানী পুরুষ'গীসু ওন্না ৱাখল থন্বা ঙম্বা ওই। পূক্নীংনা করিবু তৌবা ঙমদবগে? চাক্লিবা পূক্নীং মাংদা লৈরিবদুবু চাকহন্বা ওই। চাক্লিবা পূক্নীংদি ভগৱান মহাবীরবুসু চাকহল্লি।

**ৱাহং-হংলিবা :** 'চৎথ্রবদুদি মখোয় কনাগুম্বগী অফবা তৌবা ঙমদে' মদু ওইরগদি মতুংদা মহাবীরগী অবর্ণবাদ মঙোন্দা ফাও য়ৌবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, মখোয়না এক্সেপ্ট তৌবা ওইদে। মরমদুনা রিটর্ন বিথ থেনক্স ডবল ওইদুনা লাক্কনি। মরমদুনা মশামক্না, ইশাগীদমক হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাকপীয়ু হায়দুনা লৈগদবনি। অদোম্না মদুগী ৱাহৈদু নীংশিংদ্রিবফাও, মতমদুফাও হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাকপীয়ু হায়দুনা। মহাবীরগী অবর্ণবাদ তৌবা ওইরগদি হঞ্জিন-হঞ্জিন ঙাকপীয়ু হায়দুনা লৈয়ু, মদু ওইরগদি মুৎপা ওইরগনি, বস। মহাকপু শোয়দনা য়ৌই, তৌইগুম্বসুং মহাক্না এক্সেপ্ট তৌদে। থাদোকথিবা তেন শুশোয়-শোয়দনা য়ৌই তৌইগুম্বসুং মহাক্না এক্সেপ্ট তৌদে।

## 24. পুন্সিগী থোংজেলদা ইরাক্লরিবশিংবু লান্থোপীরিবা জ্ঞান

**ৱাহং-হংলিবা :** নীংশিংবদগী মমাংগী দোষ য়েংবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** তশেংবদা মমাংগী দোষ উপয়োগ থক্তদগী উবা ঙম্বা ওই, নীংশিংবদগী উবা ঙম্বা ওইরোই। নীংশিংবদদি কোক-হোৎপা মথৌ তাই। *আবরণ* (মরোল-মরোলগী কুপয়োম) লাকপা ওই মরমদুনা নীংশিংবা মথৌ তাইদনা? করিগুম্বা কনাগুম্বগা লোয়ন্না প্রোব্লেম ওইবা ওইরগদি মহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌবদগী মদুগী মীওই (চিত্ততা) লাকপা ওইগনি, উপয়োগ থক্তা থমগদবনি। ঐখোয়গী লম্বীদা নীংশিংগদৌবদি লৈবা ওইদে। নীংশিংবদি

'মেমোরী'গী মথা-পোল্লি। নীংশিংবা ওইরিবদু মদু প্ৰতিক্ৰমণ তৌন্নবগীদমক লাকপা ওই, চামথোক্লবগীদমক।

মসি সংসারগী করিগুম্বা বিনাশ (মাংগদবা) ওইগদবা পোৎ অমত্তা ঐহাক্লা পামদে' অসিগুম্না অদোম্না ফীরেপ লেপলিদনা? মদু ওইজরগসু নীংশিংবা করিগী ওইরিবনো? মরমদুনা প্ৰতিক্ৰমণ তৌ। প্ৰতিক্ৰমণ তৌবগী মথক্তসু অমুক-হন্না নীংশিংবা মতমদা অদোম্না থওউ মদুদি হৌজিকসু মসিগী কমপ্লেন লৈরি! মরমদুনা অমুক-হন্না মসি প্ৰতিক্ৰমণ থকপু তৌগদবনি।

নীংশিংবদি চান্নবা-য়েংথিন্বগী মরম্ননি। করিগুম্বা নীংশিংবা ওইদ্রগদি য়েৎশিন্নবা ওইখ্রবা কীশি কাউখ্রবা ওইরমগনি। অদোম্না করিগী ফোরেনর্স নীংশিংবা ওইদ্রিবা অমসুং শিখ্রববু করিগী নীংশিংলিবা? মসি হিসাবনি অমসুং মদু চান্নবা-য়েংথীন্বগী মরম্ননি। মদুগী প্ৰতিক্ৰমণ তৌবদগী অশোন্বদু লোইবা ওইগনি। অপাম্বশিং ওইবা ওই মরমদি মদুগী প্ৰত্যাখ্যান তৌদবা মরম্না। নীংশিংবা ওই মরমদি প্ৰতিক্ৰমণ তৌদবা মরম্না।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্ৰতিক্ৰমণ *মালিকী ভাৱ* (মপুওইবা ভাৱ)গী ওইবা ওইদনা?

**দাদাশ্ৰী :** মপুওইবা ভাৱগী *প্ৰত্যাখ্যান* তৌবা ওই অমসুং দোষশিংগী প্ৰতিক্ৰমণ তৌবা ওই।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্ৰতিক্ৰমণ তৌরবগী মতুংদসু হজিন-হজিন মদুগী মরালদু নীংশিংলবদি মদু ওইরগদি মদুগী অৰ্থ মসিরা মদুদি, মদুদগী হৌজিকফাও নাম্তোকপা ওইদ্রি?

**দাদাশ্ৰী :** মসি তীলহৌগী মৰোল অমা লৌথোক্লগদি অনীসুবা মৰোল মশা-মতোম্তা লাক্তুনা লৈগনি। মসিগুম্না মসি মৰোল কয়া ওইবা ওই। মরমদুনা প্ৰতিক্ৰমণ অমা তৌবদা মৰোল অমা হাংদোকপা ওই, অসিগুম্না তৌ-তৌদুনা প্ৰতিক্ৰমণ ১০০ তৌবদা মদু লোইবা ওইগনি। করিগুম্বা দোষশিং প্ৰতিক্ৰমণ ৫ তৌগনি, মতমদুদা মদু মাংবা ওইগনি, করিগুম্বা থরাগী ১০ অমসুং করিগুম্বা থরাগী ১০০ ওইগনি। মহাক্কী মৰোল লৈরিবদুখৈ মদুখৈ প্ৰতিক্ৰমণ তৌগনি। শাংনা চৎথবা ওইরগদি মদুগী অৰ্থদি পাপ অদু মদুগুম্না শাংবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা নীংশিংলগদি, মদুগীদমক প্ৰতিক্ৰমণ তৌগদবনি অমসুং অপাম্বা ওইরিবা অদুগী মদুগীদমক প্ৰত্যাখ্যান তৌগদবনি। মসি থরা থওহনবীয়ু।

**দাদাশ্ৰী :** করিগুম্বা নীংশিংলগদি মদু ওইরগদি থওউ মদুদি মসিগী

মফমসিদা য়াম্না নপশিন্নবনি, মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈবদগী পুন্নমক নান্থোকপা ওইরগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদু নীংশিংলিবথৈ মদুখৈ তৌগদবনি?

**দাদাশ্রী :** হোয়, মদুখৈ তৌগদবনি। অদোম তৌন্নবগী ভাৱ থম্মু। অসিগুম্বনি, নীংশিংন্বগীদমক মতমদি দরকার ওইদনা! মদু ওইরগদি মসিগী মতম ফংবা মতমদা, নুমিদাংদা নীংশিংদব্রনে?

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুদি করিগুম্বা সনয়োগ লৈরগদি।

**দাদাশ্রী :** হোয়, সনয়োগশিংগী মরমদগী।

**ৱাহং-হংলিবা :** অমসুং অপাম্বশিং লৈরগদি?

**দাদাশ্রী :** অপাম্বা লৈবা হায়বদি স্থুল (মপান্দা) ক্রুতিশিং লৈবা। অহান্বদা ঐথোয়না করিগুম্বা ভাৱ তৌখিবদু, মদুগী ভাৱ হৌজিক করিগুম্বা অমুক হন্না লাপ্পা ওইরগদি, মদু ওইরগদি মদুদা প্রত্যাখ্যান তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মদুগী মতমদুদা অদোম্না হায়খিরম্মী, হন্না-হন্না অসিগুম্না হায়রু মদুদি হৌজিক মসিগী পোৎসি পামদ্রে।

**দাদাশ্রী :** মসি পোৎসি ঐহাক্কী নত্তে। কৎথোকচরি। অজ্ঞান্না মরম ওইদুনা ঐহাক্না মসি পুন্নমকপু কৌখিবা ওইরম্মী। তৌইগুম্বসুং ঙসি মসি ঐহাক্কী নত্তে, মরমদুনা কৎথোকচরি। পূক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংদগী কৎথোকচরি। হৌজিক ঐহাক্না করিসু পামদে। মসি নুংঙাইববু ঐহাক্না অজ্ঞান দশাদা কৌখিরম্মী, তৌইগুম্বসুং ঙসি মসি নুংঙাইবা ঐহাক্কী নত্তে, মরমদুনা কৎথোকচরি।

মসি অক্রম বিজ্ঞানগী য়ুম্বিদি মপুংওইনা শুট ওন সাইট প্রতিক্রমণগীনি। মদুগী বেসমেন্টতা লেপ্পা ওইরি। লান্বা কনাগীসু নত্তে। মাংদা লৈরিবদুবু ঐথোয়গী *নিমিত্ত* তগী করিগুম্বা অমাংবা ওইরগদি, মদু ওইরগদি দ্রব্যকর্ম-ভাৱকর্ম-নোকর্মদগী নান্থোকপা ওইরিবা মহাক্কী শুদ্ধাত্মাবু নীংশিংদুনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** তৌইগুম্বসুং অনম্বা মতমদা মপুংফানা হায়গদ্রা?

**দাদাশ্রী :** নত্তে, অসিগুম্বা করিসু নত্তে। শোর্ট ওইনা তৌ। মাংদা লৈরিবদুগী শুদ্ধাত্মবু নীংশিংদুনা মহাকপু ফোন তৌগদবা মদুদি 'মসি অরান্বসি ওইখ্রে, ঙাকপীয়ু।'

অমসুং অনীসুবদা, য়ুমগী মীওইশিংগীসু নুংতীগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। অদোমগী মাদর, ফাদর, ইবুং, ইচে পুন্নমক্কী। নুংতীগী প্রতিকরমণ

তৌগদবনি। ইমুংগী মীওই পুন্নমক্কী, মরমদি মহাক্কা লোয়ন্না য়াম্না *চীক্কনী* (নপশিন্নবা) *ফাইল* ওইবা ওই।

করিগুম্বা প্ৰতিক্ৰমণ তৌরগদি, করিগুম্বা পুং১ ইমুংগী মীওইশিংগী প্ৰতিক্ৰমণ তৌরগদি, ইশাগী ইমুং-মনুংবু নীংশিংদুনা, নকপদগী হৌদুনা লাপ্পা লৈবা পুন্নমক, ইবুংশিং, মখোয়গী ৱাইফশিং, চাচা, চাচাগী মচানুপা, মখোয় পুন্নমক, ইমুং অমা ওইরগদি, মদু ওইরগদি ২–৩–৪ মরোলশিং ফাওগী, মখোয় পুন্নমকপু নীংশিংদুনা, মীওই অমমগী পুং ১–১ প্ৰতিক্ৰমণ তৌরগদি, মদু ওইরগদি মনুংদা শাথীবা পাপ ঊৎওন্বা ওইগনি। অমসুং অদোমগী মাইগৈদগী মখোয়শিংগী পূক্নীংদা চামথোকপা ওইরগনি। মরমদুনা অদোমগী নক্কনা লৈমিন্নবা মীওই পুন্নমকপু নীংশিং-নীংশিংদুনা প্ৰতিক্ৰমণ তৌগদবনি। অমসুং করিগুম্বা নুংদাংদা তুম্বা য়াদ্ৰগদি মদুগী পুংফমদুদা মসি সেট তৌবগা চৎথরে। অসিগুম্বা সেটিগ তৌদৱ্ৰা? অসিগুম্না মসি ব্যবস্থা, মদুগী ফিলম অদু হৌবা ওইরগদি মদুগী পুংফমদুদা য়াম্না *আনন্দ* (আত্মা ওইবগী নুংঙাইবা) লাক্কনি। মদুগী *আনন্দ* মপান্দা পাথোকপা ওইগনি!

মরমদি প্ৰতিক্ৰমণ তৌবা মতমদা, মতমদুদা আত্মাগী মপুংফানা শুদ্ধ উপয়োগ লৈবা ওই। হায়বদি মরক্তা কনাগুম্বগী খুৎথীংজিন্বা ওইদে।

প্ৰতিক্ৰমণ কনানা তৌবগে? চন্দুভাইনা তৌই, কনাগী তৌবগে? মদুদা হায়, মসি ইমুংগী মীওইশিংবু নীংশিং-নীংশিংদুনা তৌবা ওই। আত্মা য়েংবা ওইবা, মহাক্কা য়েংদুনা লৈ। অমসুং কনাগুম্বা খুৎথীংজিন্বা লৈতে মরমদুনা শুদ্ধ উপয়োগ য়াম্না লৈ।

প্ৰতিক্ৰমণদি অমুক্তং তৌহল্লম্মী, ঐহাক্কী উপস্থিতিদা ঐহাক ইশামক্লা তৌহল্লম্মী, চহী মমাং কয়াগী ৱাফম্নি হায়রিবসি অমসুং মদু বিষয়গা মরি লৈন্বা থক তৌহল্লম্মী। মতমদুদা মদু তৌ–তৌদুনা পুন্নমক অদুক্কী অরুবদা কুমথবা ওইখি মদুদি, মতুংদা য়ুমদা চৎলবা কান্দসু লেপ্পা ওইরমদে। তুম্বা মতমদসু লেপ্পা ওইরমদে। চাবা মতমদসু লেপ্পা ওইরমদে। মতুংদা ঐহাক্লা থীংহন্বা তাখিরম্মী। স্টোপ তৌহন্বা তাখিরম্মী! দোষ উবা-লেপ্পা ওইখিদে পুন্নমক, নৎত্ৰা?! মশা-মতোম্তা লেপ্পা লৈতনা প্ৰতিক্ৰমণ, নুমিদাং–নুংখিল চৎথদুনা লৈ। হৌজিক প্ৰতিক্ৰমণ তৌবা মতুংদা, 'তোক্লো, হৌজিক পুং২ ওইখ্রে' অসিগুম্না হায়বদসু মশা-মতোম্তা প্ৰতিক্ৰমণ চত্থদুনা লৈ। করিগুম্বা থীংন্নবা হায়রগদি মদু ওইজরবসু থীংবা ওইরমদে। মশীন্নরী পুম্বা হৌবা ওইরম্মী মরমদুনা মনুংদা চত্থদুনা লৈরম্মী।

'চন্দুভাই'দা 'অদোম্না' মসিখক হায়বা মথৌ তাই মদুদি 'প্রতিক্রমণ তৌদুনা লৈয়ু', অদোমগী য়ুমগী মীওই পুন্নমক্কা লোয়ন্না, অদোম্না করিগুম্বা অমা নত্রগা অমদি মমাংদা নুংঙাইতবা ওইরমগনি, মদুগী অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। 'মশীংথীবা ঙমবা নত্রগা মশীংথীবা ঙমদবা মপোকশিংদা চান্নবা–য়েংথীন্বা, বিষয়, কষায়দগী দোষ তৌবা ওইবা, মদু ওইরগদি মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি।' মতৌ অসুম্না নুংতীগী মীওই অমমগী, মতৌ অসুম্না য়ুমগী মীওই খুদিংমক্কী তৌ। মদুগী মতুংদা উপয়োগকা লোয়ন্না নক্কবা ওইবা, য়ুমথংন্বগী মীওই পুন্নমক্কী মসি তৌদুনা লৈগদবনি। অদোম্না তৌরবা, মদুগী মতুংদা মসি পোৎলুম য়াংবা ওইরগনি। অসুম হেক্তা য়াংবা ওইরোই। ঐহাক্না সংসার পুন্নমক্কা লোয়ন্না মসিগুম্না লোইশিনখিরক্মী। অহান্বদা অসিগুম্না লোইশিনখি, মতমদুদা মসি নান্থোকপা ঙম্লি। অদোমগী পূক্নীংদা ঐহাক্কীদমক দোষ লৈরিবফাও, মতমদুফাও ঐহাক্না লৈতনা লৈবা ঙমলোই! হায়বদি ঐহাক্না অসিগুম্না প্রতিক্রমণ তৌবা কান্দা, মতমদুদা মদুদা মাংবা ওইবা ওই।

প্রতিক্রমণদি অদোম্না য়াম্না তৌ। অদোমগী সর্কলদা করিগুম্বা ৫০–১০০ মীওই লৈবদুমখৈ, অদোম্না অৱাবা পীখিবা মীওইশিংদুবু, মদু ওইরগদি করিগুম্বা হাংনা লৈবা মতমদুদা ফমদুনা মখোয় পুন্নমক্কী পুং অমমম, অমমমবু নীংশিংদুনা প্রতিক্রমণ তৌ। অৱাবা পীখিবশিংদুবু, মদু মতুংদা চামথোকপদি মথৌ তাইদনা? মতুংদা জ্ঞান প্রগত ওইখি।

মতুংদা, 'হন্দক্কী মপোক, মমাংগী মপোক, মমাংগী মশীংথীবা য়াবা, মমাংগী মশীংথীঙমদ্রবা মপোকশিংদা, মমাংগী মপোক কয়া–কয়াশিংদা দাদা ভগৱানগী সাক্ষীদা, কনাগুম্বা ধর্মগী, সাধু–আচার্য্যশিংগী তৌরোইদবা থৌওং, বিরাধনা তৌবা নত্রগা তৌহন্বা ওইবা মদু ওইরগদি মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি। দাদা ভগৱানগী সাক্ষীদা ঙাকপীয়ু হায়রি। খজিক্তংফাও অপরাধ তৌদন্বা অসিগুম্বা শাক্তি পীবিয়ু।' মতৌ অসিগুম্না ধর্ম পুন্নমক্কী তৌ।

অরে, মদুগী মতমদুদা অজ্ঞান দশাদা ঐহাক্কী অহংকার য়াম্না লুম্বা, 'মহাকসি অসিগুম্বনি, মদুগুম্বনি' মতমদুদা *তিরস্কার* (উশিত্তনা য়েংবা), উশিত্তনা য়েংবা, উশিত্তনা য়েংবা, উশিত্তনা য়েংবা....অমসুং কনাগুম্বগী থাগৎপা ওই। মসি রোমদনা অমগী থাগৎপা ওই অমসুং অতোপ্পশিংগী উশিত্তনা য়েংবা তৌই। মতুংদা ১৯৫৮তা জ্ঞান ওইবা মতমদুদগী 'এ.এম.পটেল'দা হায়খিরক্মী মদুদি, 'মসি উশিত্তনা য়েংখিবদু, হৌজিক মদুবু সাবুন্না শুদোকউ', মতমদুদা মীপুং খুদিংমকপু নীংশিং–নীংশিংদুনা হঞ্জিন–হঞ্জিন পুন্নমকপু চামথোক্লক্মী। মসিরোমগী য়ুমথংন্বা, মদোমলোমগী য়ুমথংন্বা, মসিরোমগী মরি–মতাগী মীওই,

মামা, চাচা, পুন্নমক্কা লোয়ন্না উশিত্তনা য়েংবা থোকখিরম্মী, মদু পুন্নমকপু শুদোকখি।

**ৱাহং-হংলিবা :** পূক্লীংদগী প্রতিক্রমণ তৌথি, ময়োক্লনা নত্তে?

**দাদাশ্রী :** ঐহাক্না অম্বালাল পটেলদা হায় মদুদি 'মসি অদোম্না ওন্না-তৈন্বা থবক তৌথিবা, মদু পুম্বা ঐহাক্না উরি। হৌজিক্তি মখোয় পুন্নমক ওন্না তৌথিবা থবকশিংবু শুদোকউ!' মসিদা মহাক্না করি তৌবা হৌথিবগে? 'করম্না শুদোকখিবগে?' মতমদুদা ঐহাক্না জ্ঞানতাহল্লি মদুদি মদুবু নীংশিংউ। নগীন দাসপু তাথীনা ঙাংখি অমসুং পুন্সি চুপ্পা তাথীনা চৈরম্মী, উশিত্তনা য়েংথিবা, মদু পুম্বগী মপুংফানা ফোংদোক্তুনা, অমসুং 'হে নগীনদাসগী পূক্লীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, দ্রব্যকর্ম-ভাৱকর্ম-নোকর্মদগী তোঙান্না প্রগত শুদ্ধাত্মা ভগৱান! নগীনদাসকী শুদ্ধাত্মা ভগৱান! নগীনদাসতা হন্না-হন্না ঙাকপীয়ু হায়জরি, দাদা ভগৱানগী সাক্ষীদা ঙাকপীয়ু হায়জরি। মতুংদা অসিগুম্বা দোষ অমুক-হন্না তৌজররোই।' হায়বদি অদোম অসিগুম্না তৌ। মতুংদা অদোম মাংদা লৈরিবদুগী মায়থোংদা অহোংবা য়েংউ। মহাক্কী মাইথোং হোংবা ওইনা উগনি। অদোম প্রতিক্রমণ মসিদা তৌগনি অমসুং মদুদা অহোংবা ওইগনি।

ঐহাক্না কয়াম্না চামথোক্লবা মতমদা বোইদা ইবা হিসাব শিংদোকপা ওইরি। মতম কয়াদগী ঐহাক্না শুদোক্তুনা লাক্লি, মতমদুদা বোইদা ইবা হিসাব শিংদোক্লে। অদোমদি ঐহাক্না লম্বী তাক্লি, মরমদুনা থুনা নান্থোকপা ওইগনি। ঐহাক্তি মতম কয়াদগী শুদোক্তুনা লাক্লি।

ঐখোয়দি প্রতিক্রমণ তৌগদবনি মরমদি ঐখোয়না দাইত্যদগী নান্থোক্লবা! ঐহাক্না হৌরকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক্না অটেক তৌরম্মীদনা! তৌইগুম্বসুং মতুংদা পুন্নমক চোকথবা ওইখি। করিগুম্বা ঐখোয়গী মায়গৈদগী রিএক্সন পীরগদি মমাংদা লৈরিবদু চোকথবা ওইরোই। মসি জগত কনাগুম্ববুসু মোক্ষতা চৎহন্বা ওইবা মদুগুম্বা নত্তে। অদুক্কী মতীক বুদ্ধি লৈবা ওইবা জগতনি। মসিদা চেকশিন্না চৎপা, তাশি-তাশিন্দুনা চৎলগদি মদু ওইরগদি মোক্ষতা চৎপা ঙমগনি।

মসি প্রতিক্রমণ তৌদুনা য়েংউ, মতুংদা অদোমগী য়ুমগী মীওই খুদিংমক্তা চেনজ ওইগনি, মেজিক চেনজ ওইবা ওইগনি। মেজিক ইফেক্ট!!

অসিগুম্বনি, মাংদা লৈরিবদুগী দোষ ইশাগী পূক্লীংদা লৈরিবফাও, মতমদুফাও পোথবা ওইহনদে। প্রতিক্রমণ তৌরগদি মদু মাংবা ওইগনি। চান্নবা-য়েংথিন্বা ওইবা *চীকণী ফাইল* (য়াম্না চেৎশিনখ্রবা মমাং মপোক্কী মরী

ওইবা মীওই নত্রগা সনয়োগ) থুদিংমকপু উপয়োগ থমদুনা প্রতিক্রমণ তৌদুনা শুদ্ধ তৌ। চান্নবা ফাইল ওইরগদি, মদুগীদি য়াম্না মরু ওইনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি।

অদোম্না ফমুংদা তুম্বা মতমদুদা নুংনা থীনবা জগাশিংদুদগী, মদুদগী অদোম্না লৌথোক্কদ্রা নত্রগা লৌথোক্লোইদ্রা? মসি প্রতিক্রমণদি, থীল্লিবা মফম–মফমশিংদুদা মদুদা তৌগদবনি। অদোমবু থীল্লিবা মফমদুদা, মদুদগী অদোম্না লৌথোক্কনি অমসুং মঙোন্দা থীল্লীবা মফমদুদগী, মদুদগী মহাক্না লৌথোক্কনি! মীওইবা অমমমগীদমক তোঙান–তোঙান্বা প্রতিক্রমণ ওইবা ওই।

কনাগুম্বগী মথক্তা অতিক্রমণ তৌখিবা ওইরগদি, নুমিৎ চুপ্পা মহাক্কী মমীং লৌদুনা প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই, মতমদুদা মশামক নাম্হোকপা ঙম্বা ওইগনি। করিগুম্বা অনীমক্তা মমাংমক্তদা প্রতিক্রমণ তৌবা ওইরগদি থুনা নাম্হোকপা ওইরগনি। ৫০০০রক অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌবা অমসুং ৫০০০ রক মাংদা লৈরিবদুনা প্রতিক্রমণ তৌরগদি থুনা নাম্হোকপা ঙমগনি। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা মাংদা লৈরিবদুনা তৌদ্রগদি অমসুং অদোম্না নাম্হোক্কে থল্লগদি, ১০,০০০রক প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই।

**ৱাহং-হংলিবা :** করিগুম্বা অসিগুম্বা থরা লৈহৌবা ওইরগদি মদু ওইরগদি পূক্নীংদা য়াম্না ফাওদুনা লৈবা ওই মদুদি মসি লৈহৌরে।

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্বা *কলেশ* (থৎন্বা)থল্লোইদবনি মতুংদা। মতুংদা নোংমা ফমদুনা পুন্নমক্কী পুল্লপ পুন্না প্রতিক্রমণ তৌ। কনাগুম্বা–কনাগুম্বগীবু ওইরবসু, থঙনা-চান্নবশিংগীবু ওইরবসু, অতিক্রমণ য়াম্না থোকপদুগা লোয়ন্না, মহাক্কী মমীং লৌদুনা পুং ১ প্রতিকরমণ তৌরগদি পুন্নমক মাংবা ওইরগনি মতুংদা। তৌইগুম্বসুং অদোম্না অসিগুম্বা পোৎলুম থমগদবা নত্তে।

মসি *অপূর্ব* (মমাংদা কৈদৌনুংদা তাদ্রিবা) ৱাফম্নি, মমাংদা তাদ্রিবা ওইবা, পাদ্রিবা ওইবা, থঙবা ওইদ্রিবা, মসি হোৎনবসি অসিগুম্বা ৱাফমশিংবু থঙন্নবগীদমক্নি।

ঐখোয়গী মসিদা প্রতিক্রমণ তৌহন্নবগীদমক ফমহল্লি মদুগী মতুংদা করি থোকপগে? মনুংদা পুং ২ প্রতিক্রমণ তৌহল্লি, মদুদি অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌদুনা ঙসি ফাওবা দোষ তৌখিবশিংদু মদু পুন্নমকপু নীংশিংদুনা প্রতিক্রমণ তৌ, মাংদা লৈরিবদুগী শুদ্ধাত্মাবু য়েংদুনা অসিগুম্না হায়। হৌজিক চহী নৌরিঙৈদগী, থঙবগী শক্তি লাকপা ওইবা মতমদগী, মতমদুদগী হৌনা প্রতিক্রমণ তৌবা হৌই অমসুং হৌজিক ফাওগী প্রতিক্রমণ তৌই। অসিগুম্বা

প্রতিক্রমণ তৌবা মতমদা, মতমদুদা মহাক্কী দোষশিং পুল্লমক্কী অচৌ–অচৌবা শরুক লাকপা ওই। হঞ্জিন্না অমুক হন্না করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌরগদি, মতমদুদা মতুংদা দোষ মচা–মচাসু লাকপা ওই। অমুক হন্না প্রতিক্রমণ তৌরগদি, মদু ওইরগদি মদুদগীসু হেন্না পীকপা দোষ লাকপা ওই, মতৌ অসুন্না মদুগী দোষশিংদুগী শরুক পুল্লমকপু মপুংফানা মাংহন্বা ওই।

পুং২গী প্রতিক্রমণদা পুন্সি চুপ্পগী মতুংদা নপশিনখিবা দোষশিংবু শুদোকপা, অমসুং অসিগুম্না লেপ্পা মদুদি অমুক–হন্না কৈদৌনুংদা অসিগুম্বা দোষ তৌররোই। হায়বদি প্রত্যাখ্যান তৌরে।

অদোম্না প্রতিক্রমণ তৌন্নবা ফম্বা মতমদা, মতমদুদা খোহীগী–মরীক তারকপা ওই নাকন অমরোমদা, অমসুং য়াংবা ফাওবা ওই। ইবুংঙো, নঙোন্দগী প্রতিক্রমণ তৌবা ঙমব্রা? মতমদুদা য়াংবা ফাওবা ওইব্রা? নহাক্কী প্রতিক্রমণ তৌবা হৌবা ওইরব্রা? ফুল ফোর্সতা চৎথবা ওইব্রা? দোষ পুল্লমকশিংবু থী–থীদুনা প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। থীবা ওইরগদি পুল্লমক নীংশিংবা ওইগনি। চহী ৮গী মমাংদা কনাগুম্ববু খোংনা কাওখিবা, মদুসু উগনি। লম্বী উবা ওইগনি, কাওখিবদুসু উগনি। করম্না নীংশিংলিবনো মসি পুল্লমক? অসুম হেক্তা নীংশিংন্বা হোৎনরগদি করিসু নীংশিংবা ওইদে অমসুং প্রতিক্রমণ তৌবগা খুদক্তা লিঙ্ক ওইনা নীংশিংবা ওইবা ওই। অমুক্তং ওইজরবসু পুন্সি চুপ্পগী তৌখিব্রা অদোম্না?

**ৱাহং–হংলিবা :** তৌখি।

**দাদাশ্রী :** হৌজিক্তি মচং ওইবা অশোয়বদু থঙলবা কান্দা, মতমদুদা য়াম্না নুংঙাইবা ওইগনি। প্রতিক্রমণদগী করিগুম্বা *আনন্দ* ওইদ্রগদি মসিগী অর্থদি প্রতিক্রমণ তৌবা হৈতে। অতিক্রমণদগী করিগুম্বা অৱাবা ওইদ্রগদি মদুগী মীওইবা, মীওইবা নত্তে।

**ৱাহং–হংলিবা :** মচং–ওইবা অরাম্বা করম্বনো দাদা?

**দাদাশ্রী :** অহাম্বদদি অরাম্ববু উখিরমদেদনা? হৌজিক উবা ওই, মদু স্থূল উবা ওই। হৌজিক্তি মমাংগী উগনি।

**ৱাহং–হংলিবা :** সুক্ষ্ম, সুক্ষ্মতর...

**দাদাশ্রী :** অরাম্বশিং উবা ওইগনি।

অদোম্না পুন্সি চুপ্পগী প্রতিক্রমণ তৌবা মতমদা, মতমদুদা অদোম মোক্ষতা লৈতে অমসুং নত্রগা সংসারদা। অসুম্নদি অদোম প্রতিক্রমণগী মতমদা

মমাংগী দোষশিংগী মপুংফানা বিবরণ (শুগায়না)তৌই। পূর্কীং-বুদ্ধি-চীত্ত অমসুং অহংকার পুম্নমক্কী ফোন-বোন থীংবা ওই। অন্ত:করণ থীংবা ওই। মদুগী মতমদুদা থালি প্রজ্ঞা থক্তা থবক তৌবা ওই। আত্মাসু মসিদা করিসু তৌবা ওইদে। দোষ থোকপগা মতুংদা কুপশিন্বা ওই। মতুংদা অনীসুবা লেয়র লাকপা ওই। মসিগুম্না লেয়রগী মথক্তা লেয়র মথং-মথং লাকপা ওই, মতুংদা শিবগী মতমদা অরোইবা পুং ১দা মসি পুম্নমক্কী বেলেন্স সিট লাকপা ওই।

হৌখ্রবা মতমগী দোষ পুম্নমক হৌজিক-হৌজিক উবা ওইরগদি, মদু ‘জ্ঞানগী মঙাল’নি। মদু মেমোরী নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** প্রতিক্রমণদগী আত্মাদা ইফেক্ট ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** আত্মাদি করিগুম্বা অমফাও ইফেক্টনা থেংবা ওইদে। করিগুম্বা ইফেক্ট ওইরগদি হকচাং ওইরিবা আত্মা কৌগনি। আত্মা লৈ, মসি ১০০% ডিসাইডেডনি। মেমরীনা য়ৌদবা মফমদুদা, মফমদুদা আত্মাগী প্রভাব(মতীক-মঙাল)দগী ওইবা ওই। আত্মা লোইবা-নাইদ্রবা শক্তি ওইবনি, মহাক্কী প্রজ্ঞাশক্তি পাতাল চেৎগায়দুনা উহন্বা ওই। মসি প্রতিক্রমণদগীদি মশামকপু থঙবা ওই মদুদি হৌজিক য়াংবা ওইরে অমসুং য়েংথীন্বা নাম্ভোকপা ওই, নিয়মদগী নাম্ভোকপা ওই। অমসুং প্রতিক্রমণ তৌন্নবগীদমক মদুগী মীওই মাংদা উন্বা ওইদ্রগদি কায়বা ওইদে। মসিদা হকথেংন্না সহী তৌবগী মথৌ তাদে। মসি কোর্টসিদা হকথেংন্না সাহীগী মথৌ তাই, অসিগুম্না মথৌ তাদে মরমদি মসি মরালসি হকথেংন্না থোকপা ওইদে। মসি মরালদি মীয়ামগী লৈতবদা থোকপা ওইরি। অসুম্নদি মীয়ামগা হকথেংন্না থোক্লি, তৌইগুম্বসুং হকথেংন্না সাহী তৌবা ওইদে। সহী মনুংগীনি, চান্নবা-য়েংথীন্বগী সহীনি।

করিগুম্বদা ইতোম্তা ফম্বা অমসুং প্রতিক্রমণ নৱ্রগা মদুগুম্বা তৌ-তৌদুনা, তৌ-তৌদুনা, তৌ-তৌদুনা মনুংদা খজিক্তং আত্মাগী *অনুভাব* ওইরগদি। মদুগী মহাও লাক্লগদি। মদু *অনুভাব* কৌবা ওই।

য়ুমগী মীওই *নির্দোষ* (দোষ লৈতবা) উবা কান্দা, মতমদুদা থঙউ মদুদি অদোমগী প্রতিক্রমণ অচুম্বনি। তশেংবদদি নির্দোষ থক্লি, জগত পুম্বা নির্দোষ থক্লি। অদোম ইশাগী দোষতগী ফাজিন্বা ওইরি, মহাক্কী দোষতগী নত্তে। অদোমগী ইশাগী দোষ থক্তদগী ফাজিন্বা ওইরি। হৌজিক, অসিগুম্না জ্ঞান লাকপা কান্দা মতমদুদা করিগুম্বা উপায় লাক্কনি!

**ৱাহং-হংলিবা :** *নিশ্চয়* (রিয়ল বিয়ু পোইন্ট)দদি থাজবা ওই মদুদি জগত পুম্বা নির্দোষনি।

**দাদাশ্রী :** মদুদি *প্রতীতি*দা লাকপা হায়গনি। *অনুভাব*তা কয়াম্না লাকপগে? মসি ৱাফম য়াম্না লাইবা নত্তে। মদুদি করিগুম্বা মা(ফমুংদা লৈবা জীব)না কোয়শিন্বা, কাংনা কোয়শিন্বা, লীন্না কোয়শিন্বা, মদুগী মতমদুদা মথোয়বুনি *নির্দোষ* মাল্লগদি, মতমদুদা চুম্মে। তৌইগুম্বসুং প্রতীতিদা অদোমবু লৈগদবনি মদুদি নির্দোষনি। অদোম্না দোষ তৌবা ওইনা উরিবদু মদু অদোমগী মরালনি। মদুগী প্রতিক্রমণ তৌগদবনি। ঐহাক্কী *প্রতীতি*দসু নির্দোষনি অমসুং ঐহাক্কী শাজৎতসু *নির্দোষ*নি। নহাক্তি হৌজিক প্রতীতিদসু লাক্ত্রি মদুদি নির্দোষনি, নহাক্তি দোষ তৌবা ওইনা উরি। কনাগুম্বা অমনা করিগুম্বা অমা তৌরগদি মতুংদা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌই হায়বদি অহৌবদদি দোষ তৌবা ওইনা উরি।

**ৱাহং-হংলিবা :** শুদ্ধ উপয়োগ লৈবা কান্দা, মতমদুদা অতিক্রমণ থোকপা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** থোকপা য়াই। অতিক্রমণসু তৌবা য়াই অমসুং প্রতিক্রমণসু তৌবা য়াই।

অদোম্না অসিগুম্না মানগনি মদুদি মসিদি ঐহাক্না উপয়োগ নান্থোক্তুনা ওন্নবা লম্বীদা চৎলে। মতমদুদা উপয়োগ নান্থোকপদু, মদুগীদমক প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। ওন্নবা লম্বী হায়বদি ৱেস্ট ওফ টাইম এন্ড এনর্জী ওইবা ওই, মদু ওইজরবসু মদুগী প্রতিক্রমণ তৌদ্রগসু য়াগনি। মদুদা য়াম্না হেন্না অমাংবা ওইদে। মপোক অমা হৌজিক ৱাৎলি, মরমদুনা লেট গো তৌরি তৌইগুম্বসুং কনাগুম্বনা উপয়োগতা হেন্না লৈগে হায়রগদি মদুগী উপয়োগ নান্থোকখিবা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাই। প্রতিক্রমণ হায়বদি অমুক-হন্না হল্লকপা। কৈদৌনুংদা হল্লকপা ওইদেদনা!

ঐহাক্না করিগুম্বা মফমদা বিধি থম্বা ওইদে। ঔরঙ্গাবাদতা ঐহাক্না অসিগুম্বা বিধি থমলম্মী মদুদি মশীংথীঙমদ্রবা মপোকশিংগী দোষ চামথোকন্বগীদমক। পুং ১গী প্রতিক্রমণ বিধিদদি পুম্নমক্কী অহংকার ঊৎ-ওইনা তুম্বা ওই! ঐহাক্না মফমদুদা ঔরঙ্গাবাদতদি থা ১২গী মনুংদা অমুক্তং প্রতিক্রমণ তৌহল্লম্মী। মতমদুদা মীওইনা ২০০-৩০০ কপ্লম্মী অমসুং লৈনা-লাইওং পুম্নমক্তগী নান্থোক্লম্মী। মরমদি মপুরোইবনা মহাক্কী লোয়ন্বীগী মথোঙ-পায়দুনা মফমদুদা ঙাকপীয়ু হায়রম্মী। মপোক কয়া কয়াগী ফাজিন্বা, মদুগীদমক লাল্লে হায়জে, মতমদুদা কয়াম্না চামথোকপা ওইরি।

মফমদুদা চহী খুদিংগী, মসিগী মতুংদা ঐহাক্না য়াম্না অচৌবা বিধি তৌবা মথৌ তাই, পুম্নমক্কী পূক্নীং শুদ্ধ তৌন্নবগীদমক, আত্মা (ব্যাবহার

আত্মা) শুদ্ধ (শেংদোকপা) তৌনবগীদমক, অচৌবা বিধি তৌদুনা অমসুং মতুংদা থম্বা ওই মদুদি পুম্নমক্কী শেংদোকপা ওইন্বা মদুগী পুংফমদুদা। কমপ্লীট ক্লীয়র, ইশাগী ধ্যানসু লৈবা ওইদে মদুদি ঐহাক্না করি ইরিবনো, তৌইগুম্বসুং পুম্নমক্কা য়াম্নাময়েক-শেংনা ইদুনা পুরকই। মতুংদা ক্লীয়র ওইবা ওই। *অভেদভাৱ* (অমত্তা ওইবা নুংগীভাৱ) ফাওগৎপা ওইরি, মিনিত ১গীদমক ওইরগসু ঐহাকপু কৎথোকপগা মদুদি 'ঐ অসিগুম্বনি সাহেব', মদু অভেদভাৱ ওইবা ওইরে। অমসুং মহাক্কী শক্তি হেঙ্গৎপা ওইরি।

অমসুং মতুংদা ঐহাক্না নহাক্কী দোষশিংবু থঙবা ওই অমসুং দোষকী মথক্তা বিধি থমদুনা লৈবা ওই। মসি কলিয়ুগনি, কলিযুগতা করম-করম্বা দোষপু থোক্তবা ওইবগে? কনাগুম্বগী দোষ য়েংবা, মদুনি অরান্বা। কলিয়ুগতা অতোপ্পশিংগী দোষ য়েংবা, মদুনি ইশাগী অরান্বনি। কনাগুম্বগী দোষ য়েংলোইদবনি। গুণ করিনো, মদু য়েংবগী মথৌ তাই। করিবু লেমহৌরিবগে মহাক্কী মনাক্তা? কয়ামবু লেমহৌরিবগে মদু য়েংবগী মথৌ তাই। মসি মতমদা বেলেন্সতা লেমহৌবা ওইদেদনা! কনাগুম্বগী মনাক্তা বেলেন্সতা লেম্বা ওইবা, মদুগী মহাত্মানা কাখৎলিদনা!

ঐখোয়গা লোয়ন্না লৈবদু, মমাংদসু লৈরম্মী অমসুং ঙসিসু লৈরি, মখোয় ঐখোয়গী ধর্মগী মরুপ কৌই অমসুং ইশাগী ধর্মগী মরুপশিংগা লোয়ন্না মমাংগী মপোক কয়া–কয়াগী লমন-থুম্বা পুনশিন্বা ওই। মহাক্না লোয়ন্না করিগুম্বা লমন-থুম্বা পুনশিন্বা ওইখ্রগদি, মদুগীদমক ইমাংমক্তদা প্রতিক্রমণ তৌরগদি হিসাব পুম্নমক শেংবা ওইরগনি। মীওই অমগী ফাও ইমাংমক্তদা প্রতিক্রমণ তৌবা কাওগনু। অনম্বা ওইনা *সহাধ্যায়ী* (অধ্যাত্মাগী মরুপ)শিংগা লোয়ন্না থক লমন-থুম্নবগী পুনশিন্বা ওই, অমসুং মহাক্কী প্রত্যক্ষ প্রতিক্রমণ তৌবদগী শুদোকপা ওইরগনি। ঔরঙ্গাবাদতা প্রতিক্রমণ তৌহনখিবা, অসিগুম্বা প্রতিক্রমণদি ৱর্লডদা করিগুম্বা মফম অমত্তদা লৈরপ্লোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** মফমদুদা পুম্নমক কপলম্মীদনা! অচৌ–অচৌবা সেঠসু কপ্লম্মী।

**দাদাশ্রী :** হোয়, ঔরঙ্গাবাদকী য়েংউদনা, পুম্নমক কয়াম্না কপ্লম্মী! হৌজিক অসিগুম্বা প্রতিক্রমণ পুন্সি চুপ্পদা অমুক্তং তৌবা ওইরগদি য়াম্না ফবা ওইরে।

**ৱাহং-হংলিবা :** অচৌবা মীওইশিংনা কপ্পবগী মফম কদায়দা লৈবগে? অসিগুম্বা মফম করিগুম্বদা থক লৈবা ওই।

**দাদাশ্রী :** হোয়, অচুম্বনি। মসিদদি য়াম্না কপ্লম্মী পুন্নমক।

**ৱাহং-হংলিবা :** ঐহাক্নদি অহান্বা ওইনা উই অসিগুম্বা মদুদি সমাজতা অসিগুম্বা মমীং লৈবা কৌবা মীওই পুন্নমক ওপন ওইনা মদুদা কপ্লম্মী!

**দাদাশ্রী :** ময়ামগী মমাংদা কপ্লম্মী অমসুং লোয়ন্নীগী মথোংদা শোক্তুনা লাল্লে হায়জরম্মী। ঔরঙ্গাবাদতা অদোম লাক্লমগনি, মফমদুদা অসিগুম্বা উদব্রা?

**ৱাহং-হংলিবা :** হোয়, অমসুং অতোপ্পা মফমকৈদা উদে অসিগুম্বা দ্রশ্য!

**দাদাশ্রী :** ওইথোকপা ওইদেদনা! অমসুং অসিগুম্বা অক্রম বিজ্ঞান ওইথোকপা ওইদে, অসিগুম্বা প্রতিক্রমণ ওইথোকপা ওইদে, অসিগুম্বা করিসু লৈবা ওইদে।

**ৱাহং-হংলিবা :** অসিগুম্বা 'দাদাজী'বুসু লৈবা ওইরম্লোই!

**দাদাশ্রী :** হোয়। অসিগুম্বা 'দাদাজী'বুসু লৈবা ওইরম্লোই।

অশেংবা *আলোচনা* তৌবা ওইদ্রি কনাগুম্বনা। মদুনি মোক্ষতা চৎপদা অথীংবা ওইবা। মরাল ওইবা ওইখ্রে, মদুদা কায়বা ওইদে। অচুম্বা *আলোচনা* ওইরগদি মদুদা কায়বা ওইদে। অমসুং *আলোচানা* ভগৱানগুম্বা পুরুষকী মমাংদা তৌগদবনি। পুন্সিদা করিগুম্বদা ইশাগী মরালশিংবু *অলোচনা* তৌখ্রব্রা? কনাগী মনাক্তা *অলোচনা* তৌগনি? অমসুং *অলোচনা* তৌদনদি উপায় লৈতে। *আলোচনা* তৌদ্রগদি মতমদুফাও মদু ওইরগদি মসিবু কনানা ঙাকপীগনি? জ্ঞানীপুরুষনা অপাম্বখৈদু তৌবা ঙম্বা ওই, মরমদি মহাক্না তৌবা ওইদে মরমদুনা। করিগুম্বা তৌবা ওইরগদি মহাকপুসু কর্মনা ফাজিন্বা ওইগনি। তৌইগুম্বসুং তৌবা ওইদে, মরমদুনা অপাম্বখৈদু তৌবা ঙম্মী।

মতমদুদা অদোম গুরুগী মমাং *আলোচনা* তৌগদবনি। তৌইগুম্বসুং অরোইবা গুরু মসি 'দাদা ভগৱান' কৌবা ওইরি। ঐহাক্তি নহাক্কী লম্বী তাক্লি। হৌজিক অরোইবা গুরু তাকখ্রে। মহাক্না অদোমবু পাউখুম পীদুনা লৈগনি অমসুং মরমদুগী মহাক 'দাদা ভগৱান'নি। মহাক্না প্রত্যক্ষ (আত্মা সাকক্ষৎকার) ওইদ্রিফাও, মতমদুফাও 'মসি দাদা ভগৱান' (এ.ম পতেলগী মনুংদা লৈবা)বু নীংবা মথৌ তাই। মহাক্কী প্রত্যক্ষ ওইরবা মতুংদা মশা-মতোম্তা লাক্তুনা-লাক্তুনা মতুংদা মদুগী মশীন চৎপা হৌবা ওইগনি। মতুংদা মহাক মশামক 'দাদা ভগৱান' ওইবা ওইরগনি।

জ্ঞানীপুরুষতা দোষ লোৎশিন্বা ওইরগদি পুংমাং-মাংবা ওইরে। মীয়াম্না হাংদোক্লবগীদমক প্রতিক্রমণ তৌবা ওই। মদুগী মীওইদুনা পুন্নমক পুদুনা লাকইদনা? মদুগী ওন্নবদা হাংদোকপা ওইথি জ্ঞানীগী মমাংদা! মদুদা কনাগুম্বনা লোৎশিল্লগদি করি ওইগনি?! দোষ লোৎশিন্বদগী ডবল ওইবা ওই।

লোয়ন্বীগা লোয়ন্না থঙবা ওইরিদুমখৈ, মদুগুম্না থঙবসু প্রতিক্রমণগা লোয়ন্না ওইগদবনি। মদুগুম্না লোয়ন্বীবু কাওদবগুম্না, মদুগুম্নসু প্রতিক্রমণবুসু কাওরোইদবনি। নুমিৎ চুপ্পা লাল্লে হায়জদুনা লৈগদবনি। লাল্লে হায়জন্বগী হৈন্বী থমগদবনি। মসিদি, অতোপ্পশিংগী দোষ য়েংন্নবগী থক দ্রষ্টি (মীৎয়েং) ওইবা ওইরি!

কনাগুম্বগা লোয়ন্না থোইদোক হেন্দোক্লা অতিক্রমণ থোকখ্রবা ওইরগদি, মহাক্কা লোয়ন্না প্রতিক্রমণগী য়জ্ঞা হৌবা ওইয়ু। অতিক্রমণ য়াম্না তৌই। প্রতিক্রমণ তৌদে, মদুদগী মসি পুম্বনি।

মসি প্রতিক্রমণদি ঐহাক্কী সুক্ষ্মাদগী হেন্না সুক্ষ্ম ওইবা থীজিন্বনি। করিগুম্বা মসি থীজিন্ববু থঙবা ওইরগদি কনাগুম্বগা লোয়ন্না করিগুম্বা থৎন্বা অমত্তা লৈররোই।

**ৱাহং-হংলিবা :** দোষশিংগী লিস্টতি য়াম্না শাংই।

**দাদাশ্রী :** মদুনা শাংবা ওইরগদি, অসিগুম্না লৌরো মদুদি মীওই অমগা লোয়ন্না মখল ১০০গী দোষ থোকপা ওইরগদি মদু ওইরগদি পুন্নমক্কী লোয়ন্না প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি মসি দোষ পুন্নমকশিংগীদমক ঐহাক্লা অদোমদা ঙাকপীয়ু হায়জরি!

**ৱাহং-হংলিবা :** হৌজিক মসি পুন্সিগী ড্রমা থুনা লোইশিন্বা ওইরগদি ফনি!

**দাদাশ্রী :** অসিগুম্না করিগী হায়রিবনো?

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম নুমিৎ ২০ মসিদা লৈরম্মী, তৌইগুম্বসুং মফম অমফাও লাকপা ঙমখিদে।

**দাদাশ্রী :** মরমদুগীদমক হকচাংবু লোইশিন্বা তৌগদ্রা?

মসি হকচাংদগী ‘দাদা ভগৱান’বু মশক খঙলি। মসি হকচাংসিগীদি অদুক্কী মতীক উপকারনি মদুদি করিগুম্বা লায়েংগদবা ওইরগদি তৌ। মসি হকচাংদগী ‘দাদা ভগৱান’বু মশক খঙখি। মশীং-থীঙমদ্রবা হকচাং মাংহনখি

মপুংফানা, অরেম্বদা চৎখ্রে। মসি হকচাংগী মাধ্যমদগী থঙথি, মরমদুনা মসি হকচাং মরুপকা চপ-মান্না ওইরে। অমসুং মসি সেকেন্ড মরুপ, জ্ঞান তারেদনা? হৌজিক মসি হকচাংসিগী চেকশিল্লু। ঙসি প্রতিক্রমণ তৌ, 'হকচাং থুনা শিবা ওইরো অসিগুম্না হায়থি, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি।'

## 25. প্রতীক্রমণগী সাইন্টিফিক থঙবা

**ৱাহং-হংলিবা :** *তন্ময়াকার* (রিলেটিব আত্মাগা অমত্তা ওইবা) ওইবা ওই মরমদুনা জাগ্রতিগা লোয়ন্না মপুংফানা *নিকাল* (লোইশিন্বা)তৌদে। হৌজিক *তন্ময়াকার* ওইরবগী মতুংদা থঙবা ওই, মদু ওইরগদি মতুংদা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌদুনা *নিকাল* তৌন্নবগী করিগুম্বা লম্বী লৈব্রা?

**দাদাশ্রী :** প্রতিক্রমণ তৌবদগী য়াংবা ওইরগনি। মথংদা য়াংদুনা লাকপা ওইগনি অমসুং করিগুম্বা প্রতিক্রমণ তৌদ্রগদি হান্নগীদুগুম্না চপ-মান্না অরুম্বদু অমুক-হন্না লাক্কনি। অমুক-হন্না খুৎতগী নাম্হোকথিবা ওইগনি চর্জ তৌবা ওইদনা। মরমদুনা প্রতিক্রমণদগী য়াংহন-য়াংহন্দুনা *নিকাল* তৌদুনা লৈগনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না হায়বা ওইরি মদুদি অতিক্রমণ নীয়ুট্রেলনি, মদু ওইরগদি মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌন্বগী কদায়দা লৈরিবগে?

**দাদাশ্রী :** অতিক্রমণ নীয়ুট্রেলনি। তৌইগুম্বসুং মদুদা *তন্ময়াকার* ওইবা ওই, মরমদুনা মরু থাদবা ওই। তৌইগুম্বসুং করিগুম্বা অতিক্রমণদা *তন্ময়াকার* ওইদ্রগদি মরু থাদবা ওইরোই। অতিক্রমণ করিসু তৌবা ঙমদে। অমসুং প্রতিক্রমণদি ঐখোয়না *তন্ময়াকার* ওইদ্রগসু, মদু ওইজরগসু তৌগনি। চন্দুভাই *তন্ময়াকার* ওইরগদি মদুসু অদোম থঙবা ওই অমসুং ওইদ্রগসু অদোম্না থঙবা ওই। অদোম *তন্ময়াকার* ওইবা ওইদে। *তন্ময়াকার* পূক্নীং–বুদ্ধি–চিত্ত অমসুং অহংকার ওইবা ওই, অদোম মদুবু থঙই।

**ৱাহং-হংলিবা :** চন্দুভাই *তন্ময়াকার* ওইবা ওইরগদি চন্দুভাইদা প্রতিক্রমণ তৌন্নবগী হায়বা মথৌ তাইদনা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, চন্দুভাইদা হায়গনি।

**ৱাহং-হংলিবা :** মংদা প্রতিক্রমণ তৌবা য়াব্রা?

**দাদাশ্রী :** হোয়, য়াম্না ফজবা মওংদা তৌবা য়াই। মঙদা প্রতিক্রমণ তৌবদুদি, মদুদি হৌজিক তৌরিবা, মদুদগী হেন্না ফজনা ওইগনি। হৌজিক্তি অদোম থুনা তৌই। মঙদা থবক তৌবা, মদু পুম্নমক নিয়ম চুম্না তৌই। মংদা

‘দাদা’ উবদুদি, মদুগুম্বা দাদাদি ঐখোয়না কৈদৌঙৈদফাও উদ্রিবা, অসিগুম্না ‘দাদা’ উবা ওই। জাগ্রুতিদা মদুগুম্বা দাদা উবা ওইদে, মঙদা য়াম্না ফজনা উবা ওই। মরমদি মং, মদু সহজ (নোর্মেল)অবস্থানি অমসুং মসি জাগ্রুত, মদু অসহজ অবস্থানি।

ক্রমিক লম্বীদা আত্মা ফংলবা মতুংদা প্রতিক্রমণ তৌগদৌবা ওইদে। প্রতিক্রমণ পোইজন ওইনা লৌনবা ওই। ঐখোয়গী মসিদসু প্রতিক্রমণ লৈতে। প্রতিক্রমণ ঐখোয়না ‘চন্দুভাই’দা তৌহল্লি। মরমদি মসিদি অক্রমনি, মসিদদি মাল পুন্নমক থন্না য়াওরি।

ঐখোয়দি মাংদা লৈরিবদুগী করম্বা আত্মাগী ৰারি শারিবনো? প্রতিক্রমণ কনাদগী তৌবগে, মদুবু খঙলব্রা? প্রতিষ্ঠিত আত্মাদগী তৌবা ওইদে, ঐখোয়না মহাক্কী মুল শুদ্ধাত্মাদগী তৌই। শুদ্ধাত্মাগী উপস্থিতিদা মহাক্কা লোয়ন্না থোক্লি, মদুগীদমক ঐখোয়না প্রতিক্রমণ তৌরি। মদুগী শুদ্ধাত্মাদা ঐখোয়না লাল্লে হায়জরি। মতুংদা মহাক্কী প্রতিষ্ঠিত আত্মাগা লোয়ন্না ঐখোয়না করিসু মরি লৈনদে।

প্রতিক্রমণসু অহংকার থক্লা তৌগদবনি, তৌইগুম্বসুং চেকশিনহন্বদি কনাগী? প্রজ্ঞাগী। প্রজ্ঞানা হায়, ‘অতিক্রমণ করিগী তৌই? মদু ওইরগদি প্রতিক্রমণ তৌ।’

সুক্ষ্মাদগী সুক্ষ্মা ওইবা দোষ ঐহাক্কী দ্রষ্টিগী মপান্দা চৎপা ওইদে। সুক্ষ্মদগী সুক্ষ্মা, হেন্না-হেন্না সুক্ষ্মা ওইবা দোষকী ঐহাক্লা খুদক্তা খঙবা ওইবা ওই! অদোম পুন্নমক্তগী কনাগুম্বা-অমত্তনসু খঙবা ওইরোই মদুদি ঐহাক্লা দোষ থোকপা ওইরি! মরমদি দোষ স্থুল নত্তে।

**ৱাহং-হংলিবা :** অদোম্না ঐখোয়গীসু দোষ উবা ওইব্রা?

**দাদাশ্রী :** দোষ পুন্নমক উবা ওই, তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী দৃষ্টি দোষশিংগী রোমদা লৈতে। ঐহাক্লা খুদক্তা মহাক্কী খঙবা ওইবা ওই। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্কী দৃষ্টিদি অদোমগী শুদ্ধাত্মাগী রোমদা লৈবা ওই। ঐহাক্কী দৃষ্টি অদোমগী উদয় কর্মগী রোমদা লৈবা ওইদে। ঐহাক্লা খঙবা ওই, পুন্নমক্কী দোষশিংগী ঐহাক্লা খঙবা ওই। দোষ উবা ওই, মদু ওইজরবসু মনুংদা ঐহাক্লা মদুদগী ইফেক্ট ফাওবা ওইদে।

ঐহাক্কী নাক্তদি দন্ডগী মতীক-চাবা মীয়াম পুম্বা, মখোয়গীসু ঙাকপীবা ওই! অমসুং ঙাকপীবসু সহজ ওইবা ওই। মাংদা লৈরিবদুবু লাল্লে হায়জগদবা মখৌ তাদে। সহজ ঙাকপীবা মফমদুদা, মদুদা মীয়াম পীয়োর ওইবা ওই।

অমসুং হায়বা ওইবা মফমদু মদুদি, 'সাহেব, ঙাকপীয়ু।' মদুদা অমোৎপা ওইবা ওইরি। সহজ ঙাকপীবা ওইবদুদা, মদুদদি য়াম্না পীয়োর ওইবা ওই।

ঐখোয়না সহজতা লৈরিবা কানফাও, মতমদুফাও ঐখোয়না প্রতিক্রমণ লৈতে। সহজ ওইরিবফাও অদোমবুসু প্রতিক্রমণ তৌবগী দরকার ওইদে। সহজ লৈবদা খেৎন্বা ওইবগা প্রতিক্রমণ তৌবা মথৌ তাগনি। অদোম্না ঐহাকপু হেক য়েংবা মতমদুদা সহজ ওইনা লৈবা উগনি। হেক য়েংবা মতমদা ঐহাকপু মদুগী স্বভাবতা উবা ওইগনি। ঐহাক্কী সহজ ওইবদা খেৎন্বা ওইদে।

ঐহাক্না অদোমবু আজ্ঞা ৫পীগনি। মরমদি জ্ঞানদি পীরি, তৌইগুম্বসুং মদুবু অদোম্না মাংহন্দুনা লৈগনি। হায়বদি করিগুম্বা মসি আজ্ঞা ৫দা লৈরগদি মোক্ষতা চৎকনি। অমসুং ৬সুবদা করি হায়বগে? মদুদি অতিক্রমণ থোকপগা, মদুদা প্রতিক্রমণ তৌ। আজ্ঞাগী য়াথং ইন্বা কাউরগদি প্রতিক্রমণ তৌ। কাউবদি য়াই, মীওইবনি। তৌইগুম্বসুং কাউথিবা মদুগী প্রতিক্রমণ তৌ মদুদি 'হে দাদা ভগৱান! মসি পুং ২ কাউখ্রে, অদোমগী আজ্ঞা কাউখ্রে। তৌইগুম্বসুং ঐহাক্তি আজ্ঞাগী য়াথং ইন্বা ওইগনি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।' মদু ওইরগদি মমাংগী পুন্নমক পাস, ১০০মগী মনুংদা ১০০ মার্ক।

মসি 'অক্রম বিজ্ঞান'নি। বিজ্ঞান হায়বদি খুদক্তা মহৈ পীবা ওইবা। তৌবা ওইবা লৈতবা মফমদুদা, মদুদা 'বিজ্ঞান' অমসুং তৌবা ওইবা লৈবদুদা, মদুদা 'জ্ঞান'!

ৱাখল-য়াম্না খন্থবা মীওইদি মহাক্না অসিগুম্নদি খনগনি মদুদি ঐহাক্না করিসু তৌদে, মদু ওইজরবসু করিনো মসি?! মসি অক্রম বিজ্ঞানগী ফজবনি। 'অক্রম' ক্রম-ব্রম নত্তে।

**-জয় সচ্চিদানন্দ**

## ওরিজিনল গুজরাতী ৱাহৈশিংগা চপ-মান্নবা ৱাহৈশিং

*ভোগৱতা* : অৱা-নুংঙাইবগী ইফেক্ট

*নিকাল* : লোইশিন্বা

*অণহক্ক* : হক্কী নত্তবা

*তরছোর* : পামদবগা লোয়ন্না তাথীনা ইন্থোকপা

*অটকণ* : ফাজিন্বা ওইবা, মমাংদা কাথৎহন্দবা

*চীকণী ফাইল* : য়াম্না চেৎশিনখ্রবা মমাং-মপোক্কী মরী ওইবা মীওই নত্রগা সনয়োগ

*পছতাবা* : তৌখিবা দোষশিং, মদুগীদমক পেন্দজদবা

*কর্তাভাৱ* : তৌবা-ওইবা

*আলোচনা* : মশাদগী অরান্নবশিং থোকখ্রে ফোংদোকপা

*প্রতিক্রমণ* : থম্মোয়-শোক্পা ঙাকপীয়ু হায়জবা

*প্রত্যাখ্যান* : অমুক-হন্না তৌররোই হায়বগী ৱাশকপা

*পশ্চাতাপ* : তৌখিবা দোষশিং, মদুগীদমক পেনদবগী মৈচাক-চাকপা মনুংদা

*সমতা* : নুংশিন্বা-য়েংথীন্বা থোক্তবা

*সমকিত* : আত্মাবু শাফাওনরবা

*রায়শী* : নুংদাংদা থোকপশিংদুগী প্রতিক্রমণ অয়ুক্তা

*দেবশী* : নুংথিলদা থোকপা দোষশিংগী প্রতিক্রমণ নুংদাংদা তৌবা

*আবরণ* : অজ্ঞানগী মরোল মথং-মথং

*কষায়* : অশাউবা-নাপল-মায়া-মীহৌবা

*দেহাধ্যাসী* : হকচাংগী ধর্মবু আত্মা ওইনা থন্বগী চমমন্বা

*তন্ময়াকার* : পূক্নীং লুপতুনা অমত্তা ওইবা

*সতসঙ্গ* : আধ্যাত্মগী ৱাহং-পাওথুম

*তিরস্কার* : হন্থনা য়েংবা/উশিত্তবা

*পুদগল* : অনাত্মা-শরুক

*অশাতা বেদনীয়* : অৱাবা পীবা কর্ম

*বীতরাগতা* : এবসোলুট ওইনা শেৎতোক্লরবা খুবম

*অপূর্ব* : মমাংদা কৈদৌনুংদা তাদ্রিবা

*অভেদভাৱ* : অমত্তা ওইবা নুংগীভাৱ

*সমভাৱ* : চান্নবা-য়েংথীন্বা লৈতবা

## English Books Published By Dada Bhagwan Foundation

1. Adjust Everywhere
2. Ahimsa : Non-Violence
3. Anger
4. Aptavani-1
5. Aptavani-2
6. Aptavani-4
7. Aptavani-5
8. Aptavani-6
9. Aptavani-8
10. Aptavani-9
11. Autobiography of Gnani Purush A.M Patel
12. Avoid Clashes
13. Brahmacharya
14. Death: Before, During &After
15. Flawless Vision
16. Generation Gap
17. Harmony in Marriage
18. Life Without Conflict
19. Money
20. Noble Use of Money
21. Pratikraman
22. Pure Love
23. Right Understanding to Help Others
24. Science of Karma
25. Science of Speech
26. Shree Simandhar Swami : The Living God
27. The Essence Of All Religion
28. The Fault Is Of The Sufferer
29. The Guru and The Disciple
30. The Hidden Meaning Of Truth & Untruth
31. The Practice Of Humanity
32. Trimantra : The mantra that removes all the worldly obstacles
33. Whatever Happened is Justice
34. Who Am I ?
35. Worries

❖ Dada Bhagwan books are availables in different languages: Gujarati, Hindi, English, Marathi, Telegu, Kanada, Oriya, Malayali, Bengali, Punjabi, Assamese, Tamil, German, Spanish, Russian etc

❖ 'Dadavani' Magazine is published Every month in three Languages: Gujarati, Hindi, English.

**Website : www.dadabhagwan.org**

## Persons to Contact

## Dada Bhagwan Parivar

**Adalaj** : Trimandir ,Simandhar City ,Ahmedabad-Kalol Highway
Po/Adalaj , Dist.: Gandhinagar-382421, Gujarat, India.
Tel : +91-9328661166/ 9328661177
Email :info@dadabhagwan.org

| | | | |
|---|---|---|---|
| **Mumbai:** | 9323528901 | **Delhi:** | 9810098564 |
| **Kolkata:** | 9830093230 | **Chennai:** | 7200740000 |
| **Jaipur:** | 9351408285 | **Patna:** | 7352723132 |
| **Bhopal:** | 9425024405 | **Amravati:** | 9422915064 |
| **Indore:** | 9039936173 | **Bangalore:** | 9590979099 |
| **Raipur:** | 9329644433 | **Hyderabad:** | 9989877786 |
| **Chandigarh:** | 9780732237 | **Pune:** | 9422660497 |
| **Kanpur** | 9452525981 | **Jalandhar**: | 9814063043 |
| **Bhubaneswar** | 8763073111 | **Sangli:** | 9423870798 |
| **Varanasi** | 9795228541 | | |

**U.S.A:Dada Bhagwan Vignan Institute**
Tel:+1 877-505-DADA(3232)
Email: info@us.dadabhagwan.org

**U.K: Dada Darshan (UK)**
Tel: +44 330-111-DADA(3232)
Email: info@uk.dadabhagwan.org

| | |
|---|---|
| **Germany** :+49 700 32327474 | **Australia**:+61 402179706 |
| **UAE:**+97 1557316937 | **New Zealand**:+6421 0376434 |
| **Kenya:**+254 795-92-DADA(3232) | **Singapore:** +65 91457800 |
| **Dubai**: +971 501364530 | |

**www.dadabhagwan.org**

# প্রতিক্রমণ বিধি

প্রত্যক্ষ 'দাদা ভগৱান'গী সাক্ষীদা, হকচাং ওইরিবা *গী পুক্নীং-ৱাহৈ-হকচাংগী য়োগ, ভাৱকর্ম-দ্রব্যকর্ম-নোকর্মদগী ভোংথা ওইরিবা হে শুদ্ধাত্মা ভগৱান, অদোমগী সাক্ষীদা, ঙসি ফাওবা ঐহাক্না তৌখিবা** দোষশিং, মদুগীদমক ঙাকপীয়ু হায়জরি, থম্মোয়-শেংনা নুংঙাইতবা তৌজরি। আলোচনা, প্রতিক্রমণ অমসুং প্রত্যাখ্যান তৌরি অমসুং অসিগুম্বা দোষ অমুক হন্না কৈদৌউঙৈদা তৌদনবা, অসিগুম্বা লেংদনবা ৱাশক লৌরি। ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঐহাকপু ঙাকপীয়ু, ঐহাকপু ঙাকপীয়ু।

হে দাদা ভগৱান! ঐহাকপু অসিগুম্বা করিগুম্বা দোষ তৌদনবগী মতোংলোম্বা শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু, শক্তি পীবিয়ু।

*(কনাগুম্বগী মথক্তা দোষ তৌখিবা, মদুগী মীওইদুগী মমীং লৌ)

** তৌখি-তৌখিবা দোষশিংদু, মদুগী দোষ পুম্নমক পুক্নীংদা নীংশিংউ।

[অদোম শুদ্ধাত্মানি অমসুং দোষ তৌরিবা, মতোম্পা প্রতিক্রমণ তৌহনগদবনি। চন্দুভাইদা দোষশিংগী প্রতিক্রমণ তৌহনগদবনি]

(পাত্রিবনা চন্দুভাইগী মফমদা ইশাগী মীংবু থম্মা)।]





9 789391 375809

Printed in India

Price ₹ 50